ফোংদবা—
লাইরিক লেংবা।

অহানবা কোংবা
কোপী—১০০০
১৯৬৯ ইং
পোইন্নু থানিন।

কংফম—
লাইরিকলেংবগী য়ুম,
শিংজমৈ মথা বাশীখোং।

লাইরিক নকম—
দি কেশুল ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক্

ৱা অমস্তুং ময়েক্ অমমম্দা খোম্থোক্ ১৮। ১৮ থোক্পা ঙাংলিবা মৈতৈলোন্নি. মাসিগী চপ্‌চানা পাংথোক্পা লাইরিক্ অমকাওবা লৈত্রিবাস উজবদা মসিমস্তু মৈতৈ কাংলুপকী অরাংপ শিংগী মতুংদা অমনি খঙ্গহনা, মৈতৈলোন্ অমস্তুং ময়েকী কিতম্ ওইবা "মৈতৈলোন্মিং" কৌবা লাইরিক্ অসি ইজবনি। হৌজিক্-মক্তু নৈনরিবা মহৌশাগী ৱাহৈময়েক্ অমস্তুং ৱা অমমম্ খোম্থোক্তা খোনুথা, খোনয়াই, খাম্বক্, অহুমসিদা অমুক অতেনবা অশাংবা, অচিংবা ৩। ৩ থোক্লগা, মাপল্‌সিদা অমুক্ নাতোম্নাচানবা অমস্তুং নাচানদবা ২। ২ অমুক্ থোক্লগা খোম্থোক্ ১৮। ১৮ থোক্লিবা, ৱা অমস্তুং ৱাহৈ, ৱাঙাং, ময়েক্, ৱারোন, মশীংপাবা, মীশক্, চৈতপ্ মরু, থোদম্, মতম্, ৱাপুন্, থোগম্লোন্, হক্‌শেনবা, পুম্নমক্‌সি শীংথাহনা ৱা ঙাংবা লোনবু উহল্লিবা মৈতৈলোন্মিং কৌবা লাইরিক্কি, মাসিবু ইজবসিদা অৱানবা চুম্থোক্‌পিবা অমস্তুং অৱাংপা হাপচিন্‌বিবদা থৌজানবিবনি খঙ্গরি॥

লাইরিক অসি কোঙ্‌বদা মণিপুর গোভর্ণমেণ্টকী শিক্ষা বিভাগনা শেলগী মতেং পীবিবগী দমক তৌবিমল খঙ্‌বা উচ্চরি।

কাইরেল থানিন
তাং ৫। ২। ৩০ ইং

শ্রীতোম্বা সিংহ

# হীরম্ তাকপা

## অহানব শরুক্

### অহানব তাঙক

## অনিশুবতাঙ্কক



## অহুম্শুবতাঙ্কক্

## মাপল শুবতাঙ্কক



## তরা শুবতাঙ্কক্



## তরামাথোইশুবতাঙ্কক্



## তরানিথোইশুবতাঙ্কক্

## তরাহুমঘোইশুবতাঙ্কক্



## তরামরিশুবতাঙ্কক্



## তরামঙাশুবতাঙ্কক্



## তরাতক্লকশুবতাঙ্কক্

## তম্লাতম্রেৎশুবতাকক্

## ভরামিপালগুবতাঙ্কহ্



## ভরামাপলগুবতাঙ্কহ্

## কুমগুবতাকক্



## কুমমাথোইগুকতাকক্

## কুনথোইশুবতাকক্



## কুনহুমথোইশুবতাকক্



## কুনমারিশুবতাকক্



## কুনমঙাশুবতাকক্



## কুনতরুকশুবতাকক্



## কুনতরেৎশুবতাকক্

## ২৮শুবা তাঙ্ক



## ২৯শুবা তাঙ্ক



## ৩০শুবা তাঙ্ক



## ৩১শুবা তাঙ্ক



## ৩২শুবা তাঙ্ক।

## ৩৩শুবা তাকক



## ৩৪শুবা তাকক্

## ৩৫গুবা তাকক্



## ৩৬গুবা তাকক্



## ৩৭গুবা তাকক্



## ৩৮গুবা তাকক্

## ৩৯গুবা তাঙ্কক্



## ৪০গুবা তাঙ্কক্



## ৪১গুবা তাঙ্কক্



## ৪২গুবা তাঙ্কক্



## ৪৩গুবা তাঙ্কক্

## ৪৪শুবা তাঙ্কক্



## ৪৫শুবা তাঙ্কক্



## ৪৬শুবা তাঙ্কক্

# মৈতৈলোন্মিং

## অহানবা শরুক

### অহানবা তাক্কক

"ওঁ"

শৈহৌ, শৈশক, শৈরোয়, শৈশকচৈ।

১। মৈতৈলোন্মিং

মৈতৈলোন্ মশক্ উহল্লিববু "মৈতৈলোন্মিং" কৌই।

২। লোন্

পুল্লিংগী মরোন্ খঙ্‌ননবা ঙাংবা ৱাবু লোন্ কৌই।

মাহুদি :— 'তাইবংমপুগী মিংলেন মিথেবু শোহৈ' অসিনচিংবা।

৩। ৱা

ঙাংঙিববু ৱা কৌই।

৪। ৱা মথল

ৱাগী মথল অনি থোকই।

মাহুদি :— ৱাকৈ, ৱাঙাং অসিনি।

৫। ৱাহৈ

ৱা হায়ববু ৱাহৈ কৌই।

## ৬। রাহৈ মথল

রাহৈগী মথল চাওরাক্লা তরাবাখোই থোক্লা খাইরি।

মাত্থদি :— ময়েক্, রারোন্, মশীংচুবা, মীশক্, চৈতপ মরু, থৌদম্, মতম্, রাপুন, থৌগল্লোন্, হকশেনুরা অসিনি।

## ৭। ময়েক

পুন্নমক্তা সিনথুংনা মাংদনা লোন্ য়েকপবু ময়েক কৌই।

খুদমদি :— অচৌপিশক্ লাইরিক্শিং অমসুং থম্মোইদা য়েক্লিবা অসিনি।

## ৮। ময়েক মথল

ময়েক্কী মথল্ অহুম্ থোকই।

মাত্থদি :— খোম্থোক্ ময়েক, মশীং ময়েক্, খুদম ময়েক্ অসিনি।

## ৯। খোম্থোক ময়েক

খোম্থোক্কী ময়েকপু 'খোম্থোক ময়েক' কৌই।

## ১০। খোম্থোক ময়েক মথল

খোম্থোক ময়েক্কী মথল অনি থোকই।

মাত্থদি :—খোনবু ময়েক্ খোনয়া ময়েক অসিনি।

## ১১। খোনবু ময়েক্

থম্মোইসুংদগী হায়দোক্লকপা খোম্থোকপু অতৈ ময়েক্কী মতেং রাউদনা মতোমতনা হায়দোকপা য়াবা ময়েকপু 'খোনবু ময়েক' কৌই।

মাত্থদি :— অ, আ, ই, ঈ, উ, ঊ, ঋ, ৠ, ঌ, ৡ, এ, ঐ, ও, ঔ, ময়েকশিং অসি খোনবু ময়েক্নি।

## ১২। খোনবু

খোইদৌ মথাদগী হোনগংলকপা চীন্ অমসুং নাতোম্লোমদ থোক্লকপা খোন্থোক পুবা মুংশিংপু (মুংশা) খোনবু কৌই।

## ১৩। খোনবু ময়েক্ মথল্

খোনবু ময়েকী মথল অনি থোক্লা থাইরি।

মাতৃদি :— মায়বখোনবু ময়েক্ তিল্লবখোনবু ময়েক্ অসিনি

## ১৪। মায়বখোনবু ময়েক্

খোন্থোক মথল শুনা মায়ববু 'মায়বখোনবু ময়েক্' কৌই

মাতৃদি :— অ, ই, উ, ঋ, ঌ ময়েক্ মঙাসি মায়বখোনবু ময়েক্নি

## ১৫। মায়বখোনবুগী মায়বখোন্থোক

অ, ই, উ, ঋ, ঌ মায়বখোনবু ময়েকশিংসিনা মায়না খোন্থোব ১৮। ১৮ থোক্লা পুই।

## ১৬। খোন্থোক্

খোজেন্ থোকইববু খোন্থোক কৌই।

## ১৭। খোন্থোক্ মথল

খোন্থোকী মথল তরানিপান্ (১৮) থোক্লা থাইরি।

মাতৃদি :— অতেনবা, অশাংবা, অচিংবা, অহুম অসিদা অমুক খোন্থা, খোন্নাই, খোন্থক্ অহুম অহুম থোক্লগা খোন্থোক্ মাপল্লি, মাপন অসিদা অমুক নাতোম্নাচীনবা অমসুং নাচীনদবা অনি অনি অমুক থোক্লগা খোন্থোক মথল তরানিপান্ (১৮) শুরে অসিনি।

## ১৮। খোন্থোকশিংগী মশক অমসুং মহায়

চীম্না ময়েক অমত্ হায়দোকপা মাবা অহুপকী মথৈতা ওইবা

ম্বিৎকুপ্পা মতম অমবু অতেনবা, অনিবু অশাংবা, অহুম্বু অচিংবা কৌই। মাসিদা খোম্বোক ময়েক হায়গনি। অনি মায়োক্নরগা তাননবা তপ্পা হায়ববু খোনথা, মাংথাবগা চুংথংবগা অনিনা তাননবা য়ায়ময়ক্না হায়ববু খোনয়াই অমস্তুং তুরেল য়াংম য়াংমদা লাপ্পা লৈনরগা অনিনা তাননবা য়ায়া কন্না লাউনা হায়ববু খোদ্দক্ কৌই।

## ১৯। নাতোম্নাচীনবা

ঙংলপ্ তোনা হায়ববু নাতোম্নাচীনবা কৌই।

## ২০। নাচীনদবা

ঙংদনা ইচম চন্না হায়ববু নাচীনদবা কৌই।

## ২১। মায়বখোনবু খুৎয়ি অমস্তুং মহায়

খোম্বোক ১৮ গী মনুংদা অতেনবা অমস্তুং অশাংবা খোম্বোক অনিগীদি, মায়বখোনবু ময়েক্ খুদিংমক্কী খুৎয়ি অনি অনিখোক্না লৈনৈ তোইশুমস্তুং অচিংবা খোনথা, খোনয়াই, খোম্বোক, নাতোম্না-চীনবা নাচীনদবা খোম্বোকশিং অসিগীদি খুৎয়ি হোংদোক্তে, খোম্বোক মশীংতমক শুনা ইরিবা খুৎয়ি অনি অনিমক্তা অহুমক মহায়গনি মাহু খঙ্নবা মথাদা য়েক্লি।

## ২২। য়েক্লনা উৎপা মায়বখোনবু ময়েক্কী খোম্বোক ১৮

| | অতেনবা | অশাংবা | অচিংবা |
| --- | --- | --- | --- |
| খোনথা | অ ই উ ঋ ঌ | আ ঈ ঊ ৠ ৡ | অ ই উ ঋ ঌ |
| খোনয়াই | অ ই উ ঋ ঌ | আ ঈ ঊ ৠ ৡ | অ ই উ ঋ ঌ |
| খোদ্দক | অ ই উ ঋ ঌ | আ ঈ ঊ ৠ ৡ | অ ই উ ঋ ঌ |

নাচীনদবা

নাতোম্নাচীনবা

য়েক্লিবসি অ ই উ ঋ ৯ মঙাগী থুৎয়ি অনি অনিদা খোম্বোক ১৮। ১৮ তরানিপান্ তরানিপান্ ওনা হায়বগী মশক উৎপনি।

## ২৩। তিন্নবখোনবু ময়েক

মান্নবখোনবু ময়েক অমগা অমগা তিন্নহুনা অমত্তা ওইবা ময়েকপু তিন্নবখোনবু ময়েক কৌই। এ ঐ ও ঔ ময়েক মরি অসি তিন্নবখোনবু ময়েক্নি।

## ২৪। তিন্নবখোনবু ময়েক তিন্নবগী মশক

মাহুদি :— অ+ই=এ, অ+এ=ঐ, অ+উ=ও, অ+ও=ঔ অশুম্না তিন্নরগা অমত্তা ওইবা তিন্নবখোনবু ময়েকী মশক্নি।

## ২৫। তিন্নবখোনবু ময়েকী খোম্বোক

এ ঐ ও ঔ ময়েক মরিসি তিন্নরগা ওইবা ময়েক্নিনা মরিমকী খোম্বোক অতোনবদি লৈতে, অশাংবা অচিংবা অনি অসিদা অমুক খোনবা, খোনয়াই, খোম্থক অহুম অহুম থোক্লগা খোম্বোক ৬। ৬ ওয়ে। মাসিদা অমুক নাতোম্নাচীনবা অমস্থং নাচীনদবা অনি অনি থোক্লগা খোম্বোক ১২। ১২ ওয়ে। তিন্নবখোনবু ময়েক (৪) মরিগীদি খোম্বোক ১২। ১২, অসিতা মরৈরে অশুম্না খঙ্‌গনি।

## ২৬। তিন্নবখোনবু ময়েকী থুৎয়ি অমস্থং খোম্বোক [illegible]

এ ঐ ও ঔ ময়েক মরি অসিগী খোম্বোক ১২ মখা [illegible] হোংদোক্লে, ইরিবা থুৎয়ি অময়মসিদা খোম্বোক ১২। [illegible] অহুম্থক মহায়রগনি ; মাহু মথাদা খঙ্‌নবা য়েক্ল্বা [illegible]

## ২৭। তিল্লবখোনব্ময়েক্কী খোম্বোক মহায় ১২ য়েক্তুনা উৎপা

| | অশাংবা | অচিংবা | |
|---|---|---|---|
| খোনখা | এ ঐ ও ঔ | এ ঐ ও ঔ | নাতোন্নচা |
| খোনয়াই | এ ঐ ও ঔ | এ ঐ ও ঔ | |
| খোম্বক | এ ঐ ও ঔ | এ ঐ ও ঔ | |

নাতোম্নাচীনবা

য়েক্লিবসি তিল্লবখোনবু ময়েক ময়িগী খুৎন্নি অমমম্দা খোম্বোক ১২। ১২ শুনা হায়বগী মরোংনি।

### ২৮। খোম্বোককম্

খোম্বোক ময়েক হায়দোকফম্বু খোম্বোককম্ কৌই।

### ২৯। খোম্বোককম্ মখল

খোম্বোককমগী মখল নিপানি। মাহুদি :— খবাক্, খৌরি, লৈএং, ঙৌ, ঙৌথক, য়াখোং, চীম্বান, নাতোন্ নিপানসি খোম্বোককম্নি।

### ৩০। খোম্বোকী পাম্বে অমসুং খৌরম্

খোম্বোক ময়েক হায়দোকপগী খোইদোকপা পাম্বেদি লৈএংনি অমসুং খোল্লিক-খোনহেক্কী খৌরম্না ভেংখন্নি।

### ৩১। মান্নবখোনবু ময়েক্কী খোম্বোককম্

অ, আ ময়েক অনিগী খোম্বোককম্ খৌরিনি। অদুনা অ, আ, অনিবু খৌরি ময়েক কৌই।

ই, ঈ ময়েক অনিগী খোম্বোককম্ ঙৌনি অদুনা ই, ঈ ময়েক অনিবু ঙৌ ময়েক্ কৌই।

উ, ঊ ময়েক অনিগী খোঙ্খোককম্ চীঙ্বাগি অঙুনা উ, ঊ ময়েক অনিগিবু চীঙ্বান্ ময়েক কৌই।

ঋ, ৠ ময়েক অনিগী খোঙ্খোককম ঙৌথঙ্গি অঙুনা ঋ, ৠ ময়েক অনিবু ঙৌথক ময়েক কৌই।

ঌ, ৡ ময়েক অনিগী খোঙ্খোককম য়াখোংনি অঙুনা ঌ, ৡ ময়েক অনিবু য়াখোং ময়েক কৌই।

## ৩২। তিন্নবখোনবু ময়েকী খোঙ্খোককম

এ, ঐ ময়েক অনিগী খোঙ্খোককম খৌরিনে, ঙৌনে অনিনি।

মরমদি :— অ+ই=এ, অ+এ=ঐ অসুম্না তিন্নরগা ওই-বনিনা 'অ'গী, খৌরিনে 'ই'গী ঙৌনে অনিসি পুন্নপা খোঙ্খোককম্ ওইবনি।

ও, ঔ ময়েক অনিসিগী খোঙ্খোককম খৌরিনে চীঙ্বামে অনি পুন্না ওই। মরমদি :— অ+উ=ও, অ+ও=ঔ অসুম্না তিন্নরগা ওইবনিনা, 'অ'গী খৌরিনে, 'উ'গী চীঙ্বামে অনিসি পুন্নপা খোঙ্খোক্কম্ ওইবনি।

## ৩৩। খোনবু ময়েক্না তোঙানবা খোনয়া ময়েক্তা চংবা

খোনয়া ময়েক হান্নদোকপা য়াননবা খোনবু ময়েক্না তোঙ্লোম্বা খোনয়া ময়েক্তা চঙ্ঙৌ। 'অ' না মশক উম্বনা, ঌ, ৡ না মশক ওন্দনা অমসুং অতৈ খোনবু ময়েকশিংনা ওন্নগা তোঙ্লোম্বা খোনয়া ময়েকশিংদা চঙ্ঙী।

**৩৪। খোনবুনা তোয়োন্বা খোনয়াঙ্গা চঙবগী মথক**

মাহুদি :— ক্‌+অ=ক, ক্‌+৯=ক্ল, ক্‌+ঃ=কৃ, আ=া, ক্‌+া=কা, ই=ি, ক্‌+ি=কি, ঈ=ী, ক্‌+ী=কী, উ=ু, ক্‌+ু=কু, ঊ=ূ, ক্‌+ূ=কূ, ঋ=ৃ=কৃ, ঋ=ৄ, ক্‌+ৄ=কৄ, এ=ে, ক্‌+ে=কে, ঐ=ৈ, ক্‌+ৈ=কৈ, ও=ো, ক্‌+ো=কো, ঔ=ৌ, ক্‌+ৌ=কৌ, অসিনচিংবা।

---

**বাহং**

১। মৈতৈলোন্দিং কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। লোন কদাইবু কৌবগে খুদম পীদুনা হায়উ।

৩। রা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৪। রাগী মথল কয়ানো অমসুং মমিং লোয়নননা হায়উ।

৫। রাহৈ কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৬। রাহৈগী মথল কয়ানো অমসুং মমিং শুনা হায়দুনা তাকউ।

৭। ময়েক কদাইবু কৌবগে খুদম পীদুনা হায়উ।

৮। ময়েকী মথল কয়ানো অমসুং মমিংগা হায়উ।

৯। খোম্হোক ময়েক মথল কয়ানো মমিং হায়উ।

১০। খোনবু ময়েক কদাইবু কৌবগে অমসুং ময়েক মথক্তা লোয়নননা হায়দুনা তাকউ।

১১। খোনবু (মুংশা) কদাইবু কৌবগে হায়উ।

১২। খোনবু ময়েক মথল কয়ানো মমীং শুনা হায়উ।

১৩। মাম্নবখোনবু কদাইবু কৌবগে তাকউ।

১৪। মাম্নবখোনবু ময়েকশিংনা মাম্নবা খোঙ্হোক্ করা খোল্লা পুবগে।

১৫। খোঙ্হোক কদাইবু কৌবগে হায়উ।

১৬। খোঙ্হোক মখল কয়ামো অমম্তুং মমিং মশীং শুনা হায়হনা তাকউ।

১৭। অতেনবনচিংবা খোঙ্হোকশিংগী মশক অমম্তুং মহায় করম তৌবগে মশক হায়উ।

১৮। নাতোম্নাচীনবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

১৯। নাচীনদবা খোঙ্হোক কয়াইবু কৌবগে।

২০। মাম্নবখোনবু ময়েকী খোঙ্হোক ১৮ গী থুংবি অমম্তুং মহায়গী মশক হায়উ।

২১। মাম্নবখোনবু ময়েকী খোঙ্হোক ১৮গা কোম্না য়েক্নুনা তাকউ।

২২। তিম্নবখোনবু ময়েক কদাইবু কৌবগে অমম্তুং মশকা কোম্না মশীং হায়উ।

২৩। তিম্নবখোনবু ময়েক এ, ঐ, ও, ঔ ময়েক মরিসি করি করি তিম্নগা ওইবগে হায়উ।

২৪। তিম্নবখোনবু ময়েকশিংগী করম্ করবা খোঙ্হোক কৌবগে মশীং শুনা তাকউ।

২৫। তিম্নবখোনবু ময়েকী খোঙ্হোক ১২গী থুংবি অমম্তুং খোঙ্হোক মহায় তাকউ।

২৬। তিল্লবখোনবু ময়েকশিংগী খোঙোক ১২ পী মহাযতনা য়েক্তুনা তাকউ।

২৭। খোঙোককম কদাইবু কৌবগে?

২৮। খোঙোককম মখল কয়ানো মমিং শুনা হায়উ।

২৯। খোঙোক অমম্মং খোল্লিক খোনহেকী পাইবে খৌরম্ তাকউ।

৩০। তিল্লবখোনবু ময়েকী খোঙোককমগা কোয় কোয়না ময়েকী মিংখোনশিংস্ু তাকউ।

৩১। তিল্লবখোনবু ময়েক এ, ঐ, ও, ঔ ময়েক মরি অসিগী খোঙোককমগা কোয় কোয়না মরম পীর পীরহনা হায়উ।

৩২। খোনবু ময়েক্কা তোল্লোম্বখোনয়া ময়েক্কা চংবগী মরোং হায়হনা তাকউ।

৩৩। তোল্লোম্বখোনয়া ময়েক্কা খোনবু ময়েক্কা চঙ্বগী মশক্তো খুদমগা লোয়ননা হায়হনা তাকউ।

---

## অনিশুবা তান্নক

## ১। খোনয়া ময়েক

মতোমতা হায়দোক্পা য়াদবা খোনবু ময়েকী মপাল তাংলগা হায়দোক্পা য়াবা ময়েকপু খোনয়া ময়েক্ কৌই।

ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্। চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্। ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্। ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্। প্ ফ্ ব্ ভ্ ম্। য্ র্ ল্ ব্। শ্ ষ্ স্ হ্ ক্ষ্। ড়্ ঢ়্ য়্ ৎ ঃ ঁ ং।

ক্ দগী ং ফাওবা ময়েক্ ৪১ অসি খোনয়া ময়েক্কি অমম্মং ক্না ক্+ষ্=ক্ষ অম্যা তিমহনা ওইবা তিল্লবখোনয়া ময়েক্কি।

## ২। খোন্নয়া মহায়দোক্

খোনয়া মরেক্তি খোম্হোক্ মপুংকাদে তথ্যাইতনি হায়দোকপা য়াদে, হায়দোকপা য়ানবা 'অ' অক্ষরম্ হাপ্নগা হায়দোকই 'অ' অহূ থবকী মতমদদি য়াউদে।

মাত্থদি :— ক্+অ=ক, খ্+অ=খ, গ্+অ=গ, ঘ্+অ= ঘ অসুম্না হায়দোকপদা 'অ' অক্ষরম্ য়াউগনি অসিনচিংবা।

## ৩। তোম্নোম্বখোনয়া মরেক্

খোনবা মরেক্না লোনদবা মতোমতনা লোম্বা খোনয়া মরেকপু তোম্নোম্বখোনয়া মরেক কৌই।

তোম্নোম্বখোনয়া মরেকী মতোম্দা মতেক্ খুদম্ ( ্) অসি হাপ্নী। মাত্থদি :— ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্। চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্। ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্। ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্ অসিনচিংবা।

## ৪। খোম্নোম্বখোনয়া মরেক্

খোনবুনা লোম্বা খোনয়া মরেকপু খোম্নোম্বখোনয়া মরেক্ কৌই।

মাত্থদি :— অহানবা তাম্বকী ৩৪, ৩বা শীংথাবদা উৎথরে।

## ৫। খোনয়া মরেক্ মথন

খোনয়া মরেকী মথন মাপল খোয়া থাইরি।

মাত্থদি :— অশোকপা, কাংলুপ, অতংবা, অশাথা, মরাক্তৈবা অয়াংবা, অরাবা, অকিংবা, ভিরবা মাপল অসিনি।

## ৬। অশোক্পা ময়েক্

ক্ দগী 'ম্' কাওবা অমসুং ড়. ঢ়. ৎ থোন্নবা ময়েক্ ( ১৮ ) অসি অশোকপা ময়েক্নি। ময়েক হায়দোক্পদা মাগী মাগী খোঞ্জেল কয়্দা লৈতোল লৈরাই অমসুং লৈখোঙ্, শোক্ই হায়রুদা অশোক্পা ময়েক কৌই।

## ৭। অশোকপা কাংলুপ মখল

অশোকপা ময়েকী কাংলুপ মখল মঙাদি।

মাহুদি :— ক্ খ্, গ্, ঘ্, ঙ্,—ক্ কাংলুপ

চ্, ছ্, জ্, ঝ্, ঞ্,—চ কাংলুপ

ট্, ঠ্, ড্, ঢ্, ণ্,—ট কাংলুপ

ত্, থ্, দ্ ধ্, ন্—ত কাংলুপ

প্, ফ্, ব্, ভ্, ম্—প কাংলুপ অসিনি।

য়েংশিনগদবা :— ড় ঢ় না অহমুত্তবা কাংলুপ্তা ড, ঢ গী, অমসুং 'ৎ' না মরিত্তবা কাংলুপ্তা 'ত' গী মশক্তা শীংথাগনি।

## ৮। কাংলুপ

তিময়া মাবমখৈ পুন্না খঙ্‌নিন্নবা 'কাংলুপ' কৌই।

## ৯। অঙৎবময়েক

ঙ ঞ্, ণ্ ন্ ম্ কাংলুপ খুদিংগী মঙাত্তবা ময়েক্ মঙাসি ( নাতোমাচীনব ) অঙৎবময়েক্নি।

## ১০। অশাবময়েক্

শ্, ষ্, স্ হ্ ময়েক মরিসি অশাবময়েক্নি। খোঞ্জেল ময়েক হায়দোকপদা খোঞ্জেল্ শাই অহুনা অশাবময়েক কৌই।

## ১১। মরক্তলৈবময়েক্

য্ ৱ্ ল্ র্ য়্ ময়েক মঙাসি মরক্তলৈবা ময়েক্নি। অশোকপ-ময়েক অমসুং অশাবময়েক অনিসিগী মরক্তলৈ অহুনা মরক্তলৈবা ময়েক কৌই।

## ১২। অয়াংবময়েক্

ক্ গ্ ঙ্। চ্ জ্ ঞ্। ট্ ড্ ণ্। ত্ দ্ ন্। প্ ব্ ম্। কাংলুপ খুদিংমক্কী অহানবা অহুমশুবা অমসুং মঙাশুবা ময়েকশিংসি অয়াংবময়েক্নি। খোঞ্জোক ময়েক হায়দোকপদা খোনবু (ভুংশা) য়াম্নদনা য়াংনা হায়দোকই অয়াংবময়েক কৌই।

## ১৩। অরাঙ্বময়েক্

খ্ ঘ্। ছ্ ঝ্। ঠ্ ঢ্। থ্ ধ্। ফ্ ভ। কাংলুপ খুদিংগী অনিশুবা অমসুং মরিশুবা ময়েকশিং অসি অরাঙ্বা ময়েক্নি।

খোঞ্জোক ময়েক হায়দোকপদা খোনবু (ভুংশা) য়াম্না অমসুং লুম্না হায়দোকপবু অরাঙ্বময়েক কৌই।

## ১৪। খোনফম্ময়েককী খোঞ্জেককম্

ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্ হঃ ময়েক তরেৎ অসিগী খোঞ্জোককম্ খৌরিনি।

চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্ য্ শ্ য়্ ময়েক নিপান্ অসিগী খোঞ্জোক-কম্ তৌনি।

ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্ র্ ষ্ ড়্ ঢ়্ ময়েক মাপান্ অসিগী খোঞ্জোক-কম্ তৌখি।

ত্, থ্, দ্ ধ্, ন্ ল্ স্ ৎ ময়েক নিপানসিগী খোম্থোককম য়াখোংনি।

প্, ফ্, ব্, ভ্, ম্ ময়েক মঙা অসিগী খোম্থোককম্ চীম্বাম্নি।

'র', ময়েকী খোম্থোককম্ য়াখোংগা চীম্বানগনি।

'ক্ষ', ময়েকী খোম্থোককম্ খৌরিগা ভোথকনি।

মরমদি :— ক্+ষ্=ক্ষ্, অসুম্না তিন্নরগা ওইবদগী 'ক্' গী খৌরিনে, 'ষ্' গী ভোথক্লে খোম্থোককম্ অনিপুম্না ওইবনি। ং, ঃ ময়েক অনি অসিগী খোম্থোককম্ নাতোম্নি।

## ১৫। তপ্পবা 'হ' গী খোম্থোক্‌কম্

অঙংবা ময়েক ঙ্, ঞ্, ণ্, ন্ ম্ অমসুং মরক্তৈবা ময়েক্ য্ র্ ল্ ৱ্, মখোয়সিগা তপ্পবা 'হ' গী খোম্থোককম্ থবাক্লি।

মাহুদি :— হঙ্, হঞ, হ্ন, হ্ণ, হ্ম, হ্য, হ্র, হ্ল, হ্ব অসিনি।

## ১৬। বিসর্গগী (ঃ) কম্‌কম্

বিসর্গ (ঃ) গীদি মাং অমসুং মরক্তৈবা তুংথংবা খোনবুদা তপ্পা পোলোয় ময়েক্লি; অয়াক অথঙ্, শক্লেপ য়াহৈশিংদা তপকনি।

মাহুদি :— ইঃ ওঃ এঃ অঃ আঃ উঃ অসিনচিংবা।

## ১৭। অনুসার (ং) চান্দবিন্দু (ঁ) গী কিভম্

ং, ঁ অনুসার চান্দবিন্দু ময়েক অনিসি খোনবুময়েক্তা তপ্-কদবা অঙংবা মতুংইনবা ময়েক্লি।

মাহুদি :— হুঁ হুঁ অং হং হঁ ঙ্ং ঙুং কং অসিনচিংবা।

## ১৮। খোনরা মরেক্কী মহায় রেক্ননা উৎপা

| অশোকপা | কাংলুপ | অঙংবা | অশাবা | মরক্কৈলবা | অয়াংবা | অরাম্বা | অফিংবা | ভিরবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্ | ক কাংলুপ | ঙ্ | …… | …… | ক্ গ্ ঙ্ | খ্ ঘ্ | …… | … |
| চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্ | চ কাংলুপ | ঞ্ | …… | …… | চ্ জ্ ঞ্ | ছ্ ঝ্ | …… | … |
| ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্ | ট কাংলুপ | ণ্ | …… | …… | ট্ ড্ ণ্ | ঠ্ ঢ্ | …… | … |
| ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্ | ত কাংলুপ | ন্ | …… | …… | ত্ দ্ ন্ | থ্ ধ্ | …… | … |
| প্ ফ্ ব্ ভ্ ম্ | প কাংলুপ | ম্ | …… | …… | প্ ব্ ম্ | ফ্ ভ্ | …… | … |
| … … | … … | …… | …… | য্ র্ ল্ ৱ্ | …… | …… | …… | … |
| … .. | … … | … .. | শ্ ষ্ স্ হ্ | …… | …… | …… | …… | … |
| … … | … … | …… | …… | …… | …… | …… | …… | ক্ষ্ |
| ড়্ ঢ়্ | … … | …… | …… | য়্ | …… | …… | …… | … |
| .. … | … … | ং ঁ | …… | …… | …… | …… | ঃ | … |
| … … | … … | | …… | …… | …… | …… | …… | … |
| (ৎ) … | … … | …… | …… | …… | …… | …… | …… | … |

য়েক্লিবসি খোনরা মরেক্কী মহায় খঙননবা উৎপনি।

## ১৯। অফিংবময়েক

ইফিং ফিংবা ময়েকপু অফিংবময়েক কৌই।

মাত্থদি :— : বিসর্গনি।

## ২০। তিল্লবময়েক

তিন্নথুনা ওইবা ময়েকপু তিল্লবময়েক কৌই।

মাত্থদি :— 'ক্ষ' অসিনি।

## ২১। 'ক্ষ' গী ফিভম্

অশোকপা ময়েক 'ক্' গা অশাবময়েক্ 'ষ' গা তিন্নথুনা ওইবা 'ক্ষ' নি।

## ২২। য়েক্তুনা উৎপা খোনয়া ময়েক্কী খোঙ্হোকফম্

| খোনয়া ময়েক | খোঙ্হোকফম্ | ময়েক মশীং |
|---|---|---|
| ক্ খ্ গ্ ঘ্ ঙ্ হ্ : | খোরি | ৭ |
| চ্ ছ্ জ্ ঝ্ ঞ্ য্ শ্ য় | ঙৌ | ৮ |
| ট্ ঠ্ ড্ ঢ্ ণ্ র্ ষ্ ড় ঢ় | ঙৌথক্ | ৯ |
| ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্ ল্ স্ ৎ | য়াখোং | ৮ |
| প্ ফ্ ব্ ভ্ ম্ | চীপ্পান | ৫ |
| ঙ্ ঞ্ ণ্ ন্ ম্ ং | নাতোন্নাচীনবা | ৭ |
| ব় | চীপ্পানগা য়াখোংগা | ১ |
| ক্ষ | খোরিগা ঙৌথকা | ১ |
| ঙ্ ঞ্ ণ্ ন্ ম্ য্ ব্ র্ তপ্পবা 'হ' | খবাক | ৯ |

অপুনবা মশীং ৫৫ নি।

য়েল্লিবসি খোনয়া ময়েকশিংগী মশীংগা লোয়ননা উৎপা খোঙ্হোকফম্নি।

## বাহং

১। খোনয়া ময়েক কদাইবু কৌবগে অমসুং কদাইনো মশক হায়উ।

২। খোনয়া ময়েক্ হায়দোকৃপদা 'অ' অমমম্ হাপ্লগা হায়দোকৃপা করিগীনে অমসুং 'অ' অত্থ থবক্তা য়াউব্রা য়াউদব্রা হায়উ।

৩। তোল্লোম্বখোনয়া ময়েক কদাইবু কৌবগে অমসুং খুদম পীত্থনা হায়উ।

৪। খোনয়ামযেক্কী মথল কয়ানো অমসুং মথল খুদিংগী মমিং হায়উ।

৫। অশোকপময়েক কদাইবু কৌবগে অমসুং কদাইদগীনা কদাই-ফাউবনো ময়েক মশীং বয়ানা হায়ত্থনা তাকউ।

৬। অশোকপময়েক্কী কাংলুপ কয়ানো মমিংগা কোম্ননা মশীং শুনা হায়উ।

৭। কাংলুপ কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৮। অঙংবময়েক কদাইবু কৌবগে অমসুং কদাইনো অত্থগা অঙংবময়েকশিংনা খোনয়া ময়েকশিংদগী করি থোইদোকপগে হায়উ।

৯। অশাবময়েক কদাইনো অমসুং কদাইবু অশাবময়েক কৌবগে হায়উ।

১০। মরক্তলৈবা খোনয়া ময়েক কদাইবু কৌবগে অমসুং কদাইনো কনা কনাগী মরক্তলৈবনো হায়উ।

১১। অয়াংবময়েক কদাইনো অমসুং কদাইবু অয়াংবময়েক কৌবগে হায়উ।

১২। কাংলুপ খুদিংগী কয়াগুবা ময়েকপু অরাম্বময়েক্লো হায়উ।

১৩। খোনয়ামময়েকশিংগী খোন্থোকফম্ মমিং ময়েক মশক কোম্লনা হায়উ।

১৪। অঙংব অমস্তুং মরক্তলৈবময়েক্কা তপ্নবা 'হ' গী খোন্থোকফম্ করিনো মশক তাকউ।

১৫। বিসর্গগী ফম্ফম্ করিনো অমস্তুং করি করিদা বিসর্গ, শীজিন্নবগে খুদম্ খরা পীজুনা হায়উ।

১৬। "ং, ँ" অনুসার অমস্তুং চান্দ্রবিন্দু ময়েক অনিসি কদাইদা শিজিন্নবগে হায়উ।

১৭। খোনয়ামময়েক্কী মহায় য়েক্তুনা উৎলু।

১৮। অক্লিংবা ময়েক কদাইবু কৌবগে হায়উ।

১৯। তিল্লবময়েক কদাইবু কৌবগে খুদম পীজুনা তাকউ।

২০। 'ক্ষ' গী ফিভম করিনো তাকউ।

২১। খোনয়া ময়েক্কী খোন্থোকফম্ য়েক্তুনা উৎলু।

২২। খোনবুগা খোনয়া ময়েক্কা করি খেন্নবগে হায়উ।

---

## অহুমশুবা তান্নক

### ১। অহানবখোন্থোক ময়েক্কী মশক

অহানবখোন্থোক ময়েক্কী মশক্তি 'হঁ' হায়বা ময়েক অসিনি। তেংবানবা মপুনা ইহান্ হানবদা হায়দোকপা খোন্থোক ময়েক্তি অহুনা 'হঁ' বু অহানুবখোন্থোক ময়েক কৌই।

## ২। খোম্বোক ময়েকশিং পোক্লককফম

হঁ হায়বসিদগী খোম্বোক ময়েক পুম্নমক পোক্লককফম্নি।

## ৩। খোম্বোক ময়েককী লৈফম্

হকচাংগী খোইদৌ মথাদা মরুম্নমকম্ কাংগোই লৈএ মাহুদা নপু অমস্তুং থরাই মঙা থানা মিগা শাগোম্ননা খোম্বোক ময়েক 'হঁ' লৈএ।

## ৪। থরাই মঙা অমস্তুং 'মি' গী মশক

হুংশা, খোঞ্জেন, মিহুন, পুক্লিং, লৌশিং মথোয় ৫সি থরাই মঙানি অমস্তুং থরাই মঙাগা লোয়ননা হকচাং পাম্লিববু 'মি' (থরাইমি) কৌই। মাসি থরাই মঙামিগ থানা ভরুকমক্লি।

## ৫। খোম্বোক ময়েক মহায়দোক

হায়নিংলবদা মপুগী থৌজাল্লগী 'মি'না লৌশিংগা তিম্নরগা পুক্লিংবু ফভিঙ, পুক্লিংনা হকচাংগী মৈবু ফভিঙ, মৈহুনা হুংশিংপু ফভিঙ হুংশিং অহুবু হুংশা কৌই। হুংশা অহুনা হোনগংলক্কুনা য়াংবী পুবা মরোংখোং কৌবা শিংলিদা মথং মথং থোকহল্লগা থবাক, লৈএং, থৌরি, ঙৌ, ঙৌথক্, য়াথোং, চীম্বান, নাতোন্, মকম্ '৮' অসিদগী খোম্বোক ময়েকপু হায়দোকই মাহুদি:— অঙাংনা পোক্পদা হঁ হঁ কপ্পী অসিনচিংবা।

## ৬। খোম্বোক্ ময়েক্ হায়বদা চেক্‌শিন্‌বা অমস্তুং মথল

খোম্বোক্ ময়েকপু হায়বদা সোইখিগনি য়াজহুনা চুম্নবা অমস্তুং কঞ্জনবা থৌরাংববু চেক্‌সিনবা কৌই অমস্তুং খোম্বোক ময়েক্ হায়বদা চেকসিনবা মথল অনি থোকই।

মাহুদি ঃ— হায়রম্‌দাইদা চেকসিন্‌বা অমা, হায়রিবৈদ চেকসিন্‌বা অমা হায়রিবা অনি অসিনি।

## ৭। খোন্থোক ময়েক খণ্ডবগী কান্নবা

ওমুহুনা খোন্থোক ময়েক খণ্ডলগা লাইরিক পাবা ওদি পাহুনা লাইরিক তম্লগা হৈশিংহুনা য়াম্না চাওবংদি অমম্নুং পোক-পদগী লোয়নরক্লবা খোন্থোকপু খণ্ডনা মহাকপু শোজহুনা শাগোন-নরগা শিজরবদি মপুগী খুয়াথাদা তাজরুই। তেংবান্‌বমপুগী খৌজান্দগী পোক্লকপদ লোয়নরক্লবা খোনথোক ময়েক্তি "হু" নি, অহুনা হুঁ হুঁ হুঁ হায়না অঙাংনা কপ্লদো লোয়নরক্লবা মপুগী খোন্থোক্ মিংলেন্ মিথৌনি, শোজরগা মপুনা পেমবিগনি; "হুঁ" না মপুগী মিংলেন্ মিথৌনি, পোকপা হিংবা শিঙ্কা মঙোন্দনি, পোক্লকপদা শাগোন্নরকপনি, হিংবা অমম্নুং শিবদসু শাগোন্নগনি।

### বাহং

১। অহানবখোন্থোক ময়েক কদাইনো অমম্নুং কদাইবু অহানবা খোন্থোক ময়েক কৌবগে হায়উ।

২। খোন্থোক ময়েকশিংগী খোন্থোককম্ করিনো তাকউ।

৩। খোন্থোক ময়েক্কী অরেপ্পা লৈফম কদাইদনো হায়উ।

৪। থরাই মঙা মিপা থানা তককৎমকী মশক্ হায়উ।

৫। খোন্থোক ময়েক মঙৌ করম্না মফম্ কয়াদা হায়দোকপগে।

৬। খোন্থোক্ ময়েক্ হায়বদা চেকসিনবা কদাইবু কৌবগে অমম্নুং মথক কয়ানো মমিং হায়উ।

৭। খোম্বোক ময়েক খণ্ড্বগী কান্নবা অমম্নং 'থন্নাই পানবমি'গা খোম্বোক ময়েকা করি মরী লৈনবগে হায়রউ।

---

প্রশুবা তাক্নক

১। মশীং

অয়াম্ য়ামদ খণ্ড্নবব্ মশীং কৌই।

২। মশীং ময়েক্

মশীং খণ্ডিণ্ড্বা ময়েকপু 'মশীং-ময়েক্' কৌই।

মাছুদি :— ১, ২, ৩, ৪, ৫, ৬, ৭, ৮, ৯, ০, ১০, ১১, অসিনচিংবা।

৩। খুদম্ ময়েক্

খুদম্ খণ্ডিণবা ময়েক্পু 'খুদম্ ময়েক' কৌই।

৪। খুদম্ ময়েক্ মথল্

খুদম্ ময়েকী মথল অনি থোকই।

মছুদি :— য়ারোন্ খুদম্ মশীংপাবা খুদম্ অসিনি।

৫। য়ারোন্ খুদম্

য়ারোন্ খণনব খুদম্বু য়োরোন্খুদম্' কৌই।

৬। য়ারোন্ খুদম্ মথল্

য়ারোন্ খুদমগী মথল্ তরামণ্ডা থোক্না থাইরি।

| মাহুদি :— | য়ারোন্ | — | খুদম্ |
|---|---|---|---|
| | ১। তাকৃপা | — | :— |
| | ২। পনৃবা | — | ; |
| | ৩। লেপ্পা | — | , |
| | ৪। অহায়নবা | — | ' — ' |
| | ৫। অয়োৎপা | — | ' |
| | ৬। কোংদোক | — | ( — ) |
| | ৭। মান্নবা | — | = |
| | ৮। ঙিংগৌ | — | ? |
| | ৯। মতেক্ | — | ˎ |
| | ১০। অঙকৃপা | — | ! |
| | ১১। য়াহং | — | ? |
| | ১২। খঙ্গৎপা | — | — |
| | ১৩। মহৎসিনৃবা | — | " |
| | ১৪। য়াপুথোকৃপা | — | * |
| | ১৫। য়ারোইবা | — | । |

অসিনি।

[illegible]

মশীং খঙ্‌নবা তৌববু মশীংপাবা কৌই।

৮। মশীংপাবা মথল্

মশীং পাবগী মথল মরি থোক্লা খাইরি।

মাহুদি :— তিল্লিনবা, খাইদোকপা, সুপ্পারবা, য়েন্নবা অসিনি।

## ৯। মশীংপাবা খুদম্

মশীংপাবা খঙ্নবা খুদমবু মশীংপাবা খুদম কৌই।

## ১০। মশীংপাবা খুদম্ মখল্

মশীংপাবা খুদম্ মখল মরি থোক্না খাইরি।

মাহ্নদি:— তিল্লিনবখুদম্, খাইদোকপখুদম্, সুপ্নাক্নবখুদম্, য়েন্নবখুদম্ অসিনি।

**য়েংশিনগদবা:**— য়েক্নুনা উংপা মশীংপাবা মখল ৪গী খুদম্ মশক্।

| | | | |
|---|---|---|---|
| মাহ্নদি:— | মশীংপাবা | — | খুদম্ |
| ১। | তিল্লিনবা | — | + |
| ২। | খাইদোকপা | — | − |
| ৩। | সুপ্নাক্নবা | — | × |
| ৪। | য়েন্নবা | — | ÷ অসিনি। |

### বাহং

১। মশীং কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। মশীং ময়েক কদাইবু কৌবগে অমস্নুং মশক্না কোন্ননা হায়উ।

৩। খুদম ময়েক কদাইবু কৌবগে অমস্নুং মখল কয়ানো মমিং হায়দুনা তাকউ।

৪। মায়োন খুদম কদাইবু কৌবগে মশীংগুনা মমিং হায়উ।

৫। মশীংপাবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৬। মশীংপাবা মথল কয়ানো মমিংশুনা হায়উ।

৭। মশীংপাবা খুদম্ কদাইবু কৌবগে অমস্তুং মথল কয়ানো মমিংগা লোয়ননা হায়য়ুনা তাকউ।

৮। মশীংপাবা খুদম্ মথল মরিমক য়েক্তুনা তাকউ।

---

## শেন্দ্রবা তাক্কক

### ১। তিন্নবা

মরী লৈনবা ময়েক অনি পূলন্দুনা অমস্তুং মশক ওন্দুনা নত্রগা মশক্ মাংহ্নুনা অমত্ত ওইববু তিন্নবা কৌই।

### ২। তিন্নবমথল

তিন্নবা মথল মরি থোক্ই।

মাহ্নদি :— খোনবু তিন্নবা, খোনয়া তিন্নবা, বিসর্গ তিন্নবা মহৌশা তিন্নবা অসিনি।

### ৩। খোনবু তিন্নবা

মরী লৈনবা খোনবু ময়েক অনি পূলন্দুনা অমত্তা ওইববু খোনবু তিন্নবা কৌই।

### ৪। অ+অ=আ

অ'গা অ'গা তিন্নরগা 'আ' ওই।

মাহ্নদি :— ক+অ=কা, খ+অ=খা, মক+অ=মকা, অনাব+অ=অনাবা, অকনব+অ=অকনবা অনুংগ+অ=

অকুৎপা, অশংব+অ=অশংবা, অকংব+অ=অকংবা, চাব+অ=চাবা, থকপ+অ=থকপা, কপ্প+অ=কপ্পা অসিনচিংবা।

## ৫। আ+অ=আ

আ'গা অ'গা তিন্নরগা 'আ' ওই।

মাহুদি :— মথা+অসিদা=মথাসিদা, মকা+অতাবা=মকাতাবা, অচা+অথক=অচাথক, অক+অকুম=অকাকুম, মমা+অসিদা=মমাসিদা, মতা+অসিদা=মতাসিদা, মপা+অসিদা=মপাসিদা, মশা+অসিদা=মশাসিদা, মচা+অহুদা=মচাহুদা, মরা+অতাবা=মরাতাবা অসিনচিংবা।

## ৬। ই+ই=ঈ

ই'গা ই'গা তিন্নরগা 'ঈ' ওই।

মাহুদি :— ই+ই=ঈ, ইবাই+ইবুংঙো=ইবাঈবুংঙো, ঐখোই+ইয়ুম্=ঐখোঈয়ুম্, ঐখোই+ইবুংঙো=ঐখোঈবুংঙো, ঐখোই+ইচে=ঐখোঈচে, ঐখোই+ইঙ্খাল=ঐখোঈঙ্খাল্, ইরাই+ইরৈমা=ইরাঈরৈমা অসিনচিংবা।

## ৭। ঈ+ই=ঈ

ঈ'গা, ই'গা তিন্নরগা 'ঈ' ওই।

মাহুদি :— ঈ+ই=ঈ, চৎসি+ঈসে=চৎসীসে, ঐখোয়গী+ইংখোল=ঐখোয়গীংখোল্, ঐগী+ইচে=ঐগীচে, ঐগী+ইনাও=ঐগীনাও, ঐগী+ইবাই=ঐগীবাই, ঐগী+ইরা=ঐগীরা, ইমাগী+ইবুংঙো=ইমাগীবুংঙো, ইপাগী+ইবুংঙো=ইপাগীবুংঙো, ইবাইগী+ইবুংঙো=ইবাইগীবুংঙো অসিনচিংবা।

## ৮। ই+ঈ=য়

খোনবু ময়েক্কী মখাদা লাকপা ই, 'ঈ' না করিগুম্বদা 'য়্' ওই। মাতৃদি :— চা+ই=চায়, কা+ঈ=কায়, পা+ই=পায়, ঙা+ই=ঙায় অসিনচিংবা।

## ৯। উ+উ=ঊ

উ'গা উ'গা তিন্নরগা 'ঊ' ওই।

মাতৃদি :— য়েংঙু+উরো=য়েংঙূরো, য়েংঙু+উরব্রা=য়েংঙূরব্রা, য়েংঙু+উদেদনা=য়েংঙূদেদনা, য়ৈথুরু+উব্রা=য়ৈথুরূব্রা, ফুরু+উব্রা=ফুরূব্রা, চৈরু+উব্রা=চৈরূব্রা, য়েংঙু+উহল্লবনি=য়েংঙূহল্লবনি, চৈরু+উখিগদ্রা=চৈরূখিগদ্রা, চৎলু+উখিগদ্রা=চৎলূখিগদ্রা, লৌরু+উগদ্রা=লৌরূগদ্রা, লামু+উখিগদ্রা=লামূখিগদ্রা, ফম্মু+উগদ্রা=ফম্মূগদ্রা, লাল্লু+উগদ্রা লাল্লূগদ্রা অসিনাচংবা।

## ১০। ঋ+ঋ=ৠ

ঋ'গা ঋ'গা তিন্নরগা ৠ' ওই।

মাতৃদি :— ঋ+ঋ=ৠ, শৃশৃ+ঋনাননবা=শৃশৄনাননবা, জৃজৃ+ঋচৎপা=জৃজৄচৎপা, কৃকৃ+ঋকাম্বা=কৃকৄকাম্বা, +ঋপুম্বা=বৃবৄপুম্বা, কৃকৃ+ঋক্=কৃকৄক্, অসিনচিংবা।

## ১১। ঌ+ঌ=ৡ

লোন্দে ঙাংবদা ঌ'গা ঌ'গা তিন্নরগা 'ৡ' ওই।

মাতৃদি :— ক+ঌতৌরিবনো=কতৌরিবনো, ক+ঌ চারিবা

কচারিবনো, ক+৯ন্তোবগে=কন্তোবগে, ক+৯নো=কনো,
ৡ ৯ ৡ ৯ ৡ

ক+৯য়েংলিবা=কয়েংলিবা, অসিনচিংনা।
ৡ

## ১২। অ+ই=এ। ঐ

অ'গা ই'গা তিম্নরগা 'এ' ওই, করিগুম্বদস্তু 'ঐ' সু ওই।

মাতুদি :— অ+ই=এ, থক+ই=থকে, ফক+ই=ফকে, ফেংগ+ই=ফেংগে, মেংল+ই=মেংলে, চাজ+ই=চাজৈ, য়েংজ+ই=য়েংজৈ, চামিম্ন+ই=চামিন্নৈ য়েংসি+অসিদা=য়েংসেসিদা, তুমসি+অসিদা=তুমসেসিদা, ফমসি+অসিদা=ফমসেসিদা অসিনচিংবা।

## ১৩। অ+এ=ঐ

অ'গা এ'গা তিম্নরগা 'ঐ' ওই।

মাতুদি :— অ+এ=ঐ. কজ+এদা=কজৈদা, ওমৃজ+এদা=ওমৃজৈদা, চাজ+এবা=চাজৈবা, চৎচ+এদা=চৎচৈদা, চৎচ+এবা=চৎচৈবা, অসিনচিংবা।

## ১৪। অ+উ=ও

অ'গা উ'গা তিম্নরগা 'ও' ওই।

মাতুদি :— অ+উ=ও, ফম্ম+উ=ফম্মো, ফম্মুক+উ=ফম্মুকো, চৎল+উ=চৎলো, চাথ+উ=চাথো, চার+উ=চারো, ফুর+উ=ফুরো, কোর+উ=কোরো, লোর+উ=লোরো, কার+উ=কারো, তুম্ম+উ=তুম্মো, তুম্মোক+উ=তুম্মোকো, ওম্ম+উ=ওম্মো, চম্ম+উ=চম্মো, থুম্ম+উ=থুম্মো. অসিনচিংবা।

## ১৫। অ+ও=ঔ

অ'গা, ও'গা তিন্নরগা 'ঔ' ওই।

মাত্তদিঃ-- অ+ও=ঔ, ক+ও=কৌ, ল+ও=লৌ, হৌন+ও=হৌনৌ, লৌন+ও=লৌনৌ, কপ্ন+ও=কপ্নৌ, ফুন+ও=ফুনৌ, কয়+ও=কয়ৌ অসিনচিংবা।

## ১৬। খোনবু ময়েক্ মাংহনা তিন্নবা

খোনবু ময়েক্না লোম্বা অমসুং খোনবু ময়েক্না হৌবা য়ারোন্ অনি ময়েক লৌথোক্লগা য়ারোন্ অমত্তা ওইববু খোনবু ময়েক্ মাংহনা তিন্নবা কৌই।

মাত্তদি :— ইচে+ইবেম্মা=ইচেবেম্মা, ইনে+ইবেম্মা=ইনেবেম্মা, অচৌবা+অপিশক=অচৌপিশক্, অকাবা+অকুম্বা=অকাকুম্বা, অকবা+অকবা=অককবা অচৌবা+অচৌবা=অচৌচৌবা, অনেম্বা+অয়াংবা=অনেমঅয়াং, চকু+অহু=চকুহু, লফু+অহু=লফুহু, মপু+অহুদগী=মপুহুগী, মকমদো+অহুদগী=মকমহুদগী, অচাবা+অথক্পা=অচাঅথক্, অকবা+কত্তবা=অককত্তবা, অতেকপা+অকাইবা=অতেকঅকাই ; অমুনবা+মুন্দবা=অমুন্দমুন্দবা, অয়ৌবগা+লৌদবগা=অয়ৌলৌদবা=অসিনচিংবা।

### হায়ং

১। তিন্নবা কদাইবু কৌবগে অমসুং মখল কয়া ওবগে মমিংগা লোয়নননা হায়হনা তাকউ।

২। খোনবু তিন্নবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৩। মথাদা ইরিবশিংসি ভিন্নবা থাইদোকউ :— মকা, অকাকুম্, ইবাঙ্গৈবুংঙো, চায়, য়েংঙুরো, শৃশৃনানবা, কতৌবা, থক্দরনে, য়েংজে, য়েংদৈদা, ফজেবা, কৌ, লৌ, ইচেবেম্মা, ইনেবেম্মা, অকাকুম্বদা।

৪। মথাদা ইরিবশিংস ভিন্নসিল্লু :— ঐগী+ইচে, মথ+অ, মথা+অসিদা, ইবাই+ইবুংঙো, ঐগী+ইরা, চা+ই, য়েংঙু+উরে, শৃশৃ+ঋনানবা, ক+৯ তৌবা, থক+ই, চৎচ+এদা, ফজ+উ, ক+ও, ক+ও, ল+ও।

৫। মথাদা ইরিবা-য়ারোনশিংসি য়ারোন থাইদোকউ :— ফজেদা, য়েংসেসিদা, অফকবা, ইচেবেম্মা, অফকত্তবা, অচৌপিশক, য়েংঙুরব্রা, কৌ, লৌকৌ, অচৌচৌবা, মপুত্রুদগী, মপাত্বুদগী, মখুৎসিদগী।

---

## ৬শুবা তাক্কক

## ১। খোনয়া ভিন্নবা

খোনয়া ময়েক্ অমগ অমগা পুল্লনত্থনা অমত্ত ওইববু ১স্তুং ময়েক মথক ওনববুস্ন খোনয়া ভিন্নবা কৌই।

## ২। ক্+ষ্=ক্ষ

ক্'গা ষ্'গা ভিন্নরগা 'ক্ষ' ওই।

মাহুদি :— ক্+ষ্=ক্ষ, ক্+ষ্+এ ত্রিময়ুম্=ক্ষেত্রিময়ুম্
ক্+ষ্+এ=ত্রিলৈকায়, ক্ষেত্রিলৈকায় অসিনচিংবা।

৩। গ্—ক

কাংলুপ্কী অহানবা ময়েক্কী মথাদা লাকপা 'গ' না ক'
ওই।

মাহুদি :— কক্+গনি=কক্কনি, কৎ+গনি=কৎকনি।
কপ্+গনি=কপ্কনি, অসিনচিংবা।

৪। জ—চ

কাংলুপকী অহানবা ময়েক্কী মথাদা লাক্পা জ' না চ' ওই।

মাহুদি :— কক্+জগনি=কক্চগনি, কৎ+জগনি=কৎ-
চগনি। কপ্+জগনি=কপ্চগনি অসিনচিংবা।

৫। ত+চ=চ্চ

চ'না মথাদা লাক্লবদা 'ত' না 'চ' ওই।

মাহুদি :— মথুৎ+চুম্বা=মথুচ্চুম্বা, মহুৎ+চংবা=মহুচ্চংবা,
মথুৎ+চাবা =মথুচ্চাবা, কৎ+চরি=কচ্চরি, ফুৎ+চরি=ফুচ্চরি,
হুৎ+চরি=হুচ্চরি, লাৎ+চরি=লাচ্চরি, থদৎ+চৈ=থদচ্চৈ
কোইদৎ+চৈ=কোয়দচ্চৈ, লাৎ+চৈ=লাচ্চৈ অসিনচিবা।

৬। ন্+চ—জ=ঞ্চ—ঞ্জ

চ 'জ'না মথাদা লৈরবদা 'ন্'না 'ঞ' ওই।

মাহুদি :— লান্+চাক্=লাঞ্চাক্, চীন্+চাক্=চীঞ্চাক্
চেন্+চোংবা=চেঞ্চোংবা, চীন্+চোইবা=চীঞ্চোইবা, লান্+
জংবা=লাঞ্জংবা, চীন্+জাক্=চীঞ্জাক্, হন্+জনবা=হঞ্জনবা, থন্

+জবা=খঞবা.খুন্+জবা=খুঞবা, খুন্+জেম্বা=খুঞেম্বা, পন্+চিন্নম্দাইদা=পঞ্চিন্নম্দাইদা, হন্+জেকপা=হঞেকপা, কন্+জবা=কঞবা অসিনচিংবা।

৭। ব্=প্

কাংলুপকী অহানবা ময়েকী মথাদা লাকপা 'ব' না 'প' ওই।

মাহুদি :— হৈকক্+বু=হৈককপু, খুৎ+বু=খুৎপু, খোংঙুপ+বু=খোংঙুপ্পু, কক্+বিগনি=ককপিগনি, কৎ+বিগনি=কৎপিগনি, কপ্+বিগনি=কপ্পিগনি, তপ+বিগনি=তপ্পিগনি, হাপ্+বিগনি=হাপ্পিগনি চৎ+বিগনি=চৎপিগনি, লাৎ+বিগনি=লাৎপিগনি অসিনচিংবা।

৮। ং+গ=ঙ্গ

গ,না মথাদা লৈরবদা অনুসার (ং) না 'ঙ' ওই।

মাহুদি : - মনং+গন্দ=মনঙ্গন্দা, থং+গনি=থঙ্গনি, কং+গত্রা=কঙ্গত্রা, ঙং+গত্রা=ঙঙ্গত্রা, চং+গনি=চঙ্গনি, নং+গদবা=নঙ্গদবা, ফং+গদবা=ফঙ্গদবা, হং+গদবা=হঙ্গদবা, লং+গদবা=লঙ্গদবা, থং+গত্রা=থঙ্গত্রা, অসিনচিংবা।

৯। র্=ল

কাংলুপ্ ময়েকী মথাদা লাকপা 'র্' না 'ল্' ওই।

মাহুদি :— কক্+রগনি=কক্লগনি, তৎ+রগনি=তৎলগনি, কপ্+রগত্রা=কপ্লগত্রা, নং+রগত্রা='নংলগত্রা' কম্+রগনি=কম্লগনি, চৎ+রগনি=চৎলগনি, তম্+রগনি=তম্লগনি, থং+রগনি=থংলগনি: পম্+রগনি=পম্লগনি, অসিনচিংবা।

## ১০। ল=র

করিগুম্বদা খোনবু ময়েক্কী মথাদা লাকপা 'ল'না 'র' ওই।

মাত্থদি :— লাই+লৈবাক=লাইরৈবাক্, ইমা+লোন্=ইমারোন্, হন্থ+লৈ=হন্থরৈ, তেখাও+লৈমা=তেখাওরৈমা, থৌ+লৈতবা=থৌরৈতবা, রাংখৈ+লাক্পা=রাংখৈরাকপা, খুরাই+লাকপা=খুরাইরাকপা, খুরাই+লৈমা=খুরাইরৈমা অসিনচিংবা।

## ১১। ক্—চ্—প=গ—জ—ব

করিগুম্বদা খোনবু ময়েক্কী নাত্তোম্নাচীনব ময়েক্কী অমসুং 'ল'গী মথাদা লৈবা কাংলুপকী অহানবা ময়েক্ ক্-চ্-প্' না গ্-জ্-ব্ ওই।

মাত্থদি :— শঙ্+কাবা=শঙ্গাবা, শম্+চাবী=শম্জাবী, য়ুম্+চংবী=য়ুম্জংবী, তেংনৌ+পন্=তেংনৌবন, য়াং+চুম্বা=য়াংজুম্বা, শম্+পৌবা=শম্বৌবা, অসিনচিংবা।

## ১২। ন=ল

করিগুম্বদা 'ল্' না মথাদা লৈরবদা 'ন্' না 'ল্' ওই।

মাত্থদি :— কন্+লিব্রা=কল্লিব্রা তন্+লিব্রা=তল্লিব্রা, ফন্+লিব্রা=ফল্লিব্রা, ফন্+লিব্রা=ফল্লিব্রা, তন্+লিব্রা=তল্লিব্রা, ফুন্+কুলিব্রা= ল্লিব্রা, থন্+লিব্রা=থল্লিব্রা, থন্+লব্রা থল্লব্রা, পন্+লব্রা=পল্লব্রা, খুন্+লিব্রা=খুল্লিব্রা, অসিনচিংবা।

## ১৩। দ্=ন্

করিগুম্বদা 'দ' না মথাদা লৈরবদা 'ল্' না 'ন্' ওই।

মাত্থদি :— থম্বাল্+দগী=থম্বান্দগী, খৌজাল+দা=খৌজান্দা,

ইম্ফাল্+দগী=ইম্ফান্দগী; অহল্+দগী=অহন্দগী, ইম্ফাল্+দগী ইম্ফান্দগী, য়ুম্নল্+দা=য়ুম্নন্দা, অহল্লমল্+দা=অহল্লমন্দা অসিনচিংবা।

## ১৪। ত্ থ্ দ্ ধ্ ন্=ট ঠ ড ঢ ণ

করিগুম্বদা মরেকোনবদা অমস্তুং লোন্দে ওাংবদা ত থ্ দ্ ধ্ ন্' না মথংশিংনা ট ঠ ড ঢ ণ' ওই।

মাহুদি :— তুক্+ওাইখো=টুক্ওাইখো, থক্+কাবা=ঠক্কাবা, দং+থেংবা=ডংথেংবা, ধং+লাউবা=ঢংলাউবা, কন্+থাবা=কণ্ঠাবা, অসিনচিংবা।

## ১৫। ত্+ছ্+চ্=চ্ছ

করিগুম্বদা 'ছ' না মথাদা লৈরবদা 'ত' না 'চ' ওই।

মাহুদি :— কৎ+ছিল্লু=কচ্ছিল্লু, চৎ+ছিল্লু=চচ্ছিল্লু, থৎ+ছিল্লু=থচ্ছিল্লু, ফুৎ+ছিল্লু=ফুচ্ছিল্লু অসিনচিংবা।

## ১৬। দ্=ত্

করিগুম্বদা কাংলুপকী অহানবা ময়েকী মথাদা লাক্পা 'দ্' না 'ত্' ওই।

মাহুদি :— ওক্+দ্রে=ওক্ত্রে, তৎ+দ্রে=তত্রে, কপ্+দ্রে=কপ্ত্রে, কক্+দ্রে=কক্ত্রে, ফুৎ+দ্রে=ফুত্রে, থপ্+দ্রে=থপ্ত্রে, হুৎ+দ্রে=হুত্রে, হৈকক্+দা=হৈকক্তা, খুৎ+দা=খুত্তা, খোংগুপ+দা=খোংগুপ্তা, উথক্+দা=উথক্তা, ময়েক্+দা=ময়েক্তা অসিনচিংবা।

## ১৭। ন্—ঞ

করিগুম্বা 'ছ' না মথাদা লৈরবদা 'ন্' না 'ঞ' ওই।

মাহুদি :— খুত্তাকলান্+ছিবা=খুত্তাক্ লাঞ্ছিবা, য়ুমন্+ছিদোক্পা=য়ুমঞ্ছিদোক্পা, শম্বন্+ছিদোকপা=শম্বঞ্ছিদোক্পা, উছিন্+ছিন্দোক্পা=উছিঞ্ছিন্দোকপা, কাচিন্+ছিত্তোকপা+কাচিঞ্ছিত্তোক্পা, কান্+ছিন্বা=কাঞ্ছিনবা, অসিনচিংবা।

## ১৮। থ্—দ্

কাংলুপ্কী অনিশুবা ময়েক্ অমস্নুং শ্-ষ্-স্, হ্ না হৌবা থৌরুগী মথাদা লাকপা 'থ্' অদু 'দ্' ওই।

মাহুদি :— খোই+থোক্পা=খোইদোক্পা, ছোই+থোকপা=ছোইদোক্পা, থোই+থোকপা=থোইদোকপা, ঠোই+থোকপা=ঠোইদোক্পা, ফোই+থোক্পা=ফোইদোক্পা, শন্+থোক্পা=শন্দোকপা, ষাই+থোক্পা=ষাইদোক্পা, সু+থোক্পা=সুদোক্পা, হৈ+থোক্পা=হৈদোকপা অসিনচিংবা।

## ১৯। খোনয়া ময়েকী ফিরেপ

ত্তোল্লোম্বা খোনয়া ময়েক্বা য়াহৈগী মকোক্ থংবা য়াদে অমস্নুং খোল্লোম্বখোনয়া ময়েক্তি য়াহৈগী মকোক থংবা য়াই।

মাহুদি :— চাক্, পোৎ, হুই, শা, মী, ফক্, তন্, গুক্, অসিনচিংবা।

## ২০। গ্—ক্

কাংলুপ্কী অহানবা ময়েকী মথাদা লাক্পা 'গ্' হু 'ক্' ওই।

মাতুদি :— নহাক্+গীদমক্=নহাকীদমক্, চাক্+গীদমক্= চাকীদমক্, মখুৎ+গীদমক্=মখুৎকীদমক্ মকুপ+গীদমক্=মকুপ-কীদমক্ অসিনচিংবা।

## ৱাহৎ

১। খোনয়াতিন্নবা কদাইবু কৌবগে? খুদম পীহুনা হায়উ।

২। মথাদা ইরিবশিংসি তিন্নবা থাইদোকউ :— ককনি, কৎকনি, তংকনি, থদংকনি, হাপকনি, লাক্কনি, থপকনি।

৩। মথাদা ইরিবা ৱারোনশিংসি তিন্নসিন্নু :— মখুৎ+চুম্বা, মহুৎ +চংবা, মখুৎ+চাম্বা, কৎ+চরি, লাৎ+চরি, কুৎ+চৈ, হুৎ +চৈ।

৪। মথাদা ইরিবা ৱারোন্‌শিংসি তিন্নবা থাইদোকউ :— লাঞ্চাক্ চৌঞ্জাক, হঞ্জনবা, লাঞ্জংবা, থঞ্জনবা থঞ্জেম্বা।

৫। করি মরেক্না মথাদা লৈরগা 'ং' না 'ঙ' ওইগদগে হায়উ।

৬। 'র্' না 'ল্' ওইবা অমসুং 'ল্' না 'র্' ওইবগী খুদম থরা থরা পীহুনা তাকউ।

৭। ক্ চ্-প্, না গ্-জ্-ব করম্না ওইবগে হায়উ।

৮। 'ন্' না 'ল্' ওইবা অমসুং 'ল্' না 'ন্' ওইবগী খুদম্ থরা থরা পীহুনা মশক্ তাকউ।

৯। 'ত্' না 'ছ' ওইবগী মশক খুদম পীহুনা তাকউ।

১০। ত্, থ্, দ্ ধ্, ন্ না ট ঠ ড ঢ ণ কদাইদা ওইবগে হায়উ।

১১। ন্ না 'ঞ' ওইবগী খুদম মণ্ডাদং পীহুনা হায়উ।

১২। করম্বা মকম্‌দা 'থ' না 'দ্' ওইবগে হায়উ।

১৩। খোনয়া মরেক্কী কিরেপ মশক তাকউ।

---

ঀশুরা তাঙ্কক

## ১। বিসর্গ তিন্নবা

বিসর্গ তিন্নবা ':' না 'স্' ওইবা অমস্তুং 'স্' না ':' ওইববু বিসর্গ তিন্নবা কৌই।

## ২। স্—ঃ, ঃ—স্

শব্রেপরাইহৈগী মথাদা ':' না 'স্' অমস্তুং স্ না ':' ওই।

মাতুদি :— শব্রেপরাইহৈ (ঃ) — স

নিংঙমদবউৎপা =অঃ করিনো ? =অস্ করিনো ?
শাউনিংবথঙ্হনবা =আঃ করিনো ? =আস্ করিনো ?
শোইরমদাইদা =ইঃ করিনো ? =ঈস্ করিনো ?
অকিবদা =উঃ করিনো ? =উস্ করিনো ?
অরাক অথংদা =ইঃ করিনো ? =ইস্ করিনো ?
অথুকপদা =উঃ করিনো ? =ইস্ করিনো ?
অশোইঙাকপদা =এঃ করিনো ? =এস্ করিনো ?
হোৌব্রবউৎপদা =ঐঃ করিনো ? =ঐস্ করিনো ?
চৈবদা =হৈঃ করিনো ? =হৈস্ করিনো ?
হুংশিবদা =ওঃ করিনো ? =ওস্ করিনো ?

অসিনচিংবা।

### ম্বাহৎ

১। বিসর্গ তিন্নবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। ':' না 'স্' ওইবা 'স্' না ':' ওইবসি কররম্বা রাইহৈগী মথাদা ওইবগে ? খুদম ১০ দং হায়উ।

## ৮শুবা তাক্কক

### ১। মহৌশা

মশানা হান্না ওইহুনা লৈবব মহৌশা কৌই।

### ২। মহৌশা তিন্নবা

মহৌশাগ মহৌশাগা তিন্নরগা অহুমমক অমত্তা ওইবব মহৌশাতিন্নবা কৌই।

মাহুদি :— হুঁ+হুঁ=হুঁহুঁ, হঁ+হঁ=হঁহঁ, মপা+আদগী =মপাআদগী, অম+আদগী=অমআদগী, মরৌ+উহুনা=মরৌ-উহুনা, মহু+ঐস্নু=মহুঐস্নু, ও+অসিদা=ওঅসিদা, ও+অহুনি, =ওঅহুনি। মাগা+ঐগা=মাগা ঐগা, ইমা+ইপা=ইমা ইপা, ইচেগ+ইবাইগা=ইচেগইবাইগ, ইপবুগ+ইস্নালগা=ইপনগ-ইস্নালগা, মাগা+মাগা=মাগামাগা অসিনচিংবা।

### বাহং

১। মহৌশা কদাইবু কৌবগে ?

২। মহৌশাতিন্নবা কদাইবু কৌবগে ?

৩। মহৌশাতিন্নবগী খুদম ১০ দং পীহুনা হায়উ।

---

## ৯শুবা তাক্কক

### ১। রারোন্

চৈতগ্না লোন্নবা রাবু রারোন কৌই।

রেংশিনগনবা :— রারোন নত্তবা রা লাইরিক্তা ইকদে মসুং ঙাংকদে রারোন্ রাতমক লাইরিক্ত ইগনি অমসুং ঙাংগনি।

মাহ্নদি :— তাইবং শেম্বা মপু। খুরুমৃজে অমস্নুং নংনা থৌজাল্‌-বিউ। হায়রিবা ৱাঙাং অসিগী মন্নুংদা (১) তাইবংশেম্বা, (২) মপু। (৩) খুরুমজে, (৪) অমস্নুং, (৫) নংনা, (৬) থৌজালবিউ ; তরুকসি ৱারোন্নি।

## ২। ৱারোন্ মখল

ৱারোনগী মখল মঙা থোক্লা খাইরি।

মাহ্নদি :— মিথৈ, মিংথোন্, মিংহুৎ, থৌবান্, শক্লেপ অসিনি।

## ৩। মিথৈ

করিগুম্বা অমগী মিং খঙ্‌নবা ৱারোনবু মিথৈ কৌই।

## ৪। মিথৈ মখল

মিথৈগী মখল তরুক্নি।

মাহ্নদি :— মিংনমিথৈ. কাংলুপ্পমিথৈ, পোৎনমিথৈ, মতৌ-নমিথৈ, থৌবান্নমিথৈ, অপুনবনমিথৈ অসিনি।

## ৫। মিংনমিথৈ

করিগুম্বা অকক্লবা মী, শা, উচেক্, মফম্নচিংবা অমগী মিং খঙ্‌নবা ৱারোনবু 'মিংনমিথৈ' কৌই।

মাহ্নদি :— চাউবা, ইম্ফাল, ৱাঙ্গোয়, থৌবান, লিলোং অসি-নচিংবা।

## ৬। কাংলুপ্পমিথৈ

করিগুম্বা কাংলুপ অমগী মিং খঙ্‌নবা ৱারোনবু কাংলুপ্পমিথৈ, কৌই।

মাহ্নদি :— উ, শা, চীং, লৈ, অঙাং, ঈরোয়, মী, বণ, ঙা অসিনচিংবা।

## ৭। পোৎনমিথৈ

করিগুম্বা পোৎচংওইবা পোৎ অমগী মিং থঙ্‌নবা ৱারোনবু 'পোৎনমিথৈ' কৌই।

মাহুদি :— সনা, য়োৎ, চে, ঈশিং. চুহি, লৈবাক, চিনি, চেং, ফৌ, ফি অসিনচিংবা।

## ৮। মতৌনমিংথৈ

করিগুম্বা অমগী মতৌ থঙ্‌নবা ৱারোনবু মতৌনমিথৈ কৌই।

মাহুদি :— থৌজালহৈবা, ফজবা, পাঙ্গলবা, হৈবা, রাথংবা, অঙাংবা, অঙৌবা, মরমওকপা লমচৎনাইবা অসিনচিংবা।

## ৯। থৌবান্নমিথৈ

করিগুম্বা থৌবান অমগী মিং থঙ্‌নবা ৱারোনবু 'থৌবান্নমিথৈ' কৌই।

মাহুদি :— ফম্বা, চাবা, চেন্‌বা, চাদবী, চাবী, কপ্পা, কাবা, তৌবদা, কাবা, কাদবা অসিনচিংবা।

## ১০। অপুনবনমিথৈ

ময়াম্না অমত্তা ওইনা পুল্লবগী মিং থঙ্‌নবা ৱারোনবু অপুনবনমিথৈ কৌই।

মাহুদি :-- মল্লুপ, ভেঙ্গোল, লুপা মরুপ, কাংজৈখুৎ, কাংখুৎ, মীয়াম, লুপীশিং অসিনচিংবা।

### ৱাহং

১। ৱারোন কদাইবু কৌবগে?

২। ৱারোন মখল কয়ানো? মমিং কোম্না হায়ু।

৩। মিথৈ কদাইবু কৌবগে হায়উ।
৪। মিথৈগী মথল কয়ানো? মথল খুদিংগী মমিং হায়উ।
৫। মিংনমিথৈ কদাইবু কৌরগে খুদম পীহুবা হায়উ।
৬। কাংলুপ্পমিথৈ কদাইবু কৌবগে হায়উ।
৭। পোৎনমিথৈ কদাইবু কৌবগে খুদমগা হায়উ।
৮। মতৌনমিথৈ কদাইবু কৌবগে খুদম পীহুনা হায়উ।
৯। থৌবান্নমিথৈ কদাইবু কৌবগে হায়উ।
১০। অপুনবনমিথৈ খুদম মঙ্খাদং পীহুমা তাকউ।
১১। মথাদা ইস্নিবা রারোনশিং মশক তাকউ:- কাংখুৎ ফম্বা থৌজালহৈবা, য়োৎ, শা, মী, চাওবা, ইস্কাল, মল্লুপ, ঙা, ফজবা, চাবা, অঙাং, তোম্ব, রাংঙ্গোয়, লৈবাক।

---

## ১০শুবা তাক্কক

### ১। মিংথোন্

করিগুম্বা অমগী মতৌ নত্রগা ফিভম্ খঙনবা রারোনবু মিংথোন্ কৌই।

### ২। মিংথোন্ মথল্

মিংথোনগী মথল অহুম থোক্না থাইরি।

মাহুদি:— (ক) মিথৈগী মিংথোন, (খ) মিংথোনগী মিংথোন (গ) থৌবান্গী মিংথোন্ অহুম্ অসিনি।

### ৩। মিথৈগী মিংথোন

মিথৈগী মতৌ নত্রগা ফিভম খঙনবা রারোনবু মিথৈগী মিংথোন্ কৌই।

## ৪। মিখৈগী মিংথোন মথল

মিখৈগী মিংথোন মথল মরি থোক্না খাইরি।

মাত্থদি :— মমিংনমিংথোন্, মতৌনমিংথোন্ মশীংনমিংথোন্, মিংহৎনমিংথোন্ মরি অসি মিখৈগী মিংথোন্ মথল্লি।

## ৫। মমিংনমিংথোন

করিগুম্বা মিখৈ অমবু মিংথোন ওইনা শিজিন্নরিবা, অকক্নবা মী, মতম, মফম্নচিংবা খঙনবা য়ারোনবু মমিংনমিংথোন্ কৌই।

খুদম্ :— হিমালয় য়ারী, মেরা কাংজে. শগোলবন্ লমজাউ, হায়রিবশিংসিদা হিমালয়, মেরা, শগোলবন্, য়ারোনশিং অসি মমিংনমিংথোন্নি অসিনচিংবা।

## ৬। মতৌনমিংথোন্

মতৌ নত্রগা ফিভম্ খঙনবা মিংথোনবু মতৌনমিংথোন কৌই।

মাত্থদি :— অরাংবা চীং, ফি অমুবা, শগোল্ অয়াংবা, থাং অথৌবা, থৌজালহৈবা মী হায়রিবশিংসিদা অরাংবা, অমুবা, অয়াংবা, অথৌবা, থৌজাল্হৈবা য়ারোনশিং অসি মতৌনমিংথোন্নি অসিনচিংবা।

## ৭। মশীংনমিংথোন্

মিখৈ অমগী মশীং নত্রগা চাং খঙনবা মিংথোনবু মশীংনমিংথোন কৌই।

মাত্থদি :— খুজাই মঙা, চে খরা, ঈশিং খজিক্তং, হায়রিবা য়াশিংসিদা মঙা, খরা, খজিক্তং হায়রিবা য়ারোনশিং অসি মশীংনমিংথোন্নি অসিনচিংবা।

## ৮। মিংহুৎনমিংথোন্

করিগুম্বা মিথৈ অমগী ফিভম্ থঙ্নবা মহুৎপুবা রারোন্বু মিংহুৎনমিংথোন কৌই।

খুদমদি :— মী পুন্নমক্, মকম্ অতৈ. ঙমোক্ অসি, ফি অহু, ঙা অহু, মসিদা পুন্নমক, অতৈ, অসি, অহু, মিংহুৎশিংসি, মী, মকম্, ঙমোক্, ফি, হায়বা মিথৈশিংসিগী ফিভম খহল্লি, অতুনা মথোয়সি মিংহুৎনমিংথোন্নি।

## ৯। মিংথোনগী মিংথোন্

করিগুম্বা মিংথোন অমগী ফিভম্ থঙ্নবা রারোনবু মিংথোনগী-মিংথোন্ কৌই।

মাহুদি :— য়াম্না লুবা মশীংপাবনি, মা পংনা ফত্তবা মীনি, মহাক্ থোইদোক্না অকবা অঙাংনি, রাশিং অসিদা য়াম্না লুবা, থোইদোক্না, হায়রিবা রারোনশিং অসি মিংথোন্গীমিংথোন্নি অসিনচিংবা।

## ১০। থৌবানগী মিংথোন্

করিগুম্বা থৌবান্ অমগী ফিভম থঙ্নবা রারোন্বু থৌবানগী মিংথোন্ কৌই।

মাহুদি :— চাওবা তপ্নাচৎলি, শগোল য়াংনাচেল্লি, তোম্বা শাউনা চৈ, উচেক্ রাংনা পাই, অসিদা তপ্না, য়াংনা শাউনা, রাংনা, হায়রিবা রারোন্শিংসি থৌবান্গী মিংথোন্নি অসিনচিংবা।

### বাহৎ

১। মিংথোন্ কদাইবু কৌবগে ? মখল কয়ানো মমিংগুনা হায়রউ।

। মিথৈগীমিংথোন্ কদাইবু কৌবগে অমসুং মথল কয়ানো ? মশিংগুনা মমিংগা কোন্ন কোন্ননা খুদম্ পীহুনা হায়উ।

৩। মিংথোনগীমিংথোন্ কদাইবু কৌবগে ? খুদম্‌গা কোন্ননা হায়উ।

৪। থৌবানগীমিংথোন্ কদাইবু কৌবগে ? ব্রায়োন্ খুদম্ অহম্‌দং পীহুনা হায়উ।

৫। মথাদা ইরিবা ব্রায়োন্‌শিং অসি করম্বা মিংথোন্নো হায়উ :— নুংশিং কয়া সিংলি, মা মথৌনা লৈবা মীনি, মীপুন্নমক্, চেখরা ফি অমুবা, মেরা কাংজৈ, শগোল অয়াংবা, মী লাইরিক্ হৈবা।

৬। মথাদা ইরিবশিংগী মিংহুৎনমিংথোন তাকউ :— মী পুন্নমক, মকম অতৈ, গুমোক অসি, ফি অহু, অঙাং অসি, মথোয় অসি, মকম্ অহু।

---

## ১১শুবা তাক্কক

### ১। থৌবান্

থৌরুদা থৌথৈচৈতপ হাপ্লগা থৌ অমা মশক পাল্লিবব্ থৌবান্ কৌই।

### ২। থৌবানমথল

থৌবানগী মথল মঙা থোকই।

মাহুদি :— থৌশক্লবথৌবান্, থৌশক্লদবথৌবান্, থৌয়োম্নব-থৌবান্, থৌয়োম্বথৌবান্, থৌয়োম্‌দবথৌবান্ অসিনি।

### ৩। থৌশক্লবথৌবান্

থৌশক লোয়নবা থৌবান্‌বু থৌশক্লবথৌবান্ কৌই।

খুদম :— সাজৌ শীং থাইরি, ঐ নাপী ফাল্লি, তোম্বী ফি শুরি, রাশিং অসিদা খাইরি, ফাল্লি, শুরি থৌবানৃশিংসি থৌশক্লব-থৌবাম্নি অসিনচিংবা।

## ৪। থৌশক্লদবথৌবান্

থৌশক্লোয়নদবথৌবানবু থৌশক্লদবথৌবান্ কৌই।

মাত্তুদি :— উচেক্ পাইরি, নোং তারি, মহাক চেনখ্রে, অঙাংসি তুম্মি, মা নারবনি, রাহৈশিংসিদা পাইরি, তারি, চেনখ্রে, তুম্মি, নারবনি, হায়বা থৌবানশিং অসি থৌশক্লদবথৌবাম্নি অসিনচিংবা।

## ৫। থৌরোম্লবথৌবান্

রা অমদা মরূনবা অমস্নুং পাম্মোংনবা থৌশক অনি শাজৎনবা থৌবানবু থৌরোম্লবথৌবান্ কৌই।

## ৬। মরূনবথৌশক

থৌশক অনি শাজৎনবদগী থৌবানৃগা নরুবা থৌশকপু মরূনবথৌশক কৌই।

## ৭। পাম্মোংনবথৌশক্

থৌশক্ অনি শাজৎনবদগী থৌবানৃগা নরুদবা থৌশকপু পাম্মোংনবথৌশক্ কৌই।

খুদম :-- ঐ চাওবদা শেল্ পীরম্মী, অমুনা অঙাংশিংদা রাহৎ-অনিথক্ হংখি, ইবোবিনা মধুবু পাবা তম্বিখি, হায়রিবা রাশিংসিদা থৌবান অমমমৃগী মরূনবা অমস্নুং পাম্মোংনবথৌশক্ অনি লৈ।

মাত্থদি :— চাওবদা, শেল, অঙাংশিংদা, ৱাহং অনিথক্, মধুদা, পাবা, হায়ৱিবা ৱারোন্শিংসিদা মথাদা লৈই চিংবশিংসিনা পান্থোংনবথৌশক্ অমসুং মথাদা লৈই চিংদবশিং অসিনা মরানব-থৌশক্নি।

য়েংশিনগদবা :— মরানবথৌশক্তা অনিশুবরা খৈচেত্তপ হাণ্ডে পান্থোংনবথৌশক্তা হাপ্পী। মরানবথৌশক্তদি অহানবরা খৈচেত্তপ হাপ্পী। পীবা, হংবা, তম্বিবা, থৌবান্শিংসি মহৌশানা থৌরোম্নব-থৌবান্নি অসিনচিংবা।

## ৮। থৌরোম্নথৌবান্

ৱা অমবু মপুংফানা লোইহল্লিবা, হায়বদি ৱা অতৈগী মরোন্ মপুংফানা ফোংদোক্ইবা থৌবানবু থৌরোম্নথৌবান্ কৌই।

খুদম :— চাওবী চাক থোংলি, চাওবা লাক্লে, শামু লংকৈ চংখি হায়ৱিবা ৱাশিং অসিগী থৌবান্শিংসি থৌরোম্নথৌবান্নি অসিনচিংবা।

## ৯। থৌরোমুদবথৌবান্

অতোপ্পা থৌবান্ অমা য়াউদনা ৱাগী মরোন্ মপুং ফানা ফোংদোক্পা ঙমদবা থৌবানবু থৌরোমুদবথৌবান কৌই।

খুদম :— চাওবা কণ্ডুনা চংখ্রে, মহাক্ লাক্লবদি ঐ চংকনি, হায়বা ৱা অসিদা কণ্ডুনা, লাক্লবদি, হায়বা ৱারোন অনিসি চংখ্রে অমসুং চংকনি হায়বা থৌবান অনিসি য়াউদনা ৱাগী মপুংফানা ফোংদোক্পা ঙমদে, অতৈনা কণ্ডুনা; অমসুং লাক্লবদি হায়বা ৱারোন অনিসি থৌরোমদবথৌবান্নি।

ৱেংশিনগঙবা ঃ— তৌহুনা, তৌরগা, তৌরবদি, তৌরবসু, অসিনচিংবা থৌবানশিং অসি থৌরোমদবথৌবন্নি অসিনচিংবা।

## বাহং

১। থৌবান্ কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। থৌবান্গী মখল কয়ানো মমিং কোম্না হায়উ ।

৩। থৌশরুব থৌবান্ কদাইবু কৌবগে? খুদম্ পীহুনা মশক তাকউ।

৪। থৌশরুদবথৌবানগী খুদম্ অনিদং পীহুনা হায়উ।

৫। থৌরোম্নবথৌবান্ কদাইবু কৌবগে খুদম্ লোয়ননা হায়উ।

৬। মরানবথৌশক্ কদাউবু কৌবগে হায়উ।

৭। পাম্বোংনবথৌশকী খুদম্ অহুমদং পীহুনা মশক হায়উ।

৮। থৌরোম্বথৌবান্ কদাইবু কৌবগে খুদম্ ৪ গা লোয়ননা হায়উ।

৯। থৌরোম্দবথৌবান্গা থৌরোম্বা থৌবান্গা খেন্নবা মশক্ হায়উ।

১০। মথাদা ইরিবা থৌবান্শিংসি করম্ করম্ব মশকী থৌবান্নো হায়উ ঃ— কাপ্পি, পাইরি, তম্বিরম্মী, থোংলি, লাক্লবদি, চংলবদি, শুরি, চংখি, কপ্পুনা, লাক্লে, পীরম্মী, চেনখ্রে, হংখি, তম্বিখি, পীখিবনি।

## ১২শুবা তান্নক

### ১। শব্লেপ.

করিগুম্বা শক্তম্না, শীংথাবনা অমস্মং চৈতপ্না শকৃওন্দনা শীজিন্নবা রাহৈশিংবু শব্লেপ. কৌই।

### ২। শব্লেপ. মথল্

চাওরান্না শব্লেপ. মথল্ তরুক্ থোক্না থাইরি।

মাহুদি :— রাতাইশব্লেপ. রাথাইশব্লেপ. চিংনবশব্লেপ., সুং-কোংশব্লেপ. রাককৃশব্লেপ., রারোইশব্লেপ. অসিনি।

### ৩। রাতাই শব্লেপ.

অতোপ. অতোপ্পা রাহৈ অনি নত্রগা রাহৈশিং তাইশিন্ন-হনবা রাহৈবু রাতাইশব্লেপ. কৌই।

মাহুদি :— অমস্মং, অমুক্, অহুনা, অসিনা, অহুম্ ওইনমক্ অসিনচিংবা।

### ৪। রাথাই শব্লেপ.

অতোপ. অতোপ্পা রাহৈ অনি নত্রগা রাহৈশিং থাইদোকৃপা রাহৈবু রাথাইশব্লেপ. কৌই।

মাহুদি :— নত্তনা, নত্তনদি, নত্রনদি, নত্রগা, নত্তবা অসি-নচিংবা।

### ৫। চিংনবশব্লেপ.

করিগুম্বা রাভাং অমদা চিংনবা থত্তনবা রাহৈবু চিংনব-শব্লেপ কৌই।

মাহুদি :— তৌইগুম্বস্মং, অহুবু, অহুগা, ওইরবস্মু, অহুমকস্মু, ওইহুনস্মু অসিনচিংবা।

## ৬। নুংঙোংশক্লেপ.

নুংংগী অৱা, নুঙাই, ঙকপা, কিবা, অথং, অৱাকনচিংবা ঙোংদোকইবা ৱাহৈবু নুংঙোংশক্লেপ. কৌই।

মাতুদি :— ইঃ, এঃ, ওঃ, ওম্বোকপনি ইমাইপেম্মা, অং ২, অঃ, আঃ উঃ বমবম, অচ্চা, হম্ম হম্মা, হুঁহুঁ অসিনচিংবা।

## ৭। ৱাকক শক্লেপ.

ৱা অমা কক্লগা ৱা অমগা পুন্না ৱাঙাং অমত্তা ওইহনবা ৱাহৈদো ৱাককশক্লেপ. কৌই।

মাতুদি :— অমসুং, তৌইগুম্বসুং, আঃ, ইঃ, উঃ, এঃ ঐঃ ওঃ ঔঃ অসিনচিংবা।

## ৮ ৱারোই শক্লেপ.

ৱা লোয়সনবা খঙভীবা ৱাহৈবু ৱারোইশক্লেপ. কৌই।

মাতুদি :— অশুম্মা, অসিনি, অদুনি, অসিনিদনা অসিনচিংবা

### ৱাহং

১। শক্লেপ. কদাইবু কৌবগে? মথল কয়া নো হায়উ।

২। শক্লেপ. মথল তরুকমক্কী মমিং করি করি কৌবগে হায়উ।

৩। ৱাতাই শক্লেপকী ৱাহৈ তোঙান তোঙানবা অহুমদং হায়উ।

৪। তৌইগুম্বসুং, অদুবু, অদুগা, অদুমগুইনমকপু, অদুনা ৱাহৈশিং অসিগী ৱারোন মশক হায়উ।

৫। নুংঙোংশক্লেপ. কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৬। ৱাকক শক্লেপকী ৱাহৈ মঙাদং হায়দুনা তাকউ।

৭। ৱারোয় শক্লেপ কদাইবু কৌবগে? ৱাহৈ মশক্কা কোয়না হায়দুনা খঙহল্লু।

## ১৩শুবা তাক্কক

### ১। মিংহুৎ

করিগুম্বা মিথৈ অমগী মরেংসিনবা ৱাহৈবু মিংহুৎ কৌই।

মাতুংদি :— ঐ, নং, মা, ঐহাক্, নহাক্, মহাক, ঈবানী, 'বানী, ঐখোয়, নখোয়, মখোয় অসি, মাসি, অদু, মদু, কনা, নাকনা, অতৈ, পুম্নমক অসিনাচিংবসি মিংহুৎৱারোম্নি।

ৱেংশিনপ্পদবা :— তম্ফাজাও লাইনিং পরৈ চেৎলি। তম্ফা-'ও মপুগী মিংলেন মিথৈ শোঞ্জবদা তন্দে। মরম্ অদুনা 'ম্ফাজাওবু মপানা চাল্লি, অম্মুম্না হঞ্জন হঞ্জন হায়বগী মহুত্তা :—

তম্ফাজাও লাইনিং পরৈ চেৎলি, মহাক্না মপুগী মিংল্লেনমিথৈ শাঞ্জবদা তন্দে, মরম্ অদুনা মহাক্পু মপানা চাল্লি। অম্মুম্না ায়বনা হেন্না তাবা মুংঙাই, মাসিদা মহাক্না অমম্মুং মহাক্পু ায়বা ৱারোন অনি অসি মথংশিংনা 'তম্ফাজাও' হঞ্জন হঞ্জন ায়বগী মহুত্তা শীজিন্নবনি।

### ২। মিংহুৎমথল্

মিংহুৎকী মথল অনি থোক্লা খাইরি।

মাতুংদি :— মিংহুৎনমিথৈ, মিংহুৎনমিংথোন্ অসিনি।

### ৩। মিংহুৎনমিথৈ

মিথৈগুম্না শীজিন্নরিবা মিংহুৎপু মিংহুৎনমিথৈ কৌই।

মাতুংদি :— মহাক থৌনা কৈ। অদু অকবা ওইগনি। মাসিদা হাক অমম্মুং অদু হায়রিবা ৱাহৈ অনিসি মিংহুৎনমিথৈনি সিনচিংবা।

## ৪। মিংহুৎনমিংথোন্

মিংথোন্ ওইনা শীজিন্নরিবা মিংহুৎপু মিংহুৎনমিংথোন্ কৌই।

মাহুদি:— নিপা অসি মথৌনা ফৈ। নিপা অহু অফবা ওইগনি। মাসিদা 'অসি অমসুং অহু' হায়রিবসি মিংহুৎনমিংথোন্নি। অসিনচিংবা।

### বাহং

১। মিংহুৎ কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। মিংহুৎ মখল কয়া থোক্লা থাইবগে মমিংগা লোয়ননা হায়হুনা তাকৃউ।

৩। মিংহুৎনমিঙ্খৈ কদাইবু কৌবগে? খুদম্ অনিথক্কা লোয়ননা হায়হুনা তাকউ।

৪। মিংহুৎনমিংথোন কদাইবু কৌবগে? খুদম অনিদং পিয়ু।

৫। মখাদা ইরিবা রাহৈশিংসিগী রারোন্ মশক তাকৃউ:— মহাক্ অসি মথৌনা ফৈ। মহাক্ থৌনা কৈ। নিপা অহু অফবা ওইগনি।

---

### ১৪শুবা তাক্কক

## ১। শক্তম্

শক্ খঙ্নবা তম্লিববু শক্তম্ কৌই।

## ২। শক্তম্ মখল্

শক্তম্গী মখল মরি থোক্লা থাইরি।

মাহুদি:— পাশক্তম্, পীশক্তম্, শক্লোংশক্তম্, শক্পূনশক্তম্ অসিনি।

## ৩। পাশক্তম্

নিপানি খঙবা শক্পু 'পাশক্তম্' কৌই।

মাতুদি :— চাওবা, ঈপন্, ইতোন, ইবাই, ইশেল্ অসিনচিংবা

## ৪। পীশক্তম্

নিপীনি খঙব শক্পু 'পীশক্তম্' কৌই।

মাতুদি :— চাওবী, ইম্মাল্, ইদোন্, ইচে, ইচল্ অসিনচিংবা।

## ৫। শক্লোংশক্তম্

নিপা নিপীগী শক্ খাইদবা কৈদাবু 'শক্লোংশক্তম্' কৌই।

মাতুদি :— চে, মুং, ঈশিং, চেক্, উপু, কাংথোন্, ফক্ অসিনচিংবা।

## ৬। শকপুনশক্তম্

পাশক্, পীশক্, শক্লোং, পুন্নমক্ পুন্না খঙবা শক্পু শক্পুনশক্তম্ কৌই।

মাতুদি :— মী, যণ, শগোল্, উচেক্, শা, ইরোই, ঙাস্নু, তন্, হামেং, হুই, হোদোং অসিনচিংবা।

## ৭। লাবা

শা, উচেক্তা লাবা হায়রগা পাশক্তম খঙনৈ।

মাতুদি :— যণলাবা, উচেক, লাবা, ঙাস্নুলাবা, হুইলাবা, রোইলাবা, চোঙালাবা, খুনুলাবা অসিনচিংবা।

## ৮। অমোম্

শা, উচেক্তা অমোম্ হায়রগা পীশক্তক্ খঙনৈ।

মাহুদি :— যণ্ অমোম্, উচেক্ অমোম্, ঙাহু অমোম্, হু অমোম্, ইরোই অমোম্, চোঙ্গা অমোম্, খুন্নু অমোম্ অসিনচিংবা

## ৯। পাশক্তম্-পীশক্তমগী খুদম্

লৈবাক্, কাংলুপ্ অমস্তুং শাগৈ খঙ্নবদা পিবা, তম্বা নিপা, হাপ্পগা পাশক্তম্ অমস্তুং নিঙোন্, চম্নু, নিপী হাপ্পগ পীশক্তম্ ওই।

মাহুদি :— পাশক্তম্ — পীশক্তম্।
মৈতৈনিপা — মৈতৈনিপী।
শাপম্‌পিবা — শাপমনিঙোন্।
মৈতৈতম্বা — মৈতৈচম্নু।
ময়াংনিপা — ময়াংনিঙোন।
ওইনাম্‌পিবা — ওইনাম্‌নিঙোন্ অসিনচিংবা

## ১০। লৈগী শক্তম্

লৈ খঙ্নবদা মথৌশানা পীশক্তম্ ওইনা চৎনৈ।

মাহুদি :— জাতি, জুতি, থরো, থম্বাল্, লৈহাও, কুম্মিৎলৈ বকুল, সনারৈ, কবোক্লৈ, লৈবাক্লৈ, মালিকা, কুন্দো অসিনচিংবা।

## ১১। হৈগী শক্তম্

হৈ খঙ্নবদা মথৌশানা শক্লোংশক্তম্ ওইনা চৎনৈ।

মাহুদি :— হৈনৌ, চম্প্রা, শোল্লোম্, হৈবোং, হৈমাং, হৈগ হৈখা, হৈবী, হৈথুম্, হৈজাং, বরোই, হৈয়োৱ অসিনচিংবা।

## ১২। পাখং-লৈশাবী

নিপা খঙ্নবদা পাখং অমসুং নিপী খঙ্নবদা লৈশাবী হায়নৈ।

মাত্বদি :— মৈতৈলৈশাবী — মৈতৈপাখং
হাওলৈশাবী -- হাওপাখং
বামনলৈশাবী — বাবনপাখং
ময়াংলৈশাবী — ময়াংপাখং
খোংমনলৈশাবী — খোংমনপাখং অসিনচিংবা।

## ১৩। মপী-মপা

শা, উচেক্তা মপীনা অমোম্ অমসুং মপানা লাবা খঙ্নৈ।

মাত্বদি :— লাবা — অমোম্।
উচেক্মপী — উচেক্মপা।
ষণ্মপী — ষণ্মপা।
হুইমপী — হুইমপা।
শামপী — শামপা।
উচেক্মপী — উচেক্মপা অসিনচিংবা।

## ১৪। মমা-মপা

মী খঙ্নবদা মমানা নিপী অমসুং মপানা নিপা খঙ্নৈ।

মাত্বদি :— নিপী — নিপা।
মমা — মপা।
চাওমা — চাওপা।

কৈকামা — কৈকাপা।

তোম্বীমমা — তোম্বীমপা অসিনচিংবা।

## ১৫। কাও-হাতম্

শা খঙ্‌নবদা কাওনা লাবা অমসুং হাতন্না অমোম্ খঙ্‌নৈ।

মাহ্নদি :— লাবা — অমোম্।

ষণ্‌কাও — ষণ্‌হাতম্।

শাকাও — শাহাতম্।

ইরোইকাও — ইরোইহাতম্ অসিনচিংবা।

## ১৬। মপাশা-হাতম্

শগোল খঙ্‌বদা মপাশা'না লাবা অমসুং হাতন্না অমোম্ খঙ্‌নৈ।

মাহ্নদি :— লাবা — অমোম্

শগোলমপাশা — শগোল হাতম্।

অসিনচিংবা।

## ১৭। শক্তম্‌শিং য়েক্‌নুনা পুন্না ঊৎপা

| | | | |
|---|---|---|---|
| শক্‌পুন্‌শক্তম্ — | পাশক্তম্ — | পীশক্তম্ — | শক্লোৎশক্তম্ |
| মী — | নিপা — | নিপী — | মীকৈদা। |
| মচা — | মচাপিবা — | মচানিশ্তোন — | মচাকৈদা। |
| উচেক্ — | উচেক্‌লাবা — | উচেক্‌অমোম্ — | উচেক্‌কৈদা। |
| শামু — | শামুলাবা — | শামুঅমোম্ — | শামুকৈদা। |
| ষণ — | ষণ্‌কাও — | ষণ্‌হাতম্ — | ষণ কৈদা। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৷কৃপূনৃশক্তম্ — | পাশক্তম্ — | পীশক্তম্ | — শক্লোংশক্তম্ |
| মী — | মীপাখং | — মীলৈশাবী | — মীকৈদা। |
| ষণ্ — | ষণ্লাবা | — ষণ্অমোম্ | — ষণ্কৈদা। |
| খোইমু — | খোইমুলাবা | — খোইমুঅমোম্ | — খোইমুকৈদা। |
| মচা — | মচাপাখং | — মচালৈশাবী | — মচাকৈদা। |
| তিন — | তিনলাবা | — তিনঅমোম | — তিনকৈদা। |
| মৈতৈ — | মৈতৈনিপা | — মৈতৈনিপী | — মৈতৈকৈদা। |
| মৈতৈ — | মৈতৈতম্বা | — মৈতৈচনু | — মৈতৈকৈদা। |
| শা — | শালাবা | — শাঅমোম্ | — শাকৈদা। |

অসিনচিংবা।

## বাহং

১। শক্তম কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। শক্তম মখল কয়া থোক্লা খাইবগে? মমিং কোম্না হায়দুনা তাকউ।

৩। পাশক্তমগী খুদম্ অহুম্দং পীদুনা মশক্ তাকউ।

৪। পীশক্তমগী খুদম্ খরা পীদুনা হায়উ।

৫। শক্লোংশক্তম্ কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৬। শকুপূনশক্তম্ কদাইবু কৌবগে খুদম লোয়ননা হায়দুনা খঙ্‌হল্লু।

৭। শা, উচেক্তা পাশক্তম্ অমসুং পীশক্তম্ করি করি রাহৈনা খঙ্‌নবগে হায়উ।

৮। লৈবাক্, শাগৈ, কাংলুপ্, খঙ্নবদা পাশক্তম্ পীশক্তা খঙ্নবা খুদম্ অনি অনিদং পীহুনা হায়উ।

৯। লৈগী শক্তম্ করিনো হায়উ।

১০। হৈগী শক্তম্ করিনো খুদম পীহুনা তাকৃউ।

১১। মখাদা ইরিবা ৱাহৈশিংসিগী শক্তম্ মশক্ তাক্উ :—

চাওবা, চাওবী, কাও, হাতম্, মপী, মপা, মমা, মপা, লৈশাবী, পাখং, চহু, তম্ব, পিবা, নিঙোন, মচা, লাবা, অমোম্, কৈদা, ষণ, হৈ, লৈ, ঈশিং, হামেং, মৈতৈ, থরো, থম্বাল্, অথোইবী, অথোইবা।

---

১৫শুবা তাক্ষক

১। মশীংসুবা

মশীং খঙ্নবা তৌববু মশীংসুবা কৌই

২।

মশীংসুবগী মথল অহুম্ থোক্লা থাইরি।

মাহুদি :— মশীংখিবা, মশীংপাবা, শীংথাবা অসিনি।

## ৩। মশীংথিরা

অয়াম্-য়াম্দ খণ্ডনবা মশীং মথংশিংনা হায়নবু মশীংথিবা কৌই।

মাহুদি :— ১=অমা।

১০=তরা।

১০০=চা।

১০০০=লিশীং।

১০০০০=লিশীংতরা।

১০০০০০=লিশীংচা।

১০০০০০০=লিশীংচাতরা।

১০০০০০০০=লিশীংচালিশীং।

১০০০০০০০০=লিশীংচাতরালিশীং।

অসিনচিংবা।

## ৪। মশীংপাবা

মশীং খণ্ডনরা পাববু মশীংপাবা কৌই।

## ৫। মশীংপাবা মথল

মশীংপাবগী মথল মরি থোক্লা খাইরি।

মাহুদি :— ভিল্লিনবা, খাইদোকপা, শুপ্লাকবা, য়েন্নবা অসিনি।

## ৬। ভিল্লিনবা

মশীংদা মশীং হাপচনবব ভিল্লিনবা কৌই।

মাহুদি :— ১+১=২,

$$\begin{array}{r} ৩ \\ ৩ \\ \hline ৬, \end{array}$$

অসিনচিংবা।

## ৭। খাইদোকপা

মশীংদগী মশীং লৌথোকপবু খাইদোকপা কৌই

মাত্থদি :— ২ − ১ = ১,

```
 ২
 ১
---
 ১   অসিনচিংবা।
```

## ৮। সুপ্নাকপা

মশীং মশীং স্থপ্নববু সুপ্নাকপা কৌই।

মাত্থদি :— ২ × ২ = ৪,

```
 ৩
 ৩
---
 ৯   অসিনচিংবা
```

## ৯। য়েন্নবা

শরুক্ থুংনববু য়েন্নবা কৌই

মাত্থদি :— ৮ ÷ ৪ = ২,

```
৩)৯(৩
  ৯
 ---   অসিনচিংবা
```

## ১০। শীংথাবা

মশীং থাববু শীংথাবা কৌই

## ১১। শীংথাবমথক

শীংথাবগী মথক অহুম্ থোকই।

মাত্থদি :— অমশীংথাবা, অনিশীংথাবা, ময়ামশীংথাবা অসিনি

## ১২। অমশীংথাবা

অমত্ত খঙনবা হায়ববু অমশীংথাবা কৌই।

মাত্থদি :— অমা (১) ঐ, নং, মা, নাইতোম্, নাম্মা. অমত্তং মদোম, মথন্ত অসিনচিংবা।

## ১৩। অনিশীংথাবা

অনি খঙ্নবা হায়ববু অনিশীংথাবা কৌই।

মাহুদি :— অনি (২) নিপা অনি, পোৎ অনি, মী অনি, ঈবানী, নবানী, মবানী, পাবোৎ, ছুম, পোপম, কাগুপ, খবাং অসিনচিংবা।

## ১৪। ময়ামশীংথাবা

অনিদগী হেল্লা হায়ববু ময়ামশীংথাবা কৌই।

মাহুদি :— খোয়, পুম্নমক্, শিং, ময়াম্, পুল্লপ, শঙ্গু, খ্যায়, মপৈ, খরা, খিবিক্, খোৎ খোৎপা, কাংলুপ, চিংবা, শা, লোয়না, মরুপ, য়াম্বা, তেংগোল্, অহুম্ (৩) নচিংবা।

## ৱাহং

১। মশীংস্নুবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। মশীংস্নুবগী মথল কয়ানো? মমিং কোম্না হায়উ।

৩। মশীংথিবা কদাইবু কৌবগে? খুদম্ম্ মমিংশিং কোম্না হায়দুনা তাকউ।

৪। মশীংপাবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৫। মশীংপাবগী মথল কয়ানো? মমিং শুনা হায়উ।

৬। তিঙ্লিনবা কদাইবু কৌবগে খুদম্ পীদুনা হায়উ।

৭। থাইদোকপা কদাইবু কৌবগে খুদম্ পীদুনা তাকউ।

৮। স্নুপ্লাক্লবগী খুদম্ অনিদং পীদুনা তাকউ।

৯। য়েন্নবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

১০। শীংথাবা কদাইবু কৌবগে? মথল কয়ানো মমিংগা কোম্নন হায়রুনা তাকৃউ।

১১। অমশীংথাবা কদাইবু কৌবগে? খুদম্ পীহনা হায়উ।

১২। অনিশীংথাবগী খুদম্ মরিদং পীহনা হায়উ।

১৩। ময়ামশীংথাবা কদাইবু কৌবগে? খুদম্ খরা পীহনা মশক্ তাকৃউ।

---

১৬শুবা তাকক

১। মী

মীশক্পু মী কৌই।

২। মীশক্

শীংথাবদা মশক্ পানুবা মীবু 'মীশক্' কৌই।

৩। মীশক্মথল

মীশকী মথল্ অহুম্ থোক্লা খাইরি।

মাহুদি :— ঈশক্, নশক্, মশক্ অসিনি।

৪। ঈশক্

ঐ শক্পবু 'ঈশক্' কৌই।

৫। ঈশক্মথল্

ঈশকী মথল অহুম্ থোক্লা খাইরি।

মাহুদি :— ঐ, ঈবানী, ঐখোয় অসিনি।

৬। ঐ

ইতোম্মতা খণ্ড নবদা 'ঐ' হায়গনি।

৭। ঈবানী

ঐগা অনি খঙ্‌নবদা 'ঈবানী' হায়গনি।

৮। ঐখোয়

ঈবানীদগী হেন্না খঙ্‌নবদা 'ঐখোয়' হায়গনি।

৯। নশক্

নং শকপবু নশক্ কৌই।

১০। নশক্‌মথল্

নশক্কী মথল অহুম্ থোক্লা খাইরি।
মাত্তুদি :— নং, নবানী, নখোয় অসিনি।

১১। নং

নতোম্মতা খঙ্‌নবদা 'নং' হায়গনি।

১২। নবানী

নংগা অনি খঙ্‌নবদা 'নবানী' হায়গনি।

১৩। নখোয়

নবানীদগী হেন্না খঙনবদা 'নখোয়' হায়গনি।

১৪। মশক্

মা শকপবু মশক্ কৌই।

## ১৫। মশক্‌মথল

মশক্কী মথল অহুম্ থোক্লা থাইরি।

মাহুদি :— মা, মবানী, মখোয় অসিনি।

## ১৬। মা

মতোম্মতা খঙ্‌নবদা 'মা' হায়গনি।

## ১৭। মবানী

মাগা অনি খঙ্‌নবদা মবানী হায়গনি।

## ১৮। মখোয়

মবানীদগী হেল্লা খঙ্‌নবদা 'মখোয়' হায়গনি।

## ১৯। ঐহাক্, মহাক্, নহাক্

করিগুম্বদা রাখৈ চৈতপ্ ১বা, ২শুবা, ৩শুবা, ৪শুবা, ৬শুবা, ৭শুবা, ৮শুবা মখোয়সিগী অমশীংথাবদা ঐ, নং, মা, অহুম্ অসিগী ঐহাক্, নহাক্, মহাক্ ওই।

## ২০। ঐঙোন্ নঙোন্ মঙোন্ মীঙোন্

রাখৈ চৈতপ্ ৫শুবা অমসুং ৭শুবগী অমশীংথাবদা ঐ, নং, মা, মী, মখোয়সিগী ঐঙোন্, নঙোন্, মঙোন্, মীঙোন্ ওই।

## থাহং

১। মী কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। মীশক্ কদাইবু কৌবগে? মথল কয়ানো মমিংগা কোল্লনা হায়উ।

৩। ঈশক্ কদাইবু কৌবগে ? মথল কয়ানো মমিং লোয়ননা হায়ছনা তাকউ।

৪। নশক মথল অহুমগী মমিং করি করি কৌবগে হায়ছনা তাকউ।

৫। মশক্ কদাইবু কৌবগে ? মথল কয়ানো মথল খুদিংগী মমিং কোম্ননা হায়ছনা খঙ্নবা মরোন্ তাকউ।

৬। ঐহাক্, নহাক্, মহাক্ অহুমসিগী ওইরক্কম্ কদাইদগীনো হায়উ।

৭। ঐঙোন্, নঙোন্, মঙোন্, মীঙোন্, মসিগী ওইরককম হায়উ।

## ১৭শুবা তাকক

### ১। চৈতপ্

মরুদা মশক্ খঙ্নবা তপ্পবু চৈতপ্ কৌই।

### ২। চৈতপ্মথল্

চৈতপ্কী মথল চাউরাক্লা মঙা থোক্লা খাইরি।

মাহুদি :— খৈবচৈতপ্, থৌপোক্চৈতপ্, য়াপোকচৈতপ্, শক্তম্চৈতপ্ অসিনি।

### ৩। খৈবচৈতপ

মরুগী মমৈদা তপ্পুনা খৈববু খৈবচৈতপ্ কৌই।

### ৪। খৈবচৈতপ্মথল্

খৈবচৈতপ্কী মথল অনি থোক্ই।

মাহুদি :— য়াখৈচৈতপ্, থৌখৈচৈতপ্ অসিনি।

## ৫। মরু

ওইরকফম্বু মরু কৌই।

## ৬। মরুমথল্

মরুগী মথল অনি থোক্ল খাইরি।

মাহুদি :— রাক্ল, থৌরু অসিনি।

## ৭। রাক্ল

রাগী মরুবু রাক্ল কৌই।

মাহুদি :— ঐ, নং, মা, মী, শা, চেং, মুং, মৈ, উ, রা, তিন্, কাং, পোৎ, চৈ, লা, ফো আসনচিংবা।

## ৮। রাখৈচৈতপ্

রাকুগী মমৈদা হাপ্লিবা চৈতপ্পু রাখৈচৈতপ্ কৌই।

## ৯। রাখৈচৈতপ্মথল্

রাখৈচৈতপ্কী মথল্ তরেৎ থোক্ই অমম্মুং মিংগৌগা নিপান্নি

মাহুদি :— (১) অহানূবরাখৈচৈতপ্ ='না'
(২) অনিশুবা রাখৈচৈতপ্ ='বু'
(৩) অহুম্শুবা রাখৈচৈতপ্='তনা' না,
(৪) মরিশুবা রাখৈচৈতপ্=গীদমক্, দা,
(৫) মঙাশুবা রাখৈচৈতপ্ ='তগী'
(৬) তরুক্শুবা রাখৈচৈতপ্='গী'
(৭) তরেৎশুবা রাখৈচৈতপ্='দা'
(৮) নিপান্শুবা রাখৈচৈতপ্='না'

অসিনি

## ১০। য়াখৈচৈতপ্ শীংথাবা

য়াখৈচৈতপ্ তরেৎমক্লা অমা, অনি,ময়াম্ শীংথাবদা অমস্তুং নৈপানৃশুবন মিংগৌবী অমা, অনি, ময়াম্ শীংথাবশিংদা শীংথাগনি।

## ১১। য়াখৈচৈতপ্ শক্ ওনবা অমস্তুং থুপ্পা

করিগুম্বদা য়াখৈচৈতপ্ মশক্ ওল্লী অমস্তুং মশক থুপ্পী।

মাহৃদি :— ১বা, ২শুবা, ৮শুবা, অহুম্সি মশক্ থুপ্পী অমস্তুং 'বু' না 'পু'; 'তনা' না 'না'; 'গীদমক্' না 'দা'; 'দা' না 'তা' অমুন্না শক্ ওল্লী।

মাহৃদি :—

## ১২। মশীং বাহৈগী শক্

| য়াখৈচৈতপ্ | — | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাব |
|---|---|---|---|---|
| ১বা =না | — | অমনা | অনিনা | ময়াম্না |
| „ =০ | — | অম | অনি | ময়াম্ |
| ২শুবা =বু | — | অমবু | অনিবু | ময়াম্বু |
| „ =০ | — | অম | অনি | ময়াম্ |
| ৩শুবা =তনা | — | অমতনা | অনিতনা | ময়াম্তনা |
| „ =না | — | অমনা | অনিনা | ময়াম্না |
| ৪শুবা=গীদমক | — | অমগীদমক্ | অনিগীদমক্ | ময়াম্গীদমক্ |
| „ =দা | — | অমদা | অনিদা | ময়াম্দা |
| ৫শুবা=গী | — | অমদগী | অনিদগী | ময়াম্দগী |
| ৬শুবা=গী | — | অমগী | অনিগী | ময়াম্গী |
| ৭শুবা=দা | — | অমদা | অনিদা | ময়াম্দা |
| ৮শুবা=০ | — | অম ! | অনি ! | ময়াম্ ! |

## ১৩। ৰাখৈচৈতপ. থুপ্পা অমসুং মিংগৌগী ফিভম্

ৱাখৈচৈতপ্ 'না' অমসুং 'বু' থুপ্তুনা শীংথাৱিবত্থনা অত্থম্মক্ ৱাখৈচৈতপ্ য়াউবগী মশক্তু ওইনা থঙ্গনি, অত্থগা মিংগৌমিথৈবু অকৱবা শীংথাবদা 'থক্' অমদগী হেনবদা 'মক্' অমসুং 'শিং' শা হাপ্কনি। মিংগৌ শীংথাবদা মিংগৌখুদম্ '!' অসি ৱাহৈগী মমৈদা হাপ্কনি।

## ১৪। নিপা ৱাহৈগী শক্

| ৱাখৈচৈতপ্ | | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা |
|---|---|---|---|---|
| ১বা =না | — | নিপানা | নিপাঅনিনা | নিপাশিংনা |
| ,, =০ | — | নিপা | নিপাঅনি | নিপাশিং |
| ২শুবা = বু | — | নিপাবু | নিপাঅনিবু | নিপাশিংবু |
| ,, =০ | — | নিপা | নিপাঅনি | নিপাশিং |
| ৩শুবা = তনা | — | নিপাতনা | নিপাঅনিতনা | নিপাশিংতনা |
| ,, =না | — | নিপানা | নিপাঅনিনা | নিপাশিংনা |
| ৪শুবা = গীদমক্ | — | নিপাগীদমক্ | নিপাঅনিগীদমক্ | নিপাশিংগীদমক্ |
| ,, =দা | — | নিপাদা | নিপাঅনিদা | নিপাশিংদা |
| ৫শুবা = দগী | — | নিপাদগী | নিপাঅনিদগী | নিপাশিংদগী |
| ৬শুবা = গী | — | নিপাগী | নিপাঅনিগী | নিপাশিংগী |
| ৭শুবা = দা | — | নিপাদা | নিপাঅনিদা | নিপাশিংদা |
| ৮শুবা = ০ | — | নিপা ! | নিপাঅনি ! | নিপাশিং ! |

## ১৫। নিপী ৱাহৈগী শক্

নিপী ৱাহৈগী শক নিপা ৱাহৈগী শক্কুম্না ওইগনি।

## ১৬। ঐহাক্, নহাক্, মহাক্

করিগুম্বদা ৱাখৈচৈতপ, ১বা, ২শুবা, ৩শুবা, ৪শুবা, ৬শুবা, ৮শুবা মখোয়সিগী অমশীংথাবদা ঐ, নং, মা, অহুম্ সিগী ঐহাক্, নহাক্, মহাক্ ওই।

## ১৭। ঐঙোন্, নঙোন্, মঙোন্, মীঙোন্

ৱাখৈচৈতপ 'দা' অমস্তুং মঙাশুবগী তরেৎশুবগী অমশীংথাবশিংদা ঐ, নং, মা, মী মখোয় অসিগী ঐঙোন্, নঙোন্, মঙোন্, মীঙোন্ ওই।

## ১৮। ঐ ৱাহৈগী শক্

| ৱাখৈচৈতপ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা |
|---|---|---|---|
| ১বা =না | —ঐনা ঐহাক্না | ঈবানীনা | ঐখোয়না |
| ,, =০ | —ঐ ঐহাক্ | ঈবানী | ঐখোয় |
| ২শুবা=বু | —ঐবু ঐহাক্পু | ঈবানীবু | ঐখোয়বু |
| ,, =০ | —ঐ ঐহাক্ | ঈবানী | ঐখোয় |
| ৩শুবা=তনা | —ঐত্তনা ঐহাক্তনা | ঈবানীতনা | ঐখোয়তনা |
| ,, =না | —ঐনা ঐহাক্না | ঈবানীনা | ঐখোয়না |
| ৪শুবা=গীদমক্ | —ঐগীদমক্ ঐহাক্কীদমক্ | ঈবানীগীদমক্ | ঐখোয়গীদমক্ |
| ,, =দা | —ঐঙোন্দা | ঈবানীদা | ঐখোয়দা |
| ৫শুবা=দগী | —ঐঙোন্দগী | ঈবানীদগী | ঐখোয়দগী |
| ৬শুবা=গী | —ঐগী ঐহাক্কী | ঈবানীগী | ঐখোয়গী |
| ৭শুবা=দা | —ঐঙোন্দা | ঈবানীদা | ঐখোয়দা |
| ৮শুবা=০ | —ঐ ঐহাক্! | ঈবানী! | ঐখোয়! |

## ১৯। নং বাহৈগী শক্

| রাখৈচৈতপ্ | — অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়ামশীংথাবা |
|---|---|---|---|
| ১বা =না | — নংনা নহাক্না | নবানীনা | নখোয়না |
| ,, = ০ | — নং নহাক্ | নবানী | নখোয় |
| ২শুবা = বু | — নংবু নহাক্পু | নবানীবু | নখোয়বু |
| ,, = ০ | — নং নহাক্ | নবানী | নখোয় |
| ৩শুবা = তনা | — নংতনা নহাক্তনা | নবানীতনা | নখোয়তনা |
| ,, = না | — নংনা নহাক্না | নবানীনা | নখোয়না |
| ৪শুবা = গীদমক্ | — নংগীদমক নহাক্কীদমক্ | নবানীগীদমক্ | নখোয়গীদমক্ |
| ,, = দা | — নঙোন্দা | নবানীদা | নখোয়দা |
| ৫শুবা = দগী | — নঙোন্দগী | নবানীদগী | নখোয়দগী |
| ৬শুবা = গী | — নংগী নহাক্কী | নবানীগী | নখোয়গী |
| ৭শুবা = দা | — নঙোন্দা | নবানীদা | নখোয়দা |
| ৮শুবা = ০ | — নং নহাক্ ! | নবানী ! | নখোয় ! |

## ২০। মা বাহৈগী শক্

| রাখৈচৈতপ্ | — অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়ামশীংথাবা |
|---|---|---|---|
| ১বা =না | — মানা মহাক্না | মবানীনা | মখোয়না |
| ,, = ০ | — মা মহাক্ | মবানী | মখোয় |
| ২শুবা = বু | — মাবু মহাক্পু | মবানীবু | মখোয়বু |
| ,, = ০ | — মা মহাক্ | মবানী | মখোয় |
| ৩শুবা = তনা | — মাতনা মহাক্তনা | মবানীতনা | মখোয়তনা |
| ,, = না | — মানা মহাক্না | মবানীনা | মখোয়না |

| | | | |
|---|---|---|---|
| রাখৈচৈতপ. | —অমশীংথাবা | অমশীংথাবা | ময়ামৃশীংথাবা |
| ৪শুবা=গীদমক্ | —মাগীদমক | | |
| | মহাক্কীদমক্ | মবানীগীদমক্ | মথোয়গীদমক্ |
| ,, =দা | —মঙোন্দা | মবানীদা | মথোয়দা |
| ৫শুবা=দগী | —মঙোন্দগী | মবানীদগী | মথোয়দগী |
| ৬শুবা=গী | —মাগী মহাক্কী | মবানীগী | মথোয়গী |
| ৭শুবা—দা | —মঙোন্দা | মবানীদা | মথোয়দা |
| ৮শুবা=০ | —মা মহাক্ ! | মবানী ! | মথোয় ! |

## ২১। মী বাহৈগী শক্

| | | | |
|---|---|---|---|
| রাখৈচৈতপ. | —অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়ামৃশীংথাবা |
| ১বা =না | —মীনা | মীঅনিনা | মীশিংনা |
| ,, =০ | —মী | মীঅনি | মীশিং |
| ২শুবা=বু | —মীবু | মীঅনিবু | মীশিংবু |
| ,, =০ | —মী | মীঅনি | মীশিং |
| ৩শুবা=তনা | মীতনা | মীঅনিতনা | মীশিংতনা |
| ,, =না | —মীনা | মীঅনিনা | মীশিংনা |
| ৪শুবা=গীদমক্ | —মীগীদমক | মীঅনিগীদমক্ | মীশিংগীদমক্ |
| ,, =দা | —মীঙোন্দা | মীঅনিদা | মীশিংদা |
| ৫শুবা=দগী | —মীঙোন্দগী | মীঅনিদগী | মীশিংদগী |
| ৬শুবা=গী | —মীগী | মীঅনিগী | মীশিংগী |
| ৭শুবা=দা | —মীঙোন্দা | মীঅনিদা | মীশিংদা |
| ৮শুবা=০ | —মী ! | মীঅনি ! | মীশিং ! |

## ২২। অসি বাহৈমবোং

অসি-বাহৈ শীংথাবদা মশীংগা মথক্ মখা ওয়োক্-ওন্সিং তৌবদা মরোং চপ্‌মান্নৈ। অতুগা মশীংনা মথক্ থংলবদি অসি'গী 'অ' অতু মাঙ্গনি।

মাত্তুদি :—

## ২৩। অসি বাহৈগী শক্

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| য়াথৈচৈত্তপ | — | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়ামশীংথাবা |
| ১বা =না | — | অসিনা | অসিঅনিনা | অসিশিংনা |
| ,, =০ | — | অসি | অসি অনি | অসিশিং |
| ২শুবা = বু | — | অসিবু | অসি অনিবু | অসিশিংবু |
| ,, =০ | — | অসি | অসিঅনি | অসিশিং |
| ৩শুবা = তনা | — | অসিতনা | অসিঅনিতনা | অসিশিংতনা |
| ,, =না | — | অসিনা | অসিঅনিনা | অসিশিংনা |
| ৪শুবা = গীদমক্ | — | অসিগীদমক্ | অসিঅনিগীদমক্ | অসিশিংগীদমক্ |
| ,, =দা | — | অসিদা | অসিঅনিদা | অসিশিংদা |
| ৫শুবা = দগী | — | অসিদগী | অসিঅনিদগী | অসিশিংদগী |
| ৬শুবা =গী | — | অসিগী | অসিঅনিগী | অসিশিংগী |
| ৭শুবা =দা | — | অসিদা | অসিঅনিদা | অসিশিংদা |
| ৮শুবা =০ | — | অসি ! | অসিঅনি ! | অসিশিং ! |

## ২৪। অসি ৱাহৈগী শক্

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| [illegible]খৈচৈতপ | — | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্‌শীংথাবা |
| [illegible]া =না | — | অসিনা | অনিসিনা | ময়াম্‌সিনা |
| ,, =০ | — | অসি | অনিসি | ময়াম্‌সি |
| [illegible]বা = বু | — | অসিবু | অনিসিবু | ময়াম্‌সিবু |
| ,, =০ | — | অসি | অনিসি | ময়ামসি |
| [illegible]শুবা=তনা | — | অসিতনা | অনিসিতনা | ময়াম্‌সিতনা |
| ,, =না | — | অসিনা | অনিসিনা | ময়াম্‌সিনা |
| [illegible]শুবা=গীদমক | — | অসিগীদমক | অনিসিগীদমক | ময়াম্‌সিগীদমক |
| ,, =দা | — | অসিদা | অনিসিদা | ময়াম্‌সিদা |
| [illegible]শুবা=দগী | — | অসিদগী | অনিসিদগী | ময়াম্‌সিদগী |
| [illegible]শুবা=গী | — | অসিগী | অনিসিগী | ময়াম্‌সিগী |
| [illegible]শুবা=দা | — | অসিদা | অনিসিদা | ময়াম্‌সিদা |
| [illegible]শুবা = ০ | — | অসি ! | অনিসি ! | ময়ামসি ! |

## ২৫। পোৎ ৱাহৈগী শক্

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| [illegible]াখৈচৈতপ | — | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্‌শীংথাবা |
| [illegible]বা =না | — | পোৎনা | পোৎঅনিনা | পোৎময়াম্না |
| ,, =০ | — | পোৎ | পোৎঅনি | পোৎময়াম্ |
| [illegible]শুবা=বু | — | পোৎপু | পোৎঅনিবু | পোৎময়াম্বু |
| ,, =০ | — | পোৎ | পোৎঅনি | পোৎময়াম্ |
| [illegible]শুবা=তনা | — | পোত্তনা | পোৎঅনিতনা | পোৎময়াম্‌তনা |
| ,, =না | — | পোৎনা | পোৎঅনিনা | পোৎময়াম্না |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৱাখৈচৈতপ্ | — | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়ামৃশীংথাবা |
| ৪শুবা=গীদমক | — | পোংকীদমক | পোংঅনি-গীদমক | পোংময়াম্-গীদমক |
| ,, =দা | — | পোত্তা | পোংঅনিদা | পোংময়াম্দা |
| ৫শুবা=দগী | — | পোত্তগী | পোংঅনিদগী | পোংময়াম্দগী |
| ৬শুবা=গী | — | পোংকী | পোংঅনিগী | পোংময়াম্গী |
| ৭শুবা=দা | — | পোত্তা | পোংঅনিদা | পোংময়াম্দা |
| ৮শুবা=০ | — | পোং ! | পোংঅনি ! | পোংময়াম্ ! |

## ২৬ ৱাহৈ পুন্নমক্পী শক্

শীংথাবদা ৱাহৈ পুন্নমক্পী মশক্ নিপা ৱাহৈগী শকুন্না ওই

### ৱাহং

১। চৈত্তপ্ কদাইবু কৌবগে ? মথল কয়ানো ? খুদিংমক্পী মমিং লোয়নন্না হায়দুনা তাকউ।

২। খৈবচৈত্তপ কদাইবু কৌবগে ? মথল কয়ানো ? মথল খুদিংমক্পী মমিংশুনা হায়দুনা তাকউ।

৩। মরু কদাইবু কৌবগে ? মথল কয়ানো ? মথল খুদিংমক্পী মমিং হায়দুনা তাকউ।

৪। ৱারু কদাইবু কৌবগে ? খুদম্ পীদুনা হায়উ।

৫। ৱাখৈচৈতপ্ কদাইবু কৌবগে ? মথল কয়ানো ? মমিং শুনা হায়উ।

৬। ৱাখৈচৈতপ্ শিংসি কদাইদা শীংথাবগে হায়উ।

৭। রাখৈচৈতপ্‌শিংসিগী শক্‌থুম্না অমম্নুং শক্‌ ওনৃবগী মরোং করম্ তৌবগে হায়উ।

৮। মশীং রাহৈগী শক্‌ রাখৈচৈতপ্‌শিংদা শীংথাবশিংগী মশীং শুনা হায়উ।

৯। মিংগৌগী রাখৈচৈতপ্‌ করিনো মহায় করম্না হায়গদগে হায়উ।

১০। নিপা রাহৈগী শক্‌ রাখৈচৈতপশিংদা শীংথাবশিং মশীংশুনা হায়উ।

১১। ঐহাক্‌, নহাক্‌, মহাক্‌, মখোয়শিংসি করম্না রাখৈচৈতপ্‌ কয়াদা শীংথাবগে তাকৃউ।

১২। ঐঙোন্‌, নঙোন্‌, মঙোন্‌, মীঙোন্‌ মখোয়সি কদাইদা করম্না শীজিন্নবগে ?

১৩। ঐ, নং, মা, রাহৈশিংগী শক্‌ রাখৈচৈতপশিংদা শীংথাবশিং মশীংশুনা হায়উ।

১৪। মীরাহৈগী শক্‌ রাখৈচৈতপশিংদা শীংথাবশিংগী মশীং শুনা হায়উ।

১৫। পোৎ রাহৈগী রাখৈচৈতপশিংদা শীংথাবশিংগী মশীং শুনা হায়উ।

১৬। রাহৈ পুম্নমক্কী শক্‌ কন রাহৈগুম্না শীংথাগদবগে তাকউ।



## ১৮শুবা তান্নক

## ১। থোৌদম্

থোৌবানুগী থো তম্লিববু 'থোৌদম্' কৌই।

## ২। থোৌদম্ মখল

থোৌদম্গী মখল তরুক্নি অমদি মরীগা মিংগোগা হাপ্লগা নিপান্নি।

মাতুদি :— থোৌবুথোৌদম্, থোৌশক্থোৌদম্, থোৌরয়থোৌদম্, থোৌয়াথোৌদম্, থোৌথোংথোৌদম্, থোৌকম্থোৌদম্, অমদি মরীনে মিংগোনে নিপান অসিনি।

## ৩। থোৌবুথোৌদম্

থোৌগী মপুবু থোৌবুথোৌদম্ কৌই।

থোৌবু অপান্নবা রাঙাংগী অপান্নবা থোৌবুদা অহানবা র'থৈচৈতপ 'না' হাপ্পী। করিগুম্বদা হাপ্লিবা অহানবা রাথৈচৈতপ 'না' মশক থুপ্পী, থুপ্লবস্থ হাপ্পী অতুম্মক্ খঙনগনি।

মাতুদি :— 'ঐ চাক্ চারে' রাসিদা 'চারে' থোৌগী থোৌবু 'ঐ' নি অসিনচিংবা।

## ৪। থোৌশক্ থোৌদম্

থোৌবুনা তৌবা থবক্পু থোৌশক্ থোৌদম্ কৌই।

থোৌশক্তা রাথৈচৈতপ অনিশুবা 'বু' অদু করিগুম্বদা মশক্ থুপ্পী, থুপ্লবস্থ হাপ্পী অতুম্মক্ খঙনি।

মাতুদি :— ঐ চাক্ চারে' রাঙাং অসিদা 'চাক্' হায়বসি থোৌশক্নি অসিনচিংবা।

## ৫। থৌরোন্নবগী ৱাখৈচৈতপ মহাপ

করিগুম্বদা থৌশক্ অনি থৌরোম্নরবদি মরূনবা থৌশক্তা অনিগুব ৱাখৈচৈতপ, শাপ্তে, পাম্বোংনবা থৌশক্তা হাপ্পী ; মাসিগী অকুপ্পা মরোল্দি মথক্তী ১১শুব তাক্কত্তা থৌবানগী ৱারোল্দা উংখ্রে অসিনচিংবা।

## ৬। থৌরোয় থৌদম্

থৌবুনা থৌবানূগী থৌ পাংথোকপদা অথোয়বা পাম্বৈ ওইবমু 'থৌরোয়থৌদম্' কৌই। থৌরোয়থৌদমূদা অহুমূশুবা ৱাখৈচৈতপ হাপ্পী।

মাতুদি :— কালি থাজোয়া লৌ থাউরি। থোইবা শজাইনা পয়া শিরি। চাউতোন্ শিংজংনা উ য়াল্লি। ৱাশিং অসিদা মথাদা লৈইচিংবা ৱারোনূশিংসি থৌরোয় থৌদম্নি অসিনচিংবা।

## ৭। থৌয়া থৌদম্

মপু ওইরম্বা পুমথা থাদোকুনা পীথোকৃপগী পীথোকৃফম্বু থৌয়াথৌদম কৌই ; থৌয়াথৌদমূদা মরিগুবা ৱাখৈচৈতপ, হাপ্পী।

মাতুদি :— নিংথৌনা লাইরবশিংগীদমক শেল থরা পীখি। মহাক্না মচানিপীবু চাউবদা পীথোকৃখি। তোম্বীনা মপুদা শজোম্ পীখি। গোপাল্না লাইরবা-মীদা কৌ পীথোকখি। মণিনা তোম্বদা কি পী। চাউবনা লাইপীদমক্তা কৌ কংলি। ৱাশিংসিদা মথাদা লৈইচিংবশিংসি থৌয়া থৌদম্নি।

**য়েংশিনগদবা :—** করিগুম্বদা মরিগুবরাখৈচৈপ, 'গীদমক্' না 'দা' 'সু' ওইবা য়াওই।

মাহুদি:— লাইগীদমক্ শঙ্গোম্ কংলি, লাইদা শঙ্গোম্ কংলি। চাউবগীদমক্ লৌশিং তাক্পী, চাউবদা লৌশিং তাকপী, লাইগীদমক্ নিংঙ্গৈ, লাইদা নিংঙ্গৈ অসিনচিংবা।

## ৮। থৌথোংথৌদম্

থৌ হৌরকফম্বু থৌথোং থৌদম্ কৌই।

থৌথোংথৌদম্দা মঙাশুবা রাখৈচৈতপ্ হাপ্পী।

মাহুদি :— খোইদিংদগী থাউ থোকই, পুক্খিদগী ঈশিং শোক্ই, কৈদগী ফো খাইরকউ, কৈদগী উচি চেনখ্রে, লৈবাক্তগী নাপি হৌরক্ই, উদগী উশা তেক্ই, রাশিংসিদা থোইদিংদগী, পুক্খ্রিদগী, কৈদগী, লৈবাক্তগী, উদগী হায়রিবা রারোনশিং অসি থৌথোংথৌদম্নি অসিনচিংবা।

## ৯। থৌফম্থৌদম্

থৌগী পাংথোক্ফম্বু থৌফম্থৌদম্ কৌই।

থৌফম্ থৌদম্দা তরেৎশুবা রাখৈচৈতপ্ হাপ্পী।

## ১০। থৌফম্থৌদম্ মখল্

থৌফম থৌদম্গী মখল্ অনি থোক্ই।

মাহুদি :— থৌফম্ মতম্ অমস্তুং থৌফম্মফম, অসিনি।

## ১১। মতম্

অকুই কুইদবগী মশক্ তম্ববু মতম্ কৌই।

মাহুদি :— মিৎকুপ্, পুংজা, য়ুংথক্, অহিং-মুংখিল্, তুমিৎ, থা, চহি অসিনচিংবা।

## ১২। থৌফম্ মতম্

থৌবানৃগী পাংথোক্পা মতম্না থৌফম্ মতম্ কৌই।

মাত্বদি ঃ— মেরা-থাদা অতিয়া তরু তরুই। কালেন্-থাদা ফুংগা কল্লি, পুং তরাদা চৎকনি, অহিংদা তন্দন পাই, মিৎন-কুপ্পদা লাককনি, থা তরুক্তা চউম্মু, চহি মঙাশুবদা লাইরিক ভম্বা হোৱো, রাশিংসিদা মেরা থাদা, কালেন্ থাদ', পুং তরাদা অহিংদা, মিৎনকুপ্পদা থা তরুক্তা, চহি মঙাশুবদা, রারোন্‌শিংসি থৌফম্ মতম্নি অসিনচিংবা।

## ১৩। থৌফম্ মফম্

থৌবানৃগী পাংথোক্পা মফম্না থৌফমমফম্ কৌই।

## ১৪. থৌফম্ মফম্গী মখল

থৌফম্-মফম্ মখল্ তরুক্ থোক্লা থাইরি।

মাত্বদি ঃ— মনাক্ খঙ্‌ব-থৌফম্, মথক্ খঙ্‌ব-থৌফম্, হীরম্-খঙ্‌ব-থৌফম্, মন্নুং খঙ্‌ব থৌফম্, মফম্-অমত্ত খঙ্‌ব থৌফম্ অসিনি।

(ক) খুদম্ ঃ— মহাক্ উখোংদা লৈ রাসিদা 'উখোংদা' হায়বসি উগী মনাক্তা হায়বনি, মাসি মনাক্‌খঙ্‌ব থৌফম্নি।

(খ) মধুশিং হিদা চৎখি, রাসিদা 'হিদা' হায়বসি হিগী মথক্তা হায়বনি, মাসি মথক্ খঙ্‌ব থৌফম্নি।

(গ) মহাক্ 'শান্নবদা' পুক্লিং চঙভী, মাসিদা 'শান্নবদা' হায়বসি শান্নবগী হিরম্‌দা হায়বনি, মাসি হীরম্ খঙ্‌ব থৌফম্নি।

(ঘ) শঙ্গোম্‌দা অথুম্বা লৈ, রাসিদা 'শঙ্গোম্‌দা' হায়বসি শঙ্গোম্‌গী মফম্ পুম্নমক্তা শীনথুংন হায়বনি মাসি শীনথুংন খঙব থৌফম্নি।

(গ) ইমা য়ুমদা লৈ, রাসিদা 'য়ুমদা' হায়বসি য়ুম্গী মফুংদা হায়বনি, মাসি মফুং খঙ্ব থৌফম্নি।

(চ) মহাক্ চৌংফুংদা লৈ, রাসিদা 'চৌংফুংদা' হায়বসি চৌংগী মফম্ অমদা হায়বনি, মাসি মফম্ অমত্ত খঙ্ব থৌফম্নি।

## ১৫। মরী

মহৈ-মহৈ অমনা অমগী ওইনববু 'মরী' কৌই। থাংনবা মরীমখোংদা তরুক্শুব রাখৈচেত্তপ্ 'গী' হাপ্পী।

## ১৬। মরী মথল্

মরীগী মথল্ চাওরাক্না তরাহুম্দোয় থোক্না থাইরি।

মাত্তদি :— মপা মচা, পোক্মিন্-শাৎমিন্নবা, ফুংশিনবা, মপু-মনাই, মরুপ্-মপাং, মরোং মত্তৌ, মপোৎ-মপু, ঙাইসেন্, মনাক্-ময়া। মথক্-মখা, য়েক্নবা, মপা—পান্নবা, মপাচুম্নবা অসিনি।

(ক) মাত্তদি :— চাওবা <u>তোম্বগী</u> মপানি, রাসিদা 'তোম্বগী' হায়বা রারোন্সি 'চাওবা' হায়বা মিথৈগী মরী মখোংনি।

(খ) মধু <u>মণিগী</u> ময়াম্বনি। (গ) থোইবী <u>খম্বগী</u> ফুংশিবীনি।
(ঘ) অঙৌ <u>মপুগী</u> মনাইনি। (ঙ) থরো <u>থাগী</u> মরুপ্নি।
(চ) <u>চাউবগী</u> মখোং ফজে। (ছ) অসি <u>তোম্বগী</u> লাইরিক্নি।
(জ) অমুবা <u>ইবোবিগী</u> মবাইনি। (ঝ) উ অসি য়ুমগী মনাক্নি।
(ঞ) অচৌ <u>তোম্বগী</u> মথক্নি। (ট) মা <u>ঐগী</u> য়েক্নবনি।
(ঠ) নং <u>ঐগী</u> লানবানি। (ড) মা <u>ঐগী</u> ঈপাচুম্না লৈবনি।

রাশিং অসিদা মথাদা লৈইচিংবা রারোনশিংসি মরীমখোংনি অসিনচিংবা।

রেংশিনগদবা :— অমদগী হেনবা মরী রারোন্‌গা মী নত্রগা চপাং অমত্তগা তিন্নবা মরী লৈনরবদি মমৈ থংবা রারোন্দা মরী রারোন্‌গী রাথৈচৈতপ হাপ্পী।

মাত্নদি :— চাওবা অমস্মুং তোম্বগী মপা লাক্লম্মী। রাসিদা মপা অমত্তনি। মরী রারোনশিং অত্তগী তোঙান তোঙোন্নবা মরী খণ্ডহল্লবদি মখোয় থৃদিংমক্তা মরী রারোন্‌গী তক্ককৃগুব রাথৈচৈতপ্ হাপ্পী।

মাত্নদি :— চাওবগী অমস্মুং তোম্বগী মপা লাক্লম্মী। রা অসিদ মপা অনিনি।

## ১৭। মিংগো

মাহ ওল্লল্লকবা মিং কোবব্ মিংগো কোই।

মিংগোগী মমাংদা হোঃ অমস্মুং ওঃ হাপ্পী, করিগুম্বদা হাপ্নে, ইবা মতমদা মিংগোগী মথাদা মিংগো থুদম্ (!) অসি হাপ্পী। মিংগোদা 'অহানবরাথৈচৈতপ্' হাপ্পী অমস্মুং রাথৈচৈতপ্ থুপ্পী। ময়াম্ পূনবা মিংগোদা; পুম্নমক, শিং, শা, ময়াম্ খণ্ডনবা রাহৈ-শিংসি মথাদা হাপ্পী অমস্মুং রাথৈচৈতপ্তী থুপ্পী।

থুদম :— হোঃ চাওবা !, ওঃ চাওবা! চাওবা! ওঃ অঙাং পুম্নমক্ !, ওঃ অঙাংশিং !, অঙাংশা !, অঙাংময়াম্ ! হোঃ অঙাং পুম্নমক্ !, ওঃ শিদবা! অসিনচিংবা।

## বাহং

১। থৌদম্ কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। থৌদম্ মথল কয়ানো মমিং শুনা হায়উ।

৩। থৌবু থৌদম্ কদাইবু কৌবগে? হাপ্পা রাখৈচৈতপকী ক্বিভম্‌গা কোম্লনা খুদম্ পীতুনা তাকউ।

৪। থৌশক্ কদাইবু কৌবগে? থৌশক্তঃ কয়াশুবা রাখৈচৈতপ হাপ্পগে খুদম্ অমা পীতুনা হায়উ।

৫। থৌরোম্লবগী রাখৈচৈতপ, কদাইদা হাপ্পগে খুদম্ অনিদং পীতুনা হায়উ।

৬। থৌরোয় কদাইবু কৌবগে? চৈতপকা কোম্লনা হায়উ।

৭। থৌয়া কদাইবু কৌবগে? রাখৈচৈতপ্পা করিনো খুদম্ পীতুনা হায়উ।

৮। থোখোং থৌদম্ কদাইবু কৌবগে? খুদম্ মদং পীতুনা হায়উ।

৯। থৌকম্ থৌদম্ কদাইবু কৌবগে? মথল কয়ানো মমিং কোম্লনা খুদম্ পীউ।

১০। মরী কদাইবু কৌবগে? মথল কয়ানো? মমিং কোম্লনা খুদম্ অমমম্ পীতুনা তাকউ।

১১। মিংগৌ কদাইবু কৌবগে? কার করি হাপ্পগে খুদম্ পীতুনা তাকউ।

---

১৯শুবা তাঙ্কক

## ১। রাপূন্

রাহৈ মশেল পূন্সম্নতুনা রাহৈ অমতা ওইববু রাপূন্ কৌই।

## ২। রাপূন্গী রায়েন্

রা পূল্লবদা মথক্ থংবা রাহৈদা লৈবা খৈবচৈতপমখৈ লোথোক্ক-রবনি, অকোনবা অমত্তা ওইরবা রাহৈদা লৈব খৈবচৈতপ অতু অহানবা খৈবচৈতপ ওইহনগনি, মতুংদা থৌদম্গী মতুংইন্না হাপ্পা হৌনবা, অনৌবা খৈবচৈতপ হাপকদবনি। রাপূন হায়বসি অশম্বা রাহৈনা য়াম্না কোংদোক্লা থঙবা য়ানবা অমস্তুং রাঙাং তাবদা হুংঙাইনবগীদমক্তা তৌবনি, মাসি তৌদবা য়াদে হায়বা লেঙদবা রায়েন লৈবা নত্তে; রাপূন ওইহনগে ওইহল্লোই শীজিন্নরিবা অপুনা তৌবা য়াই, ফজ্রগদবা মক্মৃদা রাপূন্ শীজিন্নগদবনি অমস্তুং তাবা হুংঙাইগদবা য়েংতুনা রা পূন্গদবনি।

## ৩। রাপূন্ মথল

রাপূন্গী মথল্ চাওরাক্লা তরুক থোক্লা খাইরি।

মাহুদি:—তুফাংরাপূন্, নীঞ্চেরাপূন্, শকপান্‌রাপূন্ শীঞ্চে-রাপূন্, লোল্লালরাপূন্ শক্লেপমায়রোংরাপূন্ অসিনি।

## ৪। তুফাংরাপূন্

পুন্সিল্লবদা রাহৈ পুন্নমক্কী মরোন্ চপ মান্ননা থঙিঙববু তুফাং-রাপূন্ কৌই। মাসিগী রাপূন রাঙাংদা 'অমস্তুং' নত্রগা, গা 'কা' নচিংবা রাতাইশক্লেপ অমস্তুং রাখাইশক্লেপ শীজিন্নৈ।

খুদম :— অহিং অমস্থুং মুংথিল্ = অহিংমুংথিল্, তরা নত্রগা কুন = তরাকুন ইমাগা + ইপাগা = ইমাইপা। চাক্কা + ইঞ্চাংগা = চাকইঞ্চাং। মৈনে + ঈশিংনে + মুংশিৎনে = মৈঈশিংমুংশিৎ অসিনচিংবা।

শ্নেৎশিনগদবা :— মিংথোনস্থ মিথেগুম্না রাপুনবা য়াই।

মাহুদি :— অফবা অমস্থুং ফত্তবা = অফফত্ত। অপংবা অমস্থুং অশিংবা = অপংঅশিং। অচৌবা অমস্থুং অপিক্পা = অচৌপিশক্।

## ৫। তুফাংৰাপুনগী ৰাহৈ ফন্দম্

ক। তুফাংরাপুন্দা মতৌ হেনবা রাহৈ অমস্থুং খোনবুময়েক্ য়ামদবা রাহৈনা মথক্ থংবনা নম্মী।

মাহুদি :— লাইহিংচাবা, মপুমনাই, খোইহিশঙোমুপান্, চাক্ইঞ্চাং, মৈঈশিং অসিনচিংবা।

খ। তুফাংরাপুন্দা মুপী খঙ্নবা রাহৈনা মাংথংঙি ; করি-গুম্বদনা মুপা খঙ্নবা রাহৈনস্থ মাংথংঙি।

মাহুদি :— খম্বথোইবী, মতৈমনাও, চাওবীচাওবা, হোংবী হোংবা, মমামপা, মচীনমৌপরা অসিনচিংবা।

## ৬। তুফাংৰাপুন্ মথল্

তুফাংরাপুনগী মথল্ অহুম্ থোক্লা থাইরি।

মাহুদি :— খোম্বতুফাংরাপুন, মহৈমহৈতুফাংরাপুন, অমলেম্ব-তুফাংরাপুন্ অসিনি।

## ৭। খোম্বতুফাংৰাপুন্

থাইদোক্পা য়াদনা পূল্লপ, লৈমিন্নগনবা ন্নাহৈ খোম্জন্দুনা ন্নাহৈ অমত্তা ওইহনববু খোম্বতুফাংন্নাপুন কৌই।

মাত্থদি :— মচাগা+মশুগা=মচামশু। শগোলগা+শামুগা +দোলাইগা=শগোলশামুদোলাই অসিনচিংবা।

## ৮। মহৈমহৈতুফাংৰাপুন্

মহৈমহৈ তোঙান তোঙান থাইদোক্লবা য়ানা তিন্নবা ন্নাপুন্বু 'মহৈমহৈতুফাংন্নাপুন' কৌই।

মাত্থদি :— মখোংগা+মখুৎকা=মখোংমখুৎ। য়েৎকা+ ওইগা=ওইয়েৎ। হুমিৎকা+থাগা+থৌরাম্মিচাক্কা=হুমিৎথাথৌ-ন্নাম্মিচাক্। মাইগা+মিৎকা=মাইমিৎ অসিনচিংবা।

## ৯। অমলেম্বতুফাংৰাপুন্

মরোং চপমান্নবা ন্নাহৈ ময়াম হন্ন-হম্না হায়হনা ন্নাপুল্লগা পূল্লপ্পা ময়াম্ খঙবা ন্নাহৈ অমত্তং লেমহৌববু 'অমলেম্বতুফাংন্নাপুন কৌই। অমা লেপ্পৌবা ন্নাহৈহনা ময়ামক খঙনগনি।

মাত্থদি :— অঙাংগা+অঙাংগা+অঙাংগা=অঙাংময়াম্, নত্রগা অঙাংশিং। হৈনৌপাম্বিগা+হৈগ্রপাম্বিগা+হৈবোংপাম্বিগা= হৈপাম্বিশিং নত্রগা হৈপাম্বিময়াম্। উরোক্লে+ঙাহুনে+চোঙানে =উচেক্শিং। চাক্কা+ইঞ্জাংগা+অথুম্ অহাওগা পীজবা কৌগনি =চাক্কৌগনি অসিনচিংবা।

## ১০। নীখ্বৈরাপূন্

মাংথংবা য়াহৈগী খৈবচৈতপ মাঙ্‌বা অমসুং তুংথংবা য়ারোনগী খঙ্‌বনা মপুং ওইহৌবা য়াপূনবু 'নীখ্বৈরাপূন' কৌই।

## ১১। নীখ্বৈরাপূন্মখল

মাখিবা খৈবচৈতপশিংগী মতুংইন্না নীখ্বৈরাপূনগী মখল তরুক থোকই।

মাহুদি :— ২শুবনীখ্বৈরাপূন্, ৩শুবনীখ্বৈরাপূন্, ৪শুবনীখ্বৈরাপূন্, ৫শুবনীখ্বৈরাপূন্, ৬শুবনীখ্বৈরাপূন্, ৭শুবনীখ্বৈরাপূন্ অসিনি।

## ১২। ২শুবনীখ্বৈরাপূন্

মাংথংবা য়ারোন্গী ২শুবা খৈবচৈতপ মাংহুনা ওইব নীখ্বৈরাপূনবু ২শুবনীখ্বৈরাপূন্ কৌই।

মাহুদি :— মমাবু+নিংবা=মমানিংবা, কোন্থংবু+খনবা=কোন্থংখনবা, মতৌবু+লৈবা=মতৌলৈবা, অঙকপবু+ফংবা=অঙকপফংবা, খমনুংসৌরাবু+তানখ্রব=খমনুংসৌরাতানখ্রবা, পুন্সিবু+চুপ্প=পুন্সিচুপ্পা, ইনাকপু+খুনবা=ইনাকখুনবা অসিনচিংবা।

## ১৩। ৩শুবনীখ্বৈরাপূন্

মাং থংবা য়াহৈগী ৩শুবা খৈবচৈতপ মাংহুনা ওইবা নীখ্বৈরাপূনবু '৩শুবনীখ্বৈরাপূন্' কৌই।

মাহুদি :— লংনা+পুন্না=লংপুন্বা, ঈশিংনা+চোৎপা=ঈশিংচোৎপা, চক্না+তক্পা=চক্তকপা, সানানা+য়োম্বা=সনা-

য়োম্বা, খোঙনা+হাইবা=খোঙহাইবা, নানা+পঙ্বা=নাপঙবা অসিনচিংবা।

য়েংশিনগদবা :- তাবদা মুংঙাইতবা রাপূন্ শেম্বা ঙম্মে।

মাতুদি :- কাটিনা+য়াংপা=কাটিয়াংপা, শীংজংনা+য়ানূবা=শীংজংয়ানূবা, তাংনা+ফংবা=তাংফংবা, অসিনচিংবা। অসিগুম্বা রারোন্‌শিং অসিদি তোঙান তোঙান লৈবনা ফৈয়ে।

## ১৪। ৪শুবনীখৈরাপূন্

মাং থংবা রারোনগী ৪শুবখৈবচৈতপ মাঙ্‌হুনা ওইবা রাপূনবু '৪শুবনীখৈরাপূন' কৌই।

মাতুদি :- মীদা+পীজবা=মীপীজবা, লাইদা+কৎপা=লাইকৎপা, লাইগীদমক্+কৎপা=লাইকৎপা, মহাক্তা+থুংলবনি=মহাক্থুংলবনি, মাদা+পীরবনি=মাপীরবনি, মহাক্কীদমক্=থুংলবনি=মহাকথুংলবনি, উমংলাইদ+কৎপা=উমংলাইকৎপা, উমংলাইগীদমক্+কৎপা=উমংলাইকৎপা, সনামহীদা+কৎপা=সনামহীকৎপা অসিনচিংবা।

## ১৫। ৫শুবনীখৈরাপূন্

মাংথংবা রারোনগী মঙাশুবা খৈবচৈতপ মাঙ্‌হুনা ওইবা রাপূনবু '৫শুবনীখৈরাপূন' কৌই।

মাতুদি :— ফমদগী+তাবা=ফম্‌তাবা, লান্দগী+চেনবা=লাঞ্চেনবা, মৈদগী+কীবী=মৈকীবী, শেন্দোন্দগী+কোক্‌পা=শেন্দোনকোক্‌পা, কৈথেন্দগী+কুম্বী=কৈথেনকুম্বী, লৌদগী+কারক্‌পা=লৌকারক্‌পা, তুম্বদগী+হোরক্‌পা=তুম্বহোরক্‌পা, মৈদগী+হোৌবা=মৈহোৌবা অসিনচিংবা।

## ১৬। ঙশুবনীখৈবাপূন্

মাং থংবা রাহৈগী ঙশুবখৈবচৈতপ মাঙ্ডুনা ওইবা রাপূনব় 'ঙশুবনীখৈরাপূন' কৌই।

মাহুদি :— নিংথৌগী+মনাই=নিংথৌমনাই, লাইগী+লৈবাক্=লাইরৈবাক্, মৈগী+হি=মৈহি, যনগী+মথি=যনথি, লানৃগী+চাক্=লানৃচাক্, লাইগী+শঙ্=লাইশঙ্ অসিনচিংবা।

## ১৭। য়েংশিনগদবা

মমৈ থংবা রারোন্ 'ম' না হৌরবদি করি করিগুম্বদা 'ম' অতু মাঙভী।

মাহুদি :— উগী+মখা=উখা, পনৃগী+মখা=পনৃখা, উগী+মরুম=উরুম্, লৌগী+মকোল=লৌকোল্, য়েলগী+মকোল=য়েলগোল্, হুইগী+মকোল=হুইকোল্, ঙাগী+মকোল্=ঙাকোল্ উগী+মকোল=উকোল্ অনিনচিংবা।

## ১৮। ৭শুবনীখৈবাপূন্

মাং থংবা রারোন্গী ৭শুবখৈবচৈতপ মাঙ্ডুনা ওইবা রাপূনব ৭শুবনীখৈরাপূন্ কৌই।

মাহুদি :— মুমদা+পানৃবা=মুম্পানৃবা, ঈশিংদা+লুপ্পা=ঈশিংলুপ্পা, লাইরিক্তা+হৈবা=লাইরিক্হৈবা, থাঙ্দা+হৈবা=থাঙ্হৈবা, ফমদা+নাইবা=ফম্নাইবা, য়ুমদা+নাইবা=য়ুম্নাইবা অসিনচিংবা।

## ১৯। ৭শুবনীখৈবাপূন্ মথল্

৭শুবনীখৈরাপূনগী মথল অনি অমুক্ থোক্নি।

মাহুদি :— নত্তুতরেংশুবনীখৈরাপূন, মাঙ্দতরেংশুবনীখৈরাপূন।

## ২০। নত্ততরেৎশুবনীখৈরাপূন্

নত্তবদা খঙ্বা ৭শুবনীখৈরাপূনবু নত্ততরেৎশুবনীখৈরাপূন কৌই।

মাত্থদি :— মহৈদা+হৈতবা=মহৈহৈতবা, লাইরিক্তা+হৈতবা =লাইরিকহৈতবা, পাঙ্গলা+কন্দবা=পাঙ্গলকন্দবা, মরমদা+ওক্কবা=মরমওক্কবা, মাংদা+থাদবা=মাংথাদবা অসিনচিংবা।

## ২১। মাঙ্দ্রতরেৎশুবনীখৈরাপূন্

করি করিগুম্বদা মাংথংবা ৭শুবখৈবচৈতপ মাঙ্দনা ওইবা রাপূনবু মাঙ্দ ৭শুবনীখৈরাপূন্ কৌই।

মাত্থদি :— উমংদা+লৈতবা=উমংদালৈতবা, উথক্তা+মুন্দবা =উথক্তামুন্দবা, উথক্তা+মুনবা=উথক্তামুনবা, মাংদা+উবা=মাংদাউবা, খুত্তা+পায়বা=খুক্তাপায়বা, নমদা+পোবা=নমদা-পোবা, কোক্তা+পোম্বা=কোক্তাপোম্বা অসিনচিংবা।

## ২২। শকপান্ রাপূন্

মিখৈগা মিংথোনগা ভিন্নহুনা ওইবা রাপূনবু শকপানরাপূন কৌই। মাসিদা মাংথংবা রাহৈগী খঙ্নবনা মপুং ওই।

মাত্থদি :— অহৈবা+ষন্=অহৈবষন্, অশংবা+থম্বাল=থম্বালঅশংবা, অকংবা+উ=উঅকংবা, অচৌবা+তুরেল=তুরেল অচৌবা, অথৌবা+য়োৎ=য়োৎঅথৌবা, ফত্তবা+মী=মীফত্তবা, অমুবা+হুই=হুইঅমুবা অসিনচিংবা।

## ২৩। শকপান্ রাপূন্ মখল

শকপানরাপূন্গী মখল মঙা অমুক থোক্না থাইরি।

মাহৃদি :— শক্ওইশকপানৃরাপূন, শক্তিন্শকপানরাপূন্, শক্পাঙ্‌থক্শকপান্রাপূন্, শক্তম্নশকপাল্রাপূন, শক্থুপ, শকপান্রাপূন্ অসিনি।

## ২৪। শক্ওইশক্পানরাপূন্

রাপূল্লিবা রাহৈশিং অত্থ মহৌশানা রাপূল্লবা রারোন্ ওইনা লৈবা অমস্তং রাপূন রাঙাং লৈভবা রাপূনবু শক্ওইশক্পান্ রাপূন্ কৌই।

মাহৃদি :— ষনলাবা, খুমুপাখ্রা, চোঙালাবা, কাঙালাবা, কাঙাঅমোম্, ঙামুলাবা হুইলাবা অসিনচিংবা।

## ২৫। শক্তিন্শকপান্রাপূন্

মিথৈ ঙাক্তা ওইবা রাপূনবু শক্তিনশকপানরাপূন্ কৌই।

মাহৃদি :— হৈনৌ কৌবা পাম্বি=হৈনৌপাম্বি, মৈতৈ কৌবী লৈমা=মৈতৈলৈমা, ইম্ফাল কৌবা কোম্ভুং=ইম্ফালকোম্ভুং, পাৎশোই কৌবা খোংজিন=পাৎশোইখোংজিন, শীংজমৈ কৌবী কৈথেন্=শীংজমৈকৈথেন অসিনচিংবা।

## ২৬। শক্পাঙথক্শক্পানরাপূন্

চাংদম্নফমৃগা চাংদম্নগদবগা পাঙ্খক্পা রাপূন্বু শক্পাঙ্খক্শক্পান্রাপূন্ কৌই।

মাহৃদি :— থম্বালগুম্বা+নখোং=নখোংথম্বাল, থম্বালগুম্বা+মিংস্না=মিংস্নাথম্বাল, তয়ালগুম্বা+চীম্বাল=চীম্বাল্তয়াল্, কুন্দগুম্বা+য়া=য়াকুন্দ, থাজগুম্বা+মাইথোং=মাইথোংথাজ।

**য়েং শিনগদবা** :— রাহৈশিংসিদা নখোং, মিংস্না, চীম্বাল, য়া, মাইথোং মখোয়সিনা চাংদমৃফম্নি অমস্তং থম্বাল্গুম্ব', তয়ান্গুম্ব', কুন্দগুম্বা, থাজগুম্বা মখোয়সিনা চাংদমৃগদবনি অসিনচিংবা।

## ২৭। চাংদম্ফম্ অমসুং চাংদম্গদবা

শক্লেপ্পু চাংদম্ফম্ অমসুং শক্পাবু চাংদম্গদবা কৌই।

## ২৮। শক্তম্শক্পানবাপুন

চাংদম্ফম্গা চাংদম্গদবগা মান্নবা মতৌ উৎপা রাপুনবু ক্তম্শক্পানুরাপুন্ কৌই।

মাতুদি :— লাইয়ুম্গী মশক্ ওইবা + থম্মোই = থম্মোই-াইয়ুম্, মৈচাক্কী মশক ওইবা + অরাবা = অরাবমৈচাক্, য়োংহিংগী শক্ ওইবা মীনাই = মীনাইয়োংহিং, থাজগী মশক ওইবা + াইথোং = মাইথোংথাজ, ঈপাক্কী মশক ওইবা + তাইবং = তাইবং-পাক্, থম্বাল্গী মশক ওইবা + থম্মোই = থম্মোইথম্বাল্ অসিন-ংবা।

## ২৯। শক্থুপশক্পানবাপুন্

করি করিগুম্ব শক্পানুবরাপুন্গী ময়াইদা লৈরম্বা রারোন্ াঙবা রারোনবু শক্থুপশক্পানুরাপুন্ কৌই।

মাতুদি :— গান্ধীগী ইকাই খুম্নবা লৎপা + হুমিৎ = গান্ধীহুমিৎ ননা চিংবা কাংপোং = ষনকাংপোং, শগোল থৌনবা শাজৈ = গোল্শাজৈ, রাখৈবদা থাবা শেল্ + রাখৈশেল, তরাদগী অমা াইবা = তরমাথোই, চীনু কুপ্পবা শেল = চীনকুপশেল্, ইরোইনা াইনবা লাঙ্গোল = ইরোইলাঙ্গোল্ অসিনাচংবা।

## ৩০। শীখৈবাপুন্

মশীং থঙনবা রাহৈনা খৈবা অমসুং মতম অমত্তদা পোংয়াম্ নুনা থঙহনবা রাপুনবু শীখৈরাপুন কৌই।

মাতৃদি :— মাইগৈ তরাগী অপুনৃবা রাহৈ = মাইগৈতরা, মরোন্ অহুমগী অপুনৃবা রাহৈ = মরোন্অহুম্। শলাই তরেৎগী অপুনৃবা রাহৈ = শলাইতরেৎ। লপ্লোং অহুমগী অপুনৃবা রাহৈ = লপ্লোংঅহুম্ তরেৎনা শাবা খুৎ = তরেৎখুৎ। কাচিন্ মরিগী অপুনৃবা রাহৈ = কাচিন্মরি অসিনচিংবা।

## ৩১। লোল্লাল্রাপুন্

রারোন্দুনা মশা নত্তবা অতোপ্পবু খণ্ড্নবা রাপুন্বু লোল্লাল-রাপুন্ কৌই।

মাতৃদি :— শগোল্ পনৃবা মক্ময়া মাগী ওইবা = শগোল্বন্। রাপুন্সিদা শগোল্স্তু পনৃবুস্তু নত্তবা 'শগোলবন্' কৌবা লম্ অমা খণ্ড্হল্লি, মরম্ অসিনা মাসি লোল্লালরাপুন্নি। সনানা শাবা লীক্ (ওক্ত শিনবা লীক্ পরেং) সনরীক্, মাসিনা সনাবুস্ত খণ্ড্হন্দে, সনানা শাবা লীক্পরেং অতৈবুস্ত খণ্ড্হন্দে, 'সনরীক্' কৌবা লীক্ মখল অমত্তবু খণ্ড্হল্লি, অদুনা মাসি লোল্লালরাপুন্নি অসিনচিংবা।

## ৩২। লোল্লাল্রাপুন্গী মখল্

লোল্লাল্রাপুন্গী মখল্ তরেৎ থোক্না খাইরি।

মাতৃদি :— মিথৈথোৌপোক্লোল্লাল্রাপুন্, থোৌদম্লোল্লালরাপুন্, থোৌরোয়নলোল্লাল্রাপুন্, থোৌরোয়নদলোল্লালরাপুন্, থোৌকশিন্ন-লোল্লনরাপুন, থোৌকয়খলেল্লানরাপুন থোৌবায়লোল্লালারাপুন্ অসিনি।

## ৩৩। মিৎৈথৌপোক্লোল্লাল্ ৱাপুন্

মিথৈগা থৌপোক্তা পুন্দুনা ওইবা ৱাপুন্বু মিথৈথৌপোক্‌-লোল্লাল্ ৱাপুন্ কৌই।

**য়েংশিনগদবা :—** (ক) মিথৈগা 'পোক্পা' 'পোক্পী' অমসুং কাক্পা ৱাহৈগা পুন্দুনা লোল্লাল্ ৱাপুন্ ওই। পোক্পা অমসুং কাক্পা 'পী পা' অত্তু মাঙভী।

মাত্থদি :— হৈনৌ+পোক্পা=হৈনৌপোক্ (হৈনৌ হোৱা মক্ষম্ অমা) তাইরেল্+পোক্পী=তাইরেল্পোক্পী (তাইরেল্পোক্পা মক্ষম অমা) ৱা+পোকপী=ৱাপোকপী (ৱা পোক্পা মক্ষম্ অমা) লাং+পোক্পা=লাংপোক্ (লাং পোক্পা মক্ষম অমা) য়াং+কোক্পা=য়াংকোক্ (চেংকুপ অমসুং ৱাইকুপ্নচিংবা কাক্পা পোৎ অমা) অসিনচিংবা।

(খ) মিথৈগা শুবা, শাবা, লাংবা 'নচিংবা থবক্ তৌবা খঙ্নবা ৱাহৈগা লোল্লাল্ ৱাপুন্ ওই। ৱাপুন্লবা ৱারোন্ অত্থনা শিন্পানবা মীশক্ খঙ্হল্লি।

মাত্থদি :— থাং+শাবা=থাংশাবা অমসুং থাংজবা। উ+শাবা=উশাবা। উ+শুবা=উশুবা। লৌ+উবা=লৌউবা। মৈ+লাংবা=মেলৈলাংবা (মেলৈনচিংবা লৈ কৎপনা মথৌ ওইবা মী) অসিনচিংবা।

(গ) মিথৈগা লৈবখঙ্নবা 'নাইবা' পানবা ৱাহৈ অমসুং লৈতবখঙ্নবা, নাইদবা, পান্দবা ৱাহৈগা লোল্লালৱাপুন্ ওই। ৱাপুন্লবা ৱারোন্ অত্ত মিংথোন্ ওই।

খুদমদি :— মপান্+নাইবা=( লৈবা ) মপান্নাইবা। মমৈ +পান্বা=( লৈবা ) মমৈপান্বা। কম্+নাইবা ( লৈবা ) কম্‌-নাইবা। নিংথৌ+পানবা (লৈবা ) নিংথৌপান্বা। কাংলুপ+ নাইদবা (লৈতবা) কাংলুপনাইদবা। মপান্+নাইদবা (লৈতবা) মপান্নাইদবা অসিনচিংবা।

(ঘ) করি-করিগুম্বদা মিখ্যৈগা লৈবা অমসুং লৈতবা ৱাহৈগসু লোল্লালৱাপুন্ ওই।

মাহুদি :— মতৌ+লৈবা=মতৌলৈবা। মচা+লৈবা= মচালৈবা। শেল+লৈবা=শেললৈবা। শেল+লৈতবা=শেল-লৈতবা। চাক+লৈতবা=চাকলৈতবা মী+লৈতবা=মীলৈতবা। চেং+লৈতবা=চেংলৈতবা অসিনচিংবা।

(ঙ) মিখ্যৈগা শিঙ্গাং ওইনা তৌবা থবক্কী থৌবু নত্ত্রগা হক্চাংগী কায়াৎ অমা খঙ্নবা বী, পী, বা, পা, না লোম্বা ৱাহৈগা লোল্লালৱাপুন্ ওই।

মাহুদি :— উ+তুবী=উতুবী ( শিংঙ্গাং ওইনা মচীন্না হনবগী থৌবু ওইবা উচেক্ ) ঙা+লাকপী=ঙারাক্পী (ঙা লাক্পগী থৌবু ওইবা উচেক্ )। মিৎ+লাওবী=মিৎলাওবী (অরাওবা মিৎনা হক্চাংগী কায়াৎ ওইবী মী )। খ্বাং+চেংবা=খ্বাংজেংবা ( খ্বাং চেংবনা হকচাংগী কয়াৎ অমা ওইবা মী )। খোং+শাংবা= খোংশাংবা ( খোং শাংবনা হকচাংগী কয়াৎ অমা ওইবা মী ) অসিনচিংবা।

(চ) মিখৈগা ঙাকৃশেন্‌বগী থবক পুবা খঙ্নবা লাক্‌পা রাহৈগা সুং কৎপগী থৌ পুবা খঙ্নবা 'লাংবা' রাহৈগস্থু পুন্না লোল্লালরাপূন ই।

খুদমদি :— খুরায়+লাক্‌পা=খুরায়রাক্‌পা (ঙাকশেনবগী বক পুবা); য়াইস্কুল+লাক্‌পা=য়াইস্কুল্লাক্‌প ; (খ্বাই+লাক্‌পা =খ্বাইরাকপা ); রাঙ্খৈ+লাক্‌পা=রাঙ্খৈরাক্‌পা। খুল্+লাক্‌পা ল্লাক্‌পা। নিঙোন+লাকপা=নিঙোল্লাক্‌পা। মেলৈ+লাংবা =মেলৈলাংবা (কৎপগীথৌ পুবা)। লৈ+লাংবা=লৈরাংবা মসিনচিংবা।

(ছ) চাংদমৃগদবা মনম্ খঙননবা নম্বা অমস্থুং নম্বী রাহৈগা লাল্লালরাপূন ওই।

মাতুদি :— হৈ+নম্বা=হৈনম্বা=( হৈ নমম্ নম্বা থাও ); লহিং+নম্ব=লৈহিংনম্বা=( লৈহিং মনম নম্বা য়ুম্ ); লৈ+নম্বী =লৈনম্বী, ( লৈগী মনম নম্বী ফুপী ); থম্বাল+নম্বী=থম্বান্নম্বী থম্বালগী মনম্ নম্বী ফুপী ) অসিনচিংবা।

## ৩৪। থোৌদমূলোল্লালবাপূন্

থোৌদম মথল খুদিংগী মরোংদা লোল্লাল্‌রাপূনবু থোৌদম্‌লোল্লাল-াপূন্ কৌই। মাতুমক মথাদা মথংশিন্‌না শীংথারি।

মাতুদি :— থোৌবু অহানবরাখৈচৈতপ্ :— মহাক্ অতু চাক্ াখ্রবা=চাক্‌চাখ্রবা।

খুদম্ :— চাক-চাখ্রবা অতুনা অমুক্ চারররোই।

থৌশক্ ২শুবরাখৈচৈতপ.—মহাক্কী মশকপু অমনা উখ্রবা=মশক্ উখ্রবা।

খুদম্ :— মশক উখ্রবা মসে অমুক্ লাক্লে।

থৌরোয়—৩শুবরাখৈচৈতপ.—থাঙ তুনা মী য়ানবা=মীয়ানবথাঙ।

খুদম্ :— মীয়ানথাঙ অত্থু থানাদা পুখরে।

থৌয়া—৪শুবরাখৈচৈতপ :— মঙোন্দা কিপীখ্রবা=কিপীখ্রবা।

খুদম্ :— কিপীখ্রবা চাক্ নিবত্থু অমক্ লাক্লে।

থৌথোং ৫শুবরাখৈচৈতপ :— মঙোন্দগী মপান্ কেনখ্রবা= মপান্কেনখ্রবা।

খুদম্ :— মপানকেনখ্রবা উ ঙাক্তা মঙাইরে।

মরী—৬শুবরাখৈচৈতপ.:— মহাক্কী মপা শিগ্রবা=মপাশিগ্রবা।

খুদম্ :— মপাশিখ্রবা অসিবু হুংশিয়ু।

থৌকম্ — ৭শুবরাখৈচৈতপ :— মঙোন্দা থম্বাল থন্না শাৎলবা থম্বালথন্নশাৎলবা।

খুদম্ : থম্বালথন্নশাৎলবা পুখ্রি অমা ফজনা লৈ।

**য়েং শিন্গদবা :**— মথক্কী য়াঙাংশিং অসিদা মথাদা লৈই চিংলিবা লোল্লাল্য়াপুন্শিং অসিগী মশক পীবদি মাগী মাগী কোয়বা য়াঙাংশিং অসিনা অত্থুমক্ পীগদবানি অসিনচিংবা।

## ৩৫। থৌরোয়নলোল্লালয়াপুন্

থৌ লোয়ননা লোল্লাল্য়াপুন্মিয়বু থৌরোয়নলোল্লাল য়াপুন্ কৌই।

মাতুদি :— কোয়েৎ অঙাংবা য়েৎপা অসি=কোয়েৎ মঙাংবসি ।

খুদম্ :— আদগী কোয়েৎ অঙাংবসি কৌরকউ। হায়রবদি কায়েৎ অঙাংবতুগা লোয়নবা লাকনি অতুনা অসিগুম্বা লোল্লাল্-াপূন্সি থোৱোয়নলোল্লাল্‌ৱাপূন্নি ।

**ম্নেৎশিনগদবা :—** মশক্কী মরোংদা লৈরম্বা পীশক্কমগী াঁচৈতপ্না পাশক্কমগা মরী লৈনখ্রবদি পাশক্কম ওইখি। পীশক্কম্‌গা ারী লৈগ্রবদি পাশক্কমসু পীশক্কম ওইখি ।

মাতুদি :— লোম্বোক্কবী মতুনা মহাক্কী ওইবা ম্নুপা=মতুলো-ম্বাক্কবা ।

খুদম্ :— মতুলোম্বোক্কবা অসি আদা লাক্লে। লোম্বোক্কবা াৱানা মহাক্কী ওইবী ম্নুপী=মরালোম্বোক্কবী।

খুদম্ :— মরালোম্বোক্কবীসি আদা লাক্লে অসিনচিংবা ।

## ৩৬। থোৱোয়নদলোল্লালৱাপূন্

থো লোয়নদনা লোল্লাল্‌মিন্নববু থোৱোয়নদলোল্লালৱাপূন্ কৌই।

মাতুদি :— মতুলোম্বোক্কবা (মতুলোম্বোক্কবা ম্নুপা) অসি কৌরকউ হায়রবদি ম্নুপা অসিনা লাক্পদা লোম্বোক্কবী মতুদি াওরক্লোয়, অতুনা অসিগুম্বা লোল্লাল্ অসি থোৱোয়নদলোল্লাল্-াপূন্নি অসিনচিংবা ।

## ৩৭। থোকক্মিন্নলোল্লালালৱাপূন্

মিথৈগা মিংথোনুগা থোকক্মিন্নবা লোল্লালবু থোকক্মিন্ন-লোল্লালৱাপূন্ কৌই।

মাত্থদি :— চাউরবা পাম্বোম্না মহাক্কী ওইবা = পাম্বোমচাউরব হায়বসিদা চাউরবা 'মিংথোনুগা, পাম্বোম' মিথৈগা লোল্লালমিন্নরে পাম্বোমগা চাউরবগা থৌ মক্কম অমত্তনি, অত্থগা মিথৈ মিংথোনুগ রাপুনমিন্নরি। অমনা = থোনয়াকপা (য়াক্লবা মখোন্না মহাক্কী ওইবা অসি আদা লাক্লে; হায়বসিদা মখোন য়াকপা মী অসি মশ অমত্তনি, অত্থনা অসিগুম্বা লোল্লাল অসিবু থৌকম্মিন্নলোল্লালরাপুনি খঙ্গনি। অসিনচিংবা।

## ৩৮। থৌকম্নবলোল্লালরাপুন্

তোঙান্ তোঙান্ মিথৈ মশেল ঙাক্না থৌকম্নবলোল্লাল থৌকম্নবলোল্লালরাপুন্ কৌই।

মাত্থদি :- লুখম্শজিক্ ! ( নংগী লুখমদা শজিক্ থুংবা মুপা ) অসিদা লাও। শগুন্থাং ! ( শগুন্ তৌনবা থাংগুম্বা মখোন নংগী ওইবা মুপা ) নং ফত্তেদা। পুক্কংবা ! ( পুক্কংবনা নংগী ওইবা মী ) নং অসিদা লাও। হায়রিবা রাহৈশিং অসিদি চৈবদা শীজিন্নৈ। মখোয়সি মিথৈ মশেন ঙাক্না থৌকম্নবনা থৌকম্নবলোল্লালরাপুন্নি অসিনচিংবা।

## ৩৯। থৌবান্নলোল্লালরাপুন্

মিথৈ মশেল ঙাক্না থৌবান্নবা লোল্লালবু থৌবান্নলোল্লালরাপুন্ কৌই।

মাত্থদি :— হক্কা হক্কা থেংনবা = হক্থেংনবা। মশাগা মশাগা হক্থেংনবা লান্নি। খুৎকা খুৎকা থেংনবা = খুৎথেংনবা। মখোয়গী



লাল্লো খুৎথেংনবা লান্নি। অসুম্না মিথৈ মশেল ঙাক্না থেংনহুন্না থৌবান্নবনা ৱাপুনবশিং অসিবু থৌবান্নলোল্লালৱাপুন্নি খঙনি অসিন-চিংবা।

## ৪০। শব্দেপমায়রোংৱাপুন্

শব্দেপকা অতোপ্পা শব্দেপ নত্তবগা ৱাপুন্নগা শব্দেপনা মপুং ওইনা খঙববু শব্দেপমায়রোংৱাপুন্ কৌই।

মাহুদি :— নাক্+য়েৎ=নাক্‌য়েৎ, হায়বসি শব্দেপমায়-রোংৱাপুন্নি, মাসিদা 'নাক্' শব্দেপকা 'য়েৎ' অতোপ্পা ৱারোনুগা ৱাপুন্‌বনি, ৱাপুন্‌সিদা য়েৎ ( য়েৎওইনবদ ) গী নাক্ ( অকোয়ব ) না মপুং ওইনা খঙিঙ।

খুদম্‌দি :— মীয়াম্না নিংথৌগী 'নাক্‌য়েৎ' থৌগল্লি। ৱাসিদা য়েৎতগী নাক্ ( অকোয়ব ) না মপুং ওইনা খঙিঙ। মাসি শব্দেপ মারোংৱাপুন্নি অসিনচিংবা।

## ৪১। শব্দেপমায়রোংৱাপুন্ মখলশিং

শব্দেপমারোংৱাপুনগী মখল খরা মথাদা ইরি।

মাহুদি :— হন্ন-হন্নহায়বা, মান্নবা, পুন্নমক, ঙমখৈয়োবা, মনাক্, মনীঙ্, লৈজবপাঙল থাদোকপা, অসিনচিংবা খঙনবদা শব্দেপমায়-রোংৱাপুন্ ওই।

খুদম :— হন্ন হন্ন হায়ব =হুমিৎ হুমিৎ — হুমিৎখুদিং। হুমিৎ খুদিংদা ঐ লাকনি। য়োৎ-য়োৎখুদিং অসিনচিংবা। মান্নবা —ঐগা-মান্নবা=ঐগুম্বা। লাইগ-মান্নবা=লাইগুম্বা। মৈগা+

মান্নবা = মৈগুম্বা। হুংগা + মান্নবা = হুংগুম্বা। ঐ হুংগুম্বা মীনি। ঈশিংগা-মান্নবা = ঈশিংগুম্বা অসিনচিংবা।

পুন্নমক্ :— হায়বা + পুন্নমক্ = হায়বমখৈ। অঙাং + পুন্নমক্ = অঙাংমখৈ। নিপা + পুন্নমক্ = নিপামখৈ অসিনচিংবা।

ঙমখৈয়োবা — পুন্সিগী + ঙমখৈয়োবা = পুন্সিচুপ্পা। কোম্ভুংগী ঙমখৈ য়োবা = কোম্ভুংফাওবা। শিবগী ঙমখৈয়োবা = শিবফাওবা অসিনচিংবা।

মনাক—নকৃশিন্নক্তনা য়ুমগী মনাক্ য়োরক্লে = য়ুম্নাক্। মনীঙ্—শগোল অহু খুনগী মনীঙয়োরক্লে = খুন্নীঙ্। লৈজবপাঙ্গল থাদোকপা —ঐনা লৈজবমখৈ পাঙ্গলথাদোক্তনা থবক্তাস হোৎনবনি = ঙম্বমখৈ অসিনচিংবা।

## বাহং

১। রাপুন কদাইব্ু কৌবগে? মখল কয়ানো মমিং শুনা হায়উ।

২। রাপুন করিগীনমক্তনো তৌনবা য়াত্রা হায়উ।

৩। তুফাংরাপুন কদাইবু কৌবগে? মখল্ কয়ানো মমিংগা কোম্না খুদম অমম পীতুনা হায়উ।

৪। তুফাংরাপুনগী কন্দম করম তৌবগে হায়উ।

৫। নীখ্রোরাপুন কদাইবু কৌবগে? মখল কয়নো? খুদিংমক্কী মমিং কোম্না খুদম অমমম্ হায়উ।

৬। শকপানরাপুন কদাইনো অমশুং মখল কয়া থোক্না খাইবগে মমিং লোয়ননা খুদম্ পীতুনা মশীং শুনা হায়উ।

শীথৈরাপূন কদাইনো ? মথল কয়ানো মমিংগা কোম্ননা খুদিং-মক্কী খুদম অমমম্ হায়উ।

লোম্লালরাপূন কদাইবু কৌবগে ? মথল কয়ানে' মমিংগা কোম্ননা খুদিংমক্কী খুদম্ অমমম্ হায়উ।

শক্লেপমারোং কদাইবু কৌবগে ? কদাই কদাইদা ওইবগে খুদম্ অমমম্ কো'ম্ননা হায়উ।

মথাদা ইরিবা রাহৈশিং অসি করি করি রাপূম্নো মশক তাকই :— ভম্বমথৈ, শগোলবন্, গান্ধীতুমিং, শলাইতরেং, মিনাইয়োংহিলং, ইম্ফালকোম্বং, লাইরিকহৈবা, মমানিংবা, চাক্কৌবা, মচামগু, অহিংক্লুংথিন্, মতৈমনাও, তুমিংথা, পুম্জিচুপ্পা, অঙাংময়াম্, শিবক্ষাওবা।

---

# ২শুবা শরুক

## ২০শুবা তাঙ্কক

### ১। থোৌখৈচৈতপ্

থোৌরুগী মথৈদা থোৌকম্ মতম্গা কোম্বনা পথৈ খঙ্নবতঃ চৈতপ্পু থোৌখৈচৈতপ্ কৌই।

### ২। থোৌখৈচৈতপ্ মথল্

থোৌখৈচৈতপ্কী মথল অনি থোক্লা খাইম্মি।

মাহুদি :— থোৌরোম্বথোৌখৈচৈতপ্, থোৌয়োম্দবথোৌখৈচৈত অসিনি।

### ৩। থোৌরোম্বথোৌখৈচৈতপ্

থোৌদোল্লোম্বা পথৈ খঙ্বা চৈতপ্পু থোৌরোম্বথোৌখৈচৈত কৌই।

### ৪। থোৌরোম্বথোৌখৈচৈতপ্ মথল ৪৮

থোৌকম্ মতম্ তরানিথোৌয়গা কোম্বনা থোৌরোম্বথোৌখৈচৈতপ্ মথল চাওরাক্লা নিফুনিপান্ '৪৮' থোক্লা খাইম্মি।

মাহাদ :—

মতম

| | মতম্ মথল তরানিথোয় | হায়ব চৈতপ ১২ | হংবচৈতপ ১২ | নত্তরাহং চৈতপ ১২ | নত্তথণ্ড ব চৈতপ ১২ |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। ওইরিব-মতম্ | ১। লেপ্তন ওইরিব মতম্—১ | ঈ | ব্রা | ত্রা | দে |
| | ২। লেপ্ন ওইরিব মতম্—২ | রি | রিব্রা | ত্রিব্রা | ত্রি |
| | ৩। লোমৃদ্ন ত্রওরিব মতম্—৩ | রক্লি | রক্লিব্রা | রক্তি ব্রা | রক্তি |
| | ৪। লোম্নওইরিব মতম্—৪ | রে | রব্রা | ত্রব্রা | দ্রে |
| ২। ওইশ্রব-মতম্ | ১। লেপ্তন ওয়শ্রব মতম্—৫ | রশ্মী | রম্ব্া | রম্ত্রা | রমদে |
| | ২। লেপ্ন ওইশ্রব মতম্—৬ | খি | খিব্রা | খিত্রা | খিদে |
| | ৩। লোদ্ন ওইশ্রব মতম্—৭ | রম্লি | রম্লিব্রা | রমৃত্রিব্রা | রমৃত্রি |
| | ৪। লোম্ন ওইশ্রব মতম্—৮ | রম্লে | রম্লব্রা | রমৃত্রব্রা | রমৃদ্রে |
| ৩। ওইরক্কদব-মতম্ | ১। লেপ্তন ওইরক্কদব মতম্—৯ | গনি | গত্রা | রোইত্রা | রোই |
| | ২। লেপ্ন ওইরক্কদব মতম্—১০ | রগনি | রগত্রা | ররোইত্রা | ররোই |
| | ৩। লোমৃদ্ন ওইরক্কদব মতম্—১১ | রমৃগনি | রমৃগত্রা | রম্লোইত্রা | রম্লোই |
| | ৪। লোম্ন ওইরক্কদব মতম্—১২ | রম্লগনি | রম্লগত্রা | রম্লরোইত্রা | রম্লরোই |

১২×৪=৪৮ অসিনি।

৫। মতম্

অকুই-কুইদবগী মশক্ তম্ববু মতম্ কৌই।

মাহ্নদি :— মিকুপ, পুংজা, মুথক্, অহিং, নুংথিন্, নুমিথা, চহিনচিংবা অসিনি।

৬। থৌফম্মতম্

থৌবানগী পাংথোক্পা মতম্সু থৌফম্ মতম্ কৌই।

৭। থৌফম্মতম্ মখল্

থৌফম্মতম্গী মখল্ চাওরাক্না অহুম্ থোকই।

মাহ্নদি :— ওইরিবমতম্, ওইখ্রবমতম্, ওইরক্নদবমতম্ অসিনি

থৌ তৌরিবা থঙ্নবা থৌবানগী মতম্সু 'ওইরিবমতম্' কৌই

৯। ওইরিবমতম্ মখল্

ওইরিবমতম্গী মখল্ মরি থোক্না খাইরি।

মাহ্নদি :— লেপ্তনওইরিবমতম্, লেপ্নওইরিবমতম্, লোয়দ্ননওইরিবমতম্, লোয়্নওইরিবমতম্ অসিনি।

১০। লেপ্তনওইরিবমতম্

লেপ্তন শিংথাং ওইনা তৌরিবা থৌ থঙ্নবা থৌবানগী মতম্সু লেপ্তনওইরিবমতম্ কৌই।

১১। ঈ

লেপ্তনওইরিবমতম্দা হায়বদা থৌক্নগী মমৈদা থৌখৈচৈতপ 'ঈ' হাপ্পী। করিগুম্বদা 'ঈ' অদু 'ই' ওই অমসুং 'ই, ঈ' না 'য়' সু ওই।

**য়েংশিনগদবা :**— অনুসার 'ং' না লোম্বথৌরুগী মথাদা কৃপা ঈ অমস্থুং ই' তু ঙী ওই করিগুম্বদনা ত্ অমস্থুং 'ন্' না লাম্বথৌরুগী মথাদা লাকৃপা 'ঈ' অহ্ 'লী' অমস্থুং 'ন্' না 'ল্' ; 'ঈ' না মথাদা লাক্লবদা থৌরুগী মমৈথংবা ঙ্ প্ ম্ :থায়সিনা অনি ওই।

মাতুদি :— :য়ং+ঈ=য়েংঙী. চং+ঈ=চংলী, চন্+ঈ= ন্নী, চঙ্+ঈ=চঙঙী, চপ্+ঈ=চপ্পী, চম্+ঈ=চম্মী, ঐ কাং তাংহনা চংলী অসিনচিংবা।

## ১২. থৌরু

থৌবানকম্ মরুবু 'থৌরু' কৌই।

মাহুদি :— চা, পা, লাউ, ফু, লৌ, পী, য়েঙ্, খঙ্, হঙ্, চং, তম্, থং, ঙক্, কপ্, পক্, লান্, কম্, ঙম্, মাঙ্ অসিন-চিংবা।

**য়েংশিন্গদবা :**— 'ঐ চাক্ চায়' হায়বা য়াঙাং অসিদা 'চা' থৌরুদা থোথৈচৈতপ্ 'ঈ' হাপ্লগা ওহংবা 'চায়' হায়বা থৌবান্সিনা, লেপ্তনা শিঙ্গাং ওইনা ভোরিবা থৌ খঙ্হল্লি অসিন-চিংবা।

## ১৩। থৌরু অমবু ৩১৮৬ থোক্কা শীংথাবা

করিগুম্বা থৌরু অমবু লিশীং অহুম্ চামা মফু তরুক্লক্ থোক্কা শীংথারি।

মাহুদি :— 'চা' থৌরু শীংথাবা লেপ্তনওইরিবমতম্দা হায়বদা, চা+ঈ=চায়, অসিনচিংবা।

(ক) হায়রবা ১

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্‌শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চায় | ঈবানী চায় | ঐখোয় চায়। |
| নশক্ | নং চায় | নবানী চায় | নখোয় চায়। |
| মশক্ | মা চায় | মবানী চায় | মখোয় চায়। |

১৪। ব্রা

লেপ্তুনওইরিবমতম্‌দা হংবদা থোক্‌পী মমৈদা থোঁথৈচৈত্তপ্‌ 'ব্রা' হাপ্পী। কাংলুপ্‌কী অহানবা ময়েক্না লোম্বা থোক্‌পী মথাদা লাক্‌পা 'ব্‌' অমসুং 'প্‌' ওই।

মাহুদি :— চা+ব্রা=চাব্রা, চং+ব্রা=চংপ্রা, ঐ চাক্ চাব্রা ঐ য়ুমদা চংপ্রা অসিনচিংবা।

(খ) হংবদা ২

| | | | |
|---|---|---|---|
| মী | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্‌শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাব্রা | ঈবানী চাব্রা | ঐখোয় চাব্রা। |
| নশক্ | নং চাব্রা | নবানী চাব্রা | নখোয় চাব্রা। |
| মশক্ | মা চাব্রা | মবানী চাব্রা | মখোয় চাব্রা। |

১৫। দ্রা

লেপ্তুনওইরিবমতম্‌দা নত্তরাহংদা থোক্‌পী মমৈদা 'দ্রা' থোঁথৈচৈত্তপ্‌ হাপ্পী। কাংলুপ্‌কী অহানবা ময়েক্না লোম্বা থোক্‌পী মথাদা লাক্‌পা 'দ্' অমসুং 'ত্' ওই।

মাহুদি :— চা+দ্রা=চাদ্রা, চং+দ্রা=চদ্রা, ঐ চাক্ চাদ্রা, ঐ য়ুমদা চদ্রা অসিনচিংবা।

(গ) নত্তরাহংদা ৩

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাত্রা | ঈবানী চাত্রা | ঐখোয় চাত্রা। |
| নশক্ | নং চাত্রা | নবানী চাত্রা | নখোয় চাত্রা। |
| মশক্ | মা চাত্রা | মবানী চাত্রা | মখোয় চাত্রা। |

## ১৬। দে

লেপ্তুনওইরিবমতম্দা নত্তখঙ্বদা থোক্লগী মথাদা থোঁথৈতেপ্ 'দে' হাপ্পী। কাংলুপ্কী অহানবা ময়েক্লা লোম্বা অমসুং 'লৈ' থোক্লগী মথাদা লাক্পা 'দ' ডু 'ত্' ওই।

মাহুদি :— চা+দে=চাদে, চৎ+দে=চত্তে, লৈ+দে=লত্তে, ঐ চাক্ চাদে, ঐ মুমদা চত্তে, ঐ যুম্দা লৈতে অসিনচিংবা।

(ঘ) নত্তখঙ্বদা ৪

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাদে | ঈবানী চাদে | ঐখোয় চাদে। |
| নশক্ | নং চাদে | নবানী চাদে | নখোয় চাদে। |
| মশক্ | মা চাদে | মবানী চাদে | মখোয় চাদে। |

## ১৭। জ

মতোম্মতা তৌজবা, উশিত্তনভাংবা, নোল্লুক্লা হায়বনচিংবদা থোক্লগী মথাদা 'জ' মরক্ চঞিঙ। কাংলুপকী অহানবা ময়েক্কী থাদা লাক্পা 'জ্' অহু 'চ' ওই।

মাহুদি :— চা+জ+ঈ=চাজৈ, চৎ+জ+ঈ=চৎচৈ, ঐ ক্ চাজৈ, ঐ মুম্দা চৎচৈ, নং চাক্ চাজৈ অসিনচিংবা।

## ১৮। বি

হায়জবা অমম্নুং হায়বিবদা থৌরুগী মথাদা থৌখৈচৈত্তপ্‌কী মথক্তা 'বি' মরক্ চঙিঙ কাংলুপ্‌কী অহানবা ময়েক্কী মথাদা লাক্পা 'ব' অমুং 'প্' ওই।

মাতুদি :— চা+বি+ঈ=চাবী, চৎ+বি+ঈ=চৎপী. ঐ চাক্ চাবী, ঐ য়ুম্‌দা চৎপী, নং চাক্ চাবী. মা চাক্ চাবী অসিনচিংবা।

(ক) হায়জবদা ৫

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়ামশীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাজে | ঈবানী চাজে | ঐখোয় চাজে। |
| নশক্ | নং চাবী | নবানী চাবী | নখোয় চাবী। |
| মশক্ | মা চাবী | মবানী চাবী | মখোয় চাবী। |

(খ) হংজবদা ৬

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়ামশীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাজব্রা | ঈবানী চাজব্রা | ঐখোয় চাজব্রা। |
| নশক্ | নং চাবিব্রা | নবানী চাবিব্রা | নখোয় চাবিব্রা। |
| মশক্ | মা চাবিব্রা | মবানী চাবিব্রা | মখোয় চাবিব্রা। |

(গ) নত্তরাহংজবদা ৭

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়ামশীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাজদ্রা | ঈবানী চাজদ্রা | ঐখোয় চাজদ্রা। |
| নশক্ | নং চাবিদ্রা | নবানী চাবিদ্রা | নখোয় চাবিদ্রা। |
| মশক্ | মা চাবিদ্রা | মবানী চাবিদ্রা | মখোয় চাবিদ্রা। |

(ঘ) নস্তুহায়জবদা ৮

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাজদে | ঈবানী চাজদে | ঐখোয় চাজদে। |
| নশক্ | নং চাবিদে | নবানী চাবিদে | নখোয় চাবিদে। |
| মশক্ | মা চাবিদে | মবানী চাবিদে | মখোয় চাবিদে। |

(ক) হায়বিবদা ৯

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাবী | ঈবানী চাবী | ঐখোয়চাবী। |
| নশক্ | নংচাজৈ | নবানী চাজৈ | নখোয় চাজৈ। |
| মশক্ | মা চাজৈ | মবানী চাজৈ | মখোয় চাজৈ। |

(খ) হংবিবদা ১০

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাবিব্রা | ঈবানী চাবিব্রা | ঐখোয় চাবিব্রা। |
| নশক্ | নং চাজব্রা | নবানী চাজব্রা | নখোয় চাজব্রা। |
| মশক্ | মা চাজব্রা | মবানী চাজব্রা | মখোয় চাজব্রা। |

(গ) নস্তুরাহংবিবদা। ১১

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাবিত্রা | ঈবানী চাবিত্রা | ঐখোয় চাবিত্রা। |
| নশক্ | নং চাজত্রা | নবানী চাজত্রা | নখোয় চাজত্রা। |
| মশক্ | মা চাজত্রা | মবানী চাজত্রা | মখোয় চাজত্রা। |

### (ঘ) নত্তহায়বিবদা ১২

| | | | |
|---|---|---|---|
| মীশক্ | অমশীংথাবা | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঐ চাবিদে | ঈবানী চাবিদে | ঐখোয় চাবিদে। |
| নশক্ | নং চাজদে | নবানী চাজদে | নখোয় চাজদে। |
| মশক্ | মা চাজদে | মবানী চাজদে | মখোয় চাজদে। |

## ১৯। মিন্ন

অমদগী হেনূবনা তিন্ন খঙবদা থৌরুগী মথাদা 'মিন্ন' মরক্ চল্লিঙ।

মাতুদি :— চা+মিন্ন+ঈ=চামিন্নৈ, চৎ+মিন্ন+ঈ= চৎমিন্নৈ, ঈবানী চামিন্নৈ, ঈবানী চৎমিন্নৈ অসিনচিংবা।

### (ক) হায়মিন্নবদা ১

| | | |
|---|---|---|
| মীশক্ | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঈবানী চামিন্নৈ | ঐখোয়চামিন্নৈ। |
| নশক্ | নবানী চামিন্নৈ | নখোয়চামিন্নৈ। |
| মশক্ | মবানী চামিন্নৈ | মখোয়চামিন্নৈ। |

### (খ) হৎমিন্নবদা ২

| | | |
|---|---|---|
| মীশক্ | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঈবানী চামিন্নত্রা | ঐখোয় চামিন্নত্রা। |
| নশক্ | নবানী চামিন্নত্রা | নখোয় চামিন্নত্রা। |
| মশক্ | মবানী চামিন্নত্রা | মখোয় চামিন্নত্রা। |

(গ) নম্বহংমিম্নবদা ৩

| | | |
|---|---|---|
| মীশক্ | অনিশীংথাবা | ময়ামৃশীংথাবা |
| ঈশক্ | ঈবানী চামিম্নত্রা | ঐখোয় চামিম্নত্রা। |
| নশক্ | নবানী চামিম্নত্রা | নখোয় চামিম্নত্রা। |
| মশক্ | মবানী চামিম্নত্রা | মখোয় চামিম্নত্রা। |

(ঘ) নশুখঙ্মিম্নবদা ৪

| | | |
|---|---|---|
| মীশক্ | অনিশীংথাবা | মায়ম্ শীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঈবানী চামিম্নদে | ঐখোয় চামিম্নদে। |
| নশক্ | নবানী চামিম্নদে | নখোয় চামিম্নদে। |
| মশক্ | মবানী চামিম্নদে | মখোয় চামিম্নদে। |

(ক) হায়জমিম্নবদা ৫

| | | |
|---|---|---|
| মীশক্ | অনিশীংথাবা | ময়ামৃশীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঈবানী চামিম্নজৈ | ঐখোয় চামিম্নজৈ। |
| নশক্ | নবানী চামিম্নবী | নখোয় চামিম্নবী। |
| মশক্ | মবানী চামিম্নবী | মখোয় চামিম্নবী। |

(খ) হংজমিম্নবদা ৬

| | | |
|---|---|---|
| মীশক্ | অনিশীংথাবা | ময়ামৃশীংথাবা। |
| ঈশক্ | ঈবনী চামিম্নজত্রা | ঐখোয় চামিম্নজত্রা। |
| নশক্ | নবানী চামিম্নবিত্রা | নখোয় চামিনবিত্রা। |
| মশক্ | নবানী চামিম্নবিত্রা | মখোয় চামিম্নবিত্রা। |

(গ) ভোমরোইদবদা ৩

| | | |
|---|---|---|
| ঈশক্ | অনিশীংথাবা | ময়াম্শীংথাবা। |
| হায়বা | ঈবানী চানগনুসি | ঐখোয় চানগনুসি। |
| হায়জবা | ঈবানী চানজগনুসি | ঐখোয় চানজগনুসি। |
| হায়বিবা | ঈবানী চানবিগনুসি | ঐখোয় চানবিগনুসি। |

(ঘ) তৌরোইদবা হৌনবদা য়াথংকোংবচৈঙপ্শিং—

তৌরোইদবা হৌনবদা য়াথংকোংবদা থোরুগী মমৈদা হাপ-কদবা থৌথৈচৈঙপ খরা মথাদা ইরি—

মতুদি :— গনুসিনে, গনুসিদা, গনুসিসে, গনুসিকো, গনুসি-দহৈ, রগনুসি, রগনুসিনে, রগনুসিদা, রগনুসিকো, রগনুসিদহৈ, ঙুগনুসি, ঙুগনুসিকো, ঙুগনুসিদহৈ, ঙুগনুসিনে, ঙুগনুসিদা, রোইদবনি, রোইদবনিকো, রোইদবনিদহৈ, রোইদবনিনে, রোইদবনিদা অসিনচিংবা।

য়েংশিনগদবা :— হায়রিবা তৌরোইদবা হৌনবাচৈঙপ-শিংসি তৌরোইদবা তৌমিন্নরোইদবা, তৌনরোইদবা অহুম্মক্তা শীজিন্নবগুম্না শীংথাহনা শীজিন্নগনি।

## ৱাহং

১। য়াথংকোংবচৈঙপ কদাইদু কৌবগে অমসুং মখল কয়ানো হায়উ।

২। য়াথংকোংবা থৌথৈচৈঙপ মীশক থেন্নবগী মতুংইন্না থেন্নবা থেন্নদবা অমসুং করম্বা মতমদা শীজিন্নবগে হায়উ ?

৩। ঈশক, নশক, মশক অহুম্মক্কী অমা, অনি, অহুম শীংথাবশিংদা

তৌগদবা, তৌরোইদবা, খঙ্নবা গৌরান অমমম্ খুদম্ লোয়নবা হায়উ ?

৪। মীশক অহমগী তৌমিন্নগদবা খৌবানগী খুদম্ অমমম্ তোঙান তোঙান হায়দুনা তাকউ ?

৫। হৌনবা কদাইবু কৌবগে অমসুং মখল কয়ানো হায়উ ?

৬। তৌগদবা অমসুং তৌরোইদবদা হৌনবদা করি করি খৌথৈচৈতপ খৌরুগী মথৈদা হাপ্পগে হায়উ ?

---

ওঅশুবা তাক্কক

## ১। খৌপোকচৈতপ

খৌরুদা খোপোক্‌পা ওইনবা তম্মা চৈতম্ খোপোকচৈতপ কৌই।

## ২। খৌপোক্‌পা

খৌপোক্ চৈতম্মা লোয়নবা য়ারোনবু খৌপোক্‌পা কৌই।

## ৩। খৌপোক্‌পা শীজিন্নকম্

খৌপোকপদি খৌবানমিথৈ অমসুং মিংখোন য়ারোন্ অনিসিদ শীজিনৈ। খৌবানমিথৈ অমসুং মিংখোন্‌গী মরোন্‌সি ৯ শুবা অমসুং ১০ শুবা তাক্কো উৎখ্রে।

## ৪। খৌপোক্‌চৈতপাশিং

খৌপোক্‌চৈতপশিং পুম্নমা শীংথারি। মাদুদি :— না, দবা, বী, দবী, রু, রু, রক্, খি, হন্, জ, বি, ন, মিন্, গৎ, ঙ, থোক্, জেম্, গন্, থ্র, এ, এদা, এবা, উবা, ওবা অসিনচিংবা।

## ৫। খোঁপোক্‌চৈন্তপকী মখল

খোঁপোক্‌চৈন্তপকী মখল্ অহুম্‌থোক্না খাইরি।

মাহুদি :— খোঁমৈথোঁপোক্‌চৈন্তপ্‌, অমসুং খোঁরক্‌খোঁপোক্‌-চৈন্তপ্‌ খোঁকোক্‌খোঁপোক্‌চৈন্তপ্‌ অসিনি।

## ৬। খোঁমৈথোঁপোক্‌চৈন্তপ্‌

খোঁমৈলোম্‌হনবা খোঁপোক্‌চৈন্তপ্স খোঁমৈথোঁপোক্‌চৈন্তপ্‌ কৌই।

মাহুদি :— বা, দবা, বী, দবী অমসুং এদা, এবা, উবা, ওবা, মখোয়সি খোঁমৈথোঁপোক্ চৈন্তপ্নি।

## ৭। খোঁরক্‌খোঁপোক্‌চৈন্তপ্‌

খোঁরু অমসুং খোঁমৈথোঁপোক্‌চৈন্তপ্‌কী মরক্তা হাপ্লবা খোঁরক্‌-খোঁপোক্‌চৈন্তপ্‌ কৌই।

মাহুদি :— 'র' দগীনা 'শ্র' কাওর্বনি।

ৱেংশিনগদবা :— খোঁরুদা খোঁপোক্‌চৈন্তপ্‌ হাপ্না খোক্‌পা মরু ওইবা রাহোন্ থনা মখোয়গী শীঙ্গিন্নকমগা লোয়ননা মখাদা ইরি। মাহুদি :—

## ৮। বা।

ভোবদা খোঁরুগী মমৈদা খোঁমৈ চৈন্তপ্‌ 'বা' হাপ্পা। কাংলুপ্‌কী অহানবা ময়েকী মখাদা লাক্‌পা 'ব্‌' অহু 'প্‌' ওই।

খুদম্ :— চা + বা = চাবা, চৎ + বা = চৎপা, চন্ + বা = চন্‌বা। ঐ চাক্ চাবা মীনি। ঐ চৎপা খরা ওয়ে। ঐ মিং চন্‌বা লোয়রে। ঐ চাক্ চাবা লোয়রে অসিনচিংবা।

## ৯। দবা।

তৌদবদা খৌরুগী মমৈদা খৌমৈ-চৈতপ্‌ 'দবা' হাপ্পী। কাংলুপ্‌কী অহানবা ময়েকী মখাদা লাক্‌পা 'দ' অসু 'ত' ওই।

মাহুদি:— চা+দবা=চাদবা, চং+দবা=চত্তবা, চন্‌+দবা=চন্দবা, ঐ চাক্‌ চাদবা কুইশ্রবনি অসিনচিংবা।

## ১০। বী

তৌবদা সুপী খণ্ডনবদা খৌরুগী মমৈদা খৌমৈ-চৈতপ বী হাপ্পী।

মাহুদি :— চা+বী=চাবী, চং+বী=চংপা, চন্‌+বী=চনবী, চম্‌+বী=চম্বী, ঐ চাক্‌ চাবী সুপী অমনি অসিনচিংবা।

## ১১। দবী

তৌদবদা সুপী খণ্ডনবদা খৌরুগী মমৈদা খৌমৈচৈতপ্‌ 'দবী' হাপ্পী।

মাহুদি :— চা+দবী=চাদবী, চং+দবী=চত্তবী, চন্‌+দবী=চন্দবী, ঐ চাক্‌ চাদবী সুপী অমনি অসিনচিংবা।

## ১২। 'র'

তৌরবা খণ্ডনবদা খৌরুগী মমৈদা 'র' খৌরক্‌ৱৌপোক্‌-চৈতপ্‌ হাপ্পী। খোনয়া ময়েকী মখাদা লাক্‌পা 'র' অসু 'ল' ওই। 'ন্‌' না লোম্বা খৌরু ওইরগা 'ন্‌' অসুসু 'ল্‌' ওই।

মাহুদি :— চা+র+বা=চারবা, চং+র+বা=চংলবা, চন্‌+র+বা=চল্লবা, চম্‌+র+বা=চম্রবা, ঐ চাক্‌ চারবা মীনি অসিনচিংবা।

## ১৩। রু

তোকবদা থোকপী মখেদা থোরক্থোপোক্ চৈতপ, 'রু' হায়ী

মাহ্নদি :— চা+রু+বা=চারুবা, চৎ+রু+বা=চৎলুব চন্+রু+বা=চন্নুবা, চা+রু+বী=চারুবী, চৎ+রু+দবী= চৎলুদবী, ঐ চারুবা হুইয়ে। মা চাক চারুদবীনি অসিনচিংবা

## ১৪। রক্

অতোপ্পা মতমদা অমম্নুং মতম অমদা তোয়কপদা থোকপী মখেদা থোরকথোপোকচৈতপ 'রক্' হায়ী।

মাহ্নদি :— চা+রক্+বা=চারক্পা, চা+রক্+দবা=চা-রক্তবা, চৎ+রক্+দবা=চৎলক্তবা, চা+রক্+বী=চারক্পী. চা +রক্+দবী=চারক্তবী, চৎ+রক্+বী=চৎলক্পী, চৎ+রক্ +দবী=চৎলক্তবী, ঐ চাক চারক্পা হুইগ্রে অসিনচিংবা।

## ১৫। খি

মাওংদা থোক্লবা থৌ থওনবদা থোকপী মখেদা 'খি' থোরক্থোপোক্ চৈতপ হায়ী।

মাহ্নদি :— চা+খি+বা=চাখিবা, চৎ+খি+বা=চৎখিবা চা+খি+দবা=চাখিদবা, চৎ+খি+দবা=চৎখিদবা, ঐ চাক্ চাখিদবা হুইরে। ঐ চাক্ চাখিবা হুইগ্রে, ঐ হয়দা চৎখিদবা হুইরে।

হংশিনপবা :— করি করিপকদা 'খি' অসিদি থোকথোপোক্চৈতপনূ ওইনা শীজিনে?

মাহুদি :— চা+খি=চাখি, চৎ+খি=চৎখি. ঐ চাক্ চাখি. অমিনচিংবা।

## ১৬। হন্

অতোপ্পবু তৌহনবদা থোক্নগী মতৌদা 'হন্' থৌরক্থোপোক্ চঙী।

মাহুদি :— চা+হন+বা=চাহনবা, চৎ+হন+বা=চৎহনবা, চম্+হন্+বা=চমহনবা, ঐনা মাবু চাক্ চাহনবা তম্পনি, ঐ নংবু চৎহনবা তমগনি অসিনচিংবা।

## ১৭। জ

অমথক্তা তৌবদা, হায়জবদা, অমসুং হায়বিবনচিংবদা থোক্নগী মতৌদা 'জ' থৌরক্ চঙী।

কাংলুপকী অহানবা ময়েকী মথাদা লাক্পা 'জ' অসু 'চ' ওই।

মাহুদি :— চা+জ+বা=চাজবা. চৎ+জ+বা=চৎচবা, চন্+জ+বা=চন্জবা, ঈতোমত চাক্ চাজবা ওয়রোই, ঐ য়ুমদা চৎচবা তারে, নং নমিং চন্জবা তারে অসিনচিংবা।

## ১৮। বি

হায়বিবদা অমসুং হায়জবদা থোক্নগী মতৌদা থৌরক্থোপোক্ চৈথেপ্ 'বি' চঙী।

চা+বি+বা=চাবিবা, চা+বি+বী=চাবিবী, চৎ+বি+বী=চৎপিবী, চৎ+বি+বা=চৎপিবা, চন্+বি+বা=চন্বিবা, ঐ চাক্ চাবিবা লোয়রে। মা চুয়া চৎপিবা মীনি। ঐ মথোয়দা চৎপিবা ওয়রোই। মা নংগীদমক্তা চৎপিবী হুগীনি অসিনচিংবা।

১৯। ন

মহৈ-মহৈ তৌনবদা থোক্লগী মথৈদা থোরক্‌থোপোক্‌চৈঙপ 'ন' মরক্ চঙী।

মাহুদি :— চা+ন+বা=চানবা, চৎ+ন+বা=চৎনবা, চৎ+ন+রী=চৎনরী, চা+ন+দবী=চানদবী, চা+ন+দবা=চানদবা, ঈবানী চাক্ চানবা য়াওই। ঐখোয় থমদা চৎনবা য়াই। মবানী চৎনবী খঙবানি। মখোয় চাক্ চানদবী মীনি। মখোয় চাক্ চানদবা ঙাক্কনি অসিনচিংবা।

২০। মিন্ন

তৌমিন্নবদা থোক্লগী মথৈদা 'মিন্ন' মরক্ চঙী।

মাহুদি :— চা+মিন্ন+বা=চামিন্নবা, চৎ+মিন্ন+দবা=চৎমিন্নদবা. ঈবানী চাক্ চামিন্নবা য়াই। ঈবানী চাক্ চামিন্নদবা কুইদ্রে। ঐখোয় চাক্ চামিন্নবা য়াবঙাক্কনি অসিনচিংবা।

২১। শিন্

তৌশিনবদা থোক্লগী মথৈদা থোরক্‌থোপোক্‌চৈঙপ 'শিন্' হাপ্পী।

মাহুদি :— চা+শিন্+বা=চাশিন্‌বা, চৎ+শিন্+বা=চৎশিন্‌বা, ঐ চাক্ চাশিনবা য়ারোই। ঐ মসিদগী চৎশিনবা য়াখিদ্রে।

য়েংশিনগদবা :— করি করিগুম্বদা থোক্লগী মথাদা লাকপা 'শিন্' অহু 'চিন্' অমসুং 'জিন্' ওইনমু শীজিন্নৈ।

মাহুদি :— থক্+শিন+বা=থক্‌চিনবা, কা+শিন্+বা=কাজিনবা, ঐ ঈশিং থক্‌চিনবা য়াজে। ঐ কাজিনবা য়াদ্রোই অসিনচিংবা।

## ২২। গৎ

তৌখৎপদা থৌরুগী মথাদা 'গৎ' চৈত্তপ্ মরক্তা হাপ্পী।

কাংলুপকী অনিশুব-ময়েক্ অমসুং শ্-ষ্-স্-হ্ না হোৌবা থৌরুগী মথাদা 'গৎ' হাপ্পী; মখোয়সি নশুবা ময়েক্তা হোৌবা থৌরুগী মথাদনা 'গ' অমসু 'খ' ওই।

মাহুদি :— চা+গৎ+বা=চাখৎপা, চৎ+গৎ+বা=চৎখৎপা, খুন্+গৎ+বা=খুনগৎপা, ছা+গৎ+বা=ছাগৎপা, থুম্+গৎ+বা=থুম্গৎপা, ফুন+গৎ+বা=ফুন্গৎপা, ঐ চাক্ চাখৎপা হোৌবদা তোক্চরে। ঐ মসিদগী খরা চৎখৎপা য়াগনি। ঐ মানা শেল খুন্গৎপা উহোৎ অসিনচিংবা।

## ২৩। থ

তৌথবদা থৌরুগী মথাদা 'থ' চৈত্তপ্ মরক্তা হাপ্পী।

মাহুদি :— চা+থ+বা=চাথবা, চৎ+থ+বা=চথবা, কম্+থ+বা=কম্থবা, ঐ মথাতানা চাক্ খরা চাথবা তারে। ঐ থবক্ মথা চথবা য়াগনি। অসিনচিংবা।

## ২৪। থোক্

তৌথোক্পদা থৌরুগী মখৈদা 'থোক্' চৈত্তপ্সি মরক্তা হাপ্পী। কাংলুপ্কী অনিশুব ময়েক্ অমসুং শ্-ষ্-স্-হ্ না হোৌবা থৌরুগী মথাদা লাক্পা 'থ' অমসু 'দ' ওই।

মাহুদি :— চা+থোক্+বা=চাথোক্পা, চৎ+থোক্+বা=চথোক্পা, খন্+থোক্+বা=খন্দোক্পা। ছান্+থোক্+বা=ছান্দোক্পা, থা+থোক্+বা=থাদোক্পা, কা+থোক্+

বা=কাদোক্‌প, শা+থোক্‌+বা=শাদোক্‌পা, মন্‌+থোক্‌+বা =মন্দোক্‌পা, ঐ চাক্‌ চাথোক্‌পা তারে। ঐ থন্দোক্‌পা তারম্বা। উ অসি শাদোক্‌পা য়াগনি। চারসি মন্দোক্‌পা য়াই অসিনচিংবা।

### ২৫। জেম্‌

তৌজেম্বদা থোক্কগী মথৈদা 'জেম্‌' থোরক্‌ থৌপোক্‌চৈত্তপ্‌ হাপ্পী। চা+জেম্‌+বা=চাজেম্বা, চং+জেম্‌+বা=চংচেম্বা,

খুদম্‌ :— ঐ চাক্‌ চাজেম্বা হৌরগনি। ঐ চংচেম্বা তারে। নংস্থ চংচেম্বা থরা য়াওনে অসিনচিংবা।

### ২৬। গন্‌

তৌগনবদা থোক্কগী মথৈদা 'গন' চৈত্তপ্‌ হাপ্পী।

মাহদি :— চা+গন্‌+বা=চাগন্‌বা, তং+গন্‌+বা=তং-কন্‌বা, চং+গন্‌+বা=চংগন্‌বা, ঐ চাক্‌ চাগন্‌বা মীনি। ঐ তংকন্‌বা থৌরি পামদে। মসি ইংথোন চংগন্‌বা যম্নি। অসিনচিংবা।

### ২৭। থ্র

তৌথ্রবদা থোক্কগী মথৈদা থোরক্‌ থৌপোক্‌ চৈত্তপ্‌ 'থ্র' হাপ্পী।

মাহদি :— চা+থ্র+বা=চাথ্রবা, চং+থ্র+বা=চংথ্রবা, কম্‌ +থ্র+বা=কম্থ্রবা, ঐ চাক্‌ চাথ্রবা মীশক্‌ অমনি। মা চংথ্রবা মতুংদা থজনি। অসিনচিংবা।

### ২৮। এ

তৌথ্রবদা থোক্কগী মথাদা 'এ' চৈত্তপ্‌ হাপ্পী।

মাহদি :— চা+ত+এ+বা=চাতৈবা, তম্‌+ত+এ+বা তম্‌তৈবা, ঐ চাক্‌ চাতৈবা। ঐ মাপু তম্‌তৈবা অসিনচিংবা।

## ২৯। এদা-এবা

তৌগ্রবদা থৌরুপী মথাদা থৌম্বেথৌপোক্ চৈতপ্ 'এদা' অমসুং 'এবা' হায়গী।

মাহুদি :— চা+জ+এদা=চাজৈদা, চা+জ+এবা=চাজৈবা, চং+জ+এদা=চংজৈদা, চং+জ+এবা=চংজৈবা, ঐ চাক্ চাজৈদা, ঐ চাক্ চাজৈবা অসিনচিংবা।

## ৩০। উবা-ওবা

থৌদাবদা থৌরুপী মথৈদা থৌবৈথৌপোক্ চৈতপ্ উবা অমসুং ওবা হায়গী।

মাহুদি :— চা+ওবা=চাওবা, য়েং+উবা=য়েংউবা, চং+র+উবা=চংলোবা, নং চাক্ চাওবা। নং মুমদা চংলোবা। নং মাবু য়েংউবা অসিনচিংবা।

## চৈকাৎনচনা থৌবান্মিথৈশেন্বা।

থৌরুপী মথাদা থৌপোক্ চৈতপ্ অমদগী হেন্না হাপ্লগা থৌবান্মিথৈ শেম্বসু লৈ।

মাহুদি :— চা+থোক্+খি+বা=চাথোক্খিবা, চা+শিন+খ্র+বা=চাশিনখ্রবা, চা+শিন্+বি+থোক্+খ্র+বা=চাশিন্বিথোক্খ্রবা, চা+শিন্+মিন্ন+বি+থোক্+খ্র+বা=চাশিন্মিন্নবিথোক্খ্রবা, ঐ চাক্ চাথোক্খিবা য়াই। ঐ চাক্ চাশিন্খ্রবা মতমদা অমুক চায়রোই। মা চাক্ চাশিন্বিথোক্খ্রবা নীশগি।

### ৱাহং

১। থৌপোক্ চৈত্তপ কদাইবু কৌবগে হায়উ ?
২। থৌপোক্পা কদাইবু কৌবগে হায়উ ?
৩। থৌপোকপা ৱারোন কদাইদা শীজিন্নবগে হায়উ ?
৪। থৌপোক্চৈত্তপ মথল কয়ানো অমসুং শুনা মমিং হায়উ ?
৫। থৌপোক্চৈত্তপ শিংগী মশক হায়হুনা তাকউ ?
৬। থৌমৈথৌপোক্ চৈত্তপ কদাইবু কৌবগে হায়উ ?
৭। থৌমৈথৌপোক্ চৈত্তপ শিংগী মশক কদাইনো হায়উ ?
৮। থৌরকৃথৌপোক্ চৈত্তপ কদাইবু কৌবগে হায়উ।
৯। থৌরকৃথৌপোক্ চৈত্তপশিংগী মশক্ হায়হুনা তাকউ ?
১০। চৈকাংনহুনা থৌবানৃমিথৈশেম্বা ৱাহৈ মখাদং হায়উ।

---

### শেম্শুবা তাক্কক

## ১। থৌকোক্থৌপোক্চৈত্তপ

থৌরুগী মকোক্তা হাপ্পা চৈত্তপ্ত থৌকোক্-থৌপোক্ চৈত্তপ কৌই।

## ২। থৌকোক্থৌপোক্চৈত্তপশিং

থৌকোক্থৌপোকচৈত্তপ শিং পূম্নপা শীংথাহুনা উৎলি। মাত্থৌদি:—অ, ই, থং, চ, ত, পত্ত, পুম্, ম, সুক্, তুক্, হেক্ কন্, কেই অসিনি।

য়েংশিন্নবা :— থৌকোক্থৌপোক্ চৈত্তপকী মশা মশাগী ময়োন্ লৈতে, থৌরুগী মকোক্তা হাপ্লগা মথোয়না পূবদা থত্তবা ময়োম্ থবা মথাদা ইদ্রি।

মাছুদি :—

অ—অতৌবা খঙ্‌নৈ। ই—ইতৌ তৌবা খঙ্‌নৈ।

খং—খংতৌ তৌবা খঙ্‌নৈ। চ—তোজেবা খঙ্‌নৈ।

ত—তন্তৌ তৌবা খঙ্‌নৈ। পঙ্—পঙ্‌তৌ তৌবা খঙ্‌নৈ।

পূম্—পূম্‌তৌ তৌবা খঙ্‌নৈ। ম—মতৌবা খঙ্‌নৈ।

সুক্—সুক্ তৌবা খঙ্‌নৈ। হেক্—হেক্ তৌবা খঙ্‌নৈ।

কন—কন তৌবা খঙ্‌নৈ। কোই—কোইতৌ তৌবা খঙ্‌নৈ অসিনি।

য়েংশিনগদবা :— ই, খং, চ, ত, পঙ্, পূম্, কোই মখোয় অসি হাপ্নদা করিগুম্বদা থৌক অনি থোল্লি। থৌকদা থৌকোক্ চৈতপ হাপ্নগা থোক্পা থৌবান্ মিথৈ খরা মখাদা ইরি। মাছুদি :—

| থৌক | থৌকোক্ | থৌমৈচৈতপ্ | থৌবান্‌মিথৈ। |
|---|---|---|---|
| চা | —অ | বা | অচাবা। |
| চা | —ই | বা | ইচাচাবা। |
| চা | —খং | বা | খংচাচাবা। |
| চা | —চ | বা | চচ চাবা। |
| চা | —ত | বা | তচাচাবা। |
| চা | —পঙ্ | বা | পঙ্‌চাচাবা। |
| চা | —পূম্ | বা | পূম্‌গাচাবা। |
| চা | —ম | বা | মচাবা। |
| চা | —সুক্ | বা | সুক্‌চাবা। |
| চা | —হেক্ | বা | হেক্‌চাবা। |
| চা | —কন | বা | কনচাবা। |
| চা | —কোই | বা | কোইচাচাবা অসিনচিংবা। |

## হাইং

১। খৌকোক্ খৌপোক্ চৈতপ কদাইনো কৌবগে ?

২। খৌকোক্ খৌপোক্ চৈতপশিং মশক্ হায়উ ?

৩। খৌকোক্-চৈতপশিংনা পুবদা খণ্ডনবা মরোন্ হায়উ ?

৪। করম্ করম্বা খৌকোক্ চৈতপ হাপ্লগা খৌরু অনি খোন্নবগে হায়উ ?

৫। 'চা' খৌরু দা খৌকোক্ চৈতপশিং হাপ্লগা খোক্পা খৌবান মিথৈ অমমম্ হায়বনা তাকুউ ?

---

## ৩৬শুবা তাক্চক

### ১। বাপোক্ চৈতপ

বারুদা তপ্পা চৈতপ্পু বাপোক্ চৈতপ কৌই।

### ২। বাপোক্পা

বারুদা বাপোক্ চৈতপ্পা লোম্নবা বারোনবু বাপোক্পা কৌই।

### ৩। বাপোক্পা শীজিন্নফম্

বাপোক্প বারোন্দি মিথৈ বারোন্দা শীজিন্নৈ।

### ৪। বাপোক্ চৈতপশিং

বাপোক্চৈতপশিং পুন্নপা মখাদা ইরি।

মাহ্নদি :— লৈন্, রোয়্, মক্, খক্, রক্, দি, কোক্, থৈ,

তা, ম্না, ভং, ত্তি, য়োক্‌, শিন্‌, শং, ত্রিক্‌, রপ্‌, তক্‌, শুম্‌, য়োম্‌, সু, পন্থ, দোন্‌, তোন্‌, হল্‌ অসিনচিংবা।

য়েংশিনগদবা :— য়াক্নদা য়াপোক্‌চৈতপ্‌ হায়গা খোকর্পা মরুওইবা য়াপোক্‌পা য়ায়োন্‌ খয়া মখোয়গী শীজিন্নকম্‌পা লোয়ননা মখাদা ইরি। মাহৃদি :—

## ৫। লেন্‌

খোয়দোকপা খণ্ড্‌নবা য়াক্নগী মমৈদা য়াপোক্‌চৈতপ্‌ লেন্‌ হায়নী। খোনবু ময়েক্কী মখাদা লাক্‌পা 'ল' অমত্‌ 'র' ওই।

মাহৃদি :— কাং+লেন্‌=কাংলেন্‌, কাও+লেন্‌=কাওরেন্‌। ফক্‌+লেন্‌=ফক্রেন্‌, নিংথৌ+লেন্‌=নিংথৌরেন্‌, কৌ+লেন্‌=কৌরেন্‌, লাই+লেন্‌=লাইরেন্‌ অসিনচিংবা।

## ৬। য়োয়

খৌয়োয় খণ্ডনবদা য়াক্নগী মমৈদা 'য়োয়' চৈতপ্‌ হায়নী। খোনয়া ময়েক্কী মখাদা লাক্‌পা 'র' অমত্‌ 'ল' ওই।

মাহৃদি :— হি+য়োয়=হিয়োয়, শীং+য়োয়=শীংলোয়, খোং+য়োয়=খোংলোয়, ফি+য়োয়=ফিয়োয় অসিনচিংবা।

## ৭। মক্‌

অয়েক্পা খণ্ড্‌নবদা য়াক্নদা 'মক্‌' য়াপোক্‌চৈতপ্‌ হায়নী।

লাই+মক্‌=লাইমক্‌, ঐ+মক্‌=ঐ মক্‌, ওসি+মক্‌=ওসিমক্‌, অমত্‌+মক্‌=অমত্‌মক্‌, অসি+মক্‌=অসিমক্‌ অসিনচিংবা।

## ৮। থক্

রাম্‌দবা অমত্তুং অকান্‌বা মনীং থঙ্‌নবা রারুদা 'থক্' রাপোক্‌-চৈতপ্ হায়ী।

মাত্তদি :— মচা+থক্=মচাথক্, অম+থক্=অমথক্, অহুম্+থক্=অহুমথক্, অনি+থক্=অনিথক্, অত্ত+থক্=অত্তথক্, থজিক্+থক্=থজিক্থক্ অসিনচিংবা।

## ৯। রক্

থৌদোক্ মনীংথাবদা রারুদা 'রক্' রাপোক্‌চৈতপ্ হায়ী। থোনরা মরেকী মথাদা লাক্‌পা 'র' অত্ত 'ল' ওই।

মাত্তদি :—তরুক্+রক্=তরুক্রক্, তরেৎ+রক্=তরেৎ-লক্, মচা+রক্=মচারক্, অহুম+রক্=অহুমরক্, অনি+রক্=অনিরক্ অসিনচিংবা।

## ১০। দি

মাঙ্‌দা হায়খ্রবা রাগা ওয়বা থঙ্‌নবদা রারুদা রা'পোক্-চৈতপ্ 'দি' হায়ী। কাংলুপকী অহানবা মরেকী মথাদা লাকপা 'দ' অত্ত 'ত্' ওই।

মাত্তদি :— ঐ+দি=ঐদি, নং+দি=নংদি, ম+দি=মাদি, থাক্+দি=থাক্তি, নহাক্+দি=নহাক্তি, মহাক্+দি=মহাক্তি, চাক্+দি=চাক্তি, তন্+দি=তন্দি অসিনচিংবা।

## ১১। কোক্

মপুম্ থঙ্‌নবদা রারুদা রা'পোক্‌চৈতপ্ 'কোক্' হায়ী। কবিশিংনা 'কোক্' অত্ত 'খোক' ওইনসু শিজিন্নৈ।

মাত্থদি :—চা+কোক্‌=চাগোক্‌, মী+কোক্‌=মীকোক্‌, উ+কোক্‌=উকোক্‌, শীং+কোক্‌=শীংকোক্‌ অসিনচিংবা।

১২। খৈ

শরুক্‌ খঙ্‌নবদা ব্লারুদা 'খৈ' ব্লাপোক্‌চৈতপ্‌ হাপ্পী। করিগুম্বদা 'খ্‌' অমসুং 'গ্‌' ওইনসু শীজিন্নৈ।

মাত্থদি :— কি+খৈ=কিগৈ, চেং+খৈ=চেংখৈ, লম্‌+খৈ=লম্‌খৈ, ঙম্‌+খৈ=ঙম্‌খৈ, মিঙ্‌+খৈ=মিঙ্খৈ অসিনচিংবা।

১৩। তা

মরোং মতৌ খঙ্‌নবদা ব্লারুদা 'তা' ব্লাপোক্‌চৈতপ্‌ হাপ্পী। খোনবু ময়েক্‌ অমসুং নাতোম্লাচিনব-ময়েক্লা মখাদা লৈরবদি 'ত্‌' অমসুং 'দ্‌' ওইনা শীজিন্নৈ।

মাত্থদি :— কোই+তা=কোইদা খোঙ্‌+তা=খোঙদা, কি+তা=কিদা, খু+তা=খুদা, খুং+তা=খুত্তা, মিং+তা=মিত্তা, কেক+তা=কোক্তা অসিনচিংবা।

১৪। স্না

খোইদোকপদা ব্লারুদা ব্লাপোক্‌চৈতপ্‌ 'স্না' হাপ্পী।

মাত্থদি : থ+স্ন=থস্ন, মি+স্না=মিৎস্না, লৈ+স্না=লৈস্না, মু+স্না=মুস্না, তেক্‌+স্না=তেক্‌স্না অসিনচিংবা।

১৫। তং

সুপ্পা খঙনবদা ব্লারুদা ব্লাপোক্‌চৈতপ্‌ 'তং' হাপ্পী। খোনবুদা নাতোম্লচিনবা ময়েক্লা অম-মাংদা লৈরবদি 'ত্‌' অমসুং 'দ্‌' ওই।

মাছুদি :— ঐহাক্+তং=ঐহাক্তং, নহাক্+তং=নহাক্তং, মহাক্+তং=মহাক্তং, ঐ+তং=ঐদং, নং+তং=নংদং, মা+তং=মাদং, অমমম্+তং=অমমম্দং।

য়েংশিনগদবা :— 'তং'গী মরোন্ 'তা' নমু ফোঙ্ঙী।

মছুদি :— ঐহাক্+তং=ঐহাক্তা, মহাক্+তং=মহাক্তা, নহাক+তং=নহাক্তা, অছু+তং=অছুতা, অসি+তং=অসিতা, অহম্+তং=অহমৃতা, মরি+তং=মরিতা অসিনচিংবা।

## ১৬। তি

অথমনা অপায়বদা য়ারদা য়াপোক্চৈতপ্ 'তি' হায়ী। খোনবুরা নাতোয়াচীনবময়েক্না অমা মাঙ্দা লৈরবদি 'ত্' অছু 'দ্' ওই।

মাছুদি :— মহাক্+তি=মহাক্তি, নহাক্+তি=নহাক্তি, মী+তি=মীদি, মা+তি=মাদি, নং+তি=নংদি অসিনচিংবা।

## ১৭। য়োক্, শিন্, শং, ত্রিক্

হেনৃক্তিনৃবদা য়ারদা য়োক্, শিন্, ত্রিক্ অমসুং শং য়াপোক্ চৈতপ্ হায়ী।

মাছুদি :— মু+শিন্=মুশিন্, ঙৌ+য়োক্=ঙৌয়োক্, ঙাং+শং=ঙাংশং, শং+ত্রিক্=শংত্রিক্ অসিনচিংবা।

## ১৮। রপ্, তক্

হায়কৎ-খঙ্নবদা য়ারদা 'রপ্' অমসুং 'তক্' য়াপোক্চৈতপ্ হায়ী। কাংলুপ্কী অহানবময়েকী অমসুং অনুসার (১)গী মথাদা লাক্পা 'র' অছু 'ল' ওই, 'ন্' না লোয়বা য়ার ওইরগনা 'ন্' অছুন্ 'ল্' ওই।

মাহুদি :— কন্+রপ্ = কন্নপ্, রাং+রপ্ = রাংলপ্, মু+রপ্ = মুরপ্, মুন্+রপ্ = মুন্নপ্, পা+রপ্ = পারপ্, মু+তক্ = মুতক্, শাং+তক্ = শাংতক্, কৌ+তক্ = কৌতক্, তেন্+তক্ = তেন্তক্, হাং+তক্ = হাংতক্ অসিনচিংবা।

১৯। গুম্

অশ্বাওইনবদা রারুদা 'গুম্' রাপোক্চৈতপ্ হায়ী। কাং-লুপ্কী অহানবমরেক্কী মথাদা লাক্পা 'গ' অসু 'ক্' ওই।

মাহুদি :— চাক্+গুম্ = চাকুম্, মা+গুম্ = মাগুম্, মন্+গুম্ = মন্গুম্, লাই+গুম্ = লাইগুম্, তেক্+গুম্ = তেকুম্ অসিনচিংবা।

২০। রোম্

করিগুম্ব অমগী কিতম্ লেপ্লদা রারুদা রাপোক্চৈতপ্ 'রোম্' হায়ী।

মাহুদি :— মঙা+রোম্ = মঙারোম্, মরি+রোম্ = মরিরোম্, তরুক্+রোম্ = তরুক্লোম্, তরেৎ+রোম্ = তরেৎলোম্, মখোয়+রোম্ = মখোয়রোম্, নখোয়+রোম্ = নখোয়রোম্, মথা+রোম্ = মথারোম্, অরাং+রোম্ = অরাংলোম্, মমাং+রোম্ = মমাংলোম্, মথক্+রোম্ = মথক্লোম্ অসিনচিংবা।

২১। সু

শীংথাবদা রারুদা রাপোক্চৈতপ্ 'সু' হায়ী।

মাহুদি :— মা+সু = মাসু, নং+সু = নংসু, ঐ+সু = ঐসু, ঙা+সু = ঙাসু, চৈ+সু = চৈসু, চাক্+সু = চাকসু, কি+সু = কিসু, পোৎ+সু = পোৎসু অসিনচিংবা।

## ২২। গস্থ

লোৎপদা ৱারুদা 'গস্থ' ৱাপোক্‌চৈত্তপ্‌ হাপ্পী। কাংলুপ্‌কী অহানব ময়েকী মথাদা লাকপা 'গ' হু 'ক্‌' ওই।

মাহুদি :— মা+গস্থ=মাগস্থ, নং+গস্থ=নংগস্থ, ঐ+গস্থ=ঐগস্থ, চাক্‌+গস্থ=চাকস্থ, তন্‌+গস্থ=তন্‌গস্থ, হুই+গস্থ=হুইগস্থ অসিনচিংবা।

## ২৩। দোন্‌·তোল্‌ হন্‌

মরীগী মিংগৌদা ৱারুদা 'দোন' 'তোল্‌' অমস্থং 'হন্‌' ৱাপোক্‌চৈত্তপ্‌ হাপ্পী।

মাহুদি :— ইন্‌+দোন্‌=ইন্দোন্‌, ই+তোল=ইতোল্‌, ইচে+হন=ইচেহন্‌, ইচে+তোল্‌=ইচেতোল্‌, ইপন্‌+দোন্‌=ইপনদোন্‌, ইম্মাল্‌+হন্‌=ইম্মালহন্‌, ইমা+হন্‌=ইমাহন্‌, মমা+হন্‌=মমাহন্‌, নচে+হন্‌=নচেহন্‌ অসিনচিংবা।

### ৱাহং

১। ৱাপোক্‌চৈত্তপ্‌ কদাইবু কৌবগে হায়উ?

২। ৱাপোকপা কদাইবু কৌবগে হায়উ?

৩। ৱাপোকপা ৱারোন্‌ কদাইদা শীজিন্নবগে হায়উ?

৪। ৱাপোক্‌চৈত্তপ্‌শিংগী মশক কুন্দঃ হায়উ?

৫। ৱাপোক্‌চৈত্তপ্‌ হাপ্লুনা থোক্‌পা ৱারোন্‌ ১০ দং হায়উ?

## ওঁশুবা তাঙক

### ১। শক্তম্‌চৈতপ

শক্তম্‌ মশক্‌ থঙ্‌নবদা মরূদা তপ্পা চৈতপ্পু শক্তম্‌চৈতপ্‌ কৌই।

### ২। শক্তম্‌চৈতপ্‌মথল্

শক্তম্‌চৈতপ্‌কী মথল চাওরাক্পা অনি থোক্পা থাইরি।

মাহুদি :— শক্‌পূনুচৈতপ, পীশক্‌চৈতপ্‌ অসিনি।

### ৩। শক্‌পূন্‌চৈতপ

হুপা, কৈদা অমসুং শক্‌পূন্‌ পূম্ন থঙ্‌নবদা মরূদা তপ্পা চৈতপ্পু 'শকপূনুচৈতপ্‌' কৌই।

মাহুদি :— 'বা' অমসুং 'পা' অসিনি। চা+বা=চাবা, চৎ+পা=চৎপা। চাওবা চাক্‌ চাবা হুপানি। মা লম্বি চৎপা হুপানি। মীশিংসি চাক্‌ চাবা কংগনি। কৈদা অসি লম্বি চৎপা হ্নাগনি অসিনচিংবা।

### ৪। পীচৈতপ্‌

হুপী থঙ্‌নবদা মরূদা তপ্পা চৈতপ্পু পীচৈতপ্‌ কৌই।

মাহুদি :— 'বী' অমসুং 'পী' অসিনি। চা+বী=চাবী, চৎ+পী=চৎপী, চাওবী চাক্‌ চাবী হুপীনি। মসি লম্বি চৎপী হুপী অমনি অসিনচিংবা।

## বাহং

১। শকুমচৈত্তপ কদাইবু কৌবগে হায়উ ?

২। শক্লেম্চৈত্তপ মথল কয়া থোক্না খাইবগে ? মমিং হায়দুনা তাকউ।

৩। শকপূনচৈত্তপ কদাইবু কৌবগে ? খুদম অমা পীদুনা মখক তাকৃউ।

৪। পীচৈত্তপ কদাইবু কৌবগে ? খুদম অনিদং পীদুনা হায়উ

---

## ৮চশুবা তান্ধক

### ১। থোগম্লোল্

লৈম-নিংথৌ, ইথকী অঃন্ অমস্তুং ইকাইখুম্নবা মীশিংদা, ম্না হায়বা মতমদা খ্বায়গী ওইনা চংনবা অচুম্বা ম্নাহৈদগী তোপ্‌তোপ্না শীজিম্নবা অৱেম্বা কজবা ম্নাহৈবু থোগম্লোল্ কৌই। মাদুগী মরু-ওইবা খুদম্ খরা মথাদা ইরি।

| | | |
|---|---|---|
| মাদুদি :— থোগম্লোল্ | — | অচম্বলোল্। |
| লেঙ্‌বা | — | চংপা। |
| লেঙ্‌খৎপা | — | হোগৎপা। |
| হাবা | — | চাবা। |
| কানুবা | — | থকৃপা। |
| খুদোংকানবা | — | হিদাকৃথকৃপা। |
| চাইথবা | — | ইরুজবা। |

| | | |
|---|---|---|
| থৌগল্লোন্ | — | অচম্বলোন্। |
| খেনবা | — | শেংপা (ত্তৌবা)। |
| হঙ্গৎপা | — | হায়বা। |
| মিৎয়েংতাবা | — | য়েংবা। |
| চীনকুপ্পা | — | চীনতেংবা, য়াখিনবা। |
| হক্চাংঈবা | — | হক্চাংনাবা। |
| থাঙজেৎ | — | কৈজোম্, কনেক। |
| নমথাং | — | ইমকি, ফুরিৎ। |
| কোক্থোন্ | — | কোয়েৎ। |
| খুদা | — | কিদা। |
| খুদোং | — | হিদাক্। |
| লূক্ | — | চাক্ |
| লূক্থোং | — | তারো। |
| শঙ্গায় | — | যুম। |
| | | অসিনচিংবা। |

য়েংশিন্‌গদবা :- থৌগল্লোন্ মফম্‌চাদনা নত্রগা লাম্না শীজিন্নবা মীবু হোনবা লোন্‌চৎ থঙদবা মী হয়নৈ। মরম্ অদুনা শীজিন্নবা মতিক্ চাদবা মফম্‌দা থৌগল্লোন্ শীজিন্নরোইদবনি, থৌল্লোন্ মতিক্ চানা শীজিন্নগদবনি।

## বাহং

১। থৌগল্লোন্ কদাইবু কৌবগে হায়উ ?

২। থৌগল্লোন্দা চুম্‌থোক্‌উ :— হিদাক্ অমুক্তং কানবিউ। খুদাং‌গা কন্নু। খুদোং থকউ। নমথাং ইম্নু। লূক চারো। মনাইদা ...

চায়জৌ, ইমাই কদাইদা লেংজগদৌরিবা। ননাইদা হঙ্গংলু। মাখ্‌া মুকম্‌ চাথোকউরোবা। মাগী য়ুম্‌ শাবত্থবু লোয়জবিত্রিরবা। অচম্বলোন্দা ছুম্‌থোক্‌উঃ— হিদাক্‌ কাম্লু। লুক্‌ চারো, ননাইদা হঙ্গংলু। মাগী য়ুম শাবত্থু লোয়রবিরবা। ননাইদা চায়জৌ। মতোন্দা পীজবিউ। নং কদাই লেংবিগদৌবা। ঐ য়ুমদা চংচগদৌবনি। ঐনা চাবিগদৌবনি।

---

৩৯শুবা তাঙ্কক

১। হকৃশেন্‌বা

হক্‌শেন্‌গী মাবু হক্‌শেন্‌রা কৌই।

হক্‌শেন্‌রা থরা মথাদা শীংথারি।

মাহুদি :— হুঁ, মম্‌-মম্‌, কুক্‌-কুক্‌, ছী, এঁ, হুঁহুঁ, হ-হায়্‌ও-হ-য়ুমহা অসিনচিংবা।

২। হুঁ

'হুঁ' দি অহানবা থোম্থোক্‌ময়েক্কি অমসুং পোক্‌পদা লোয়নবরুমা অশেংবা ইমালোয়ি, ভুম্নবত্থবা অমসুং অরা পোখাবা, নাহেবা, পোক্‌পা, হিংবা, শিংবা, মতোন্দনি। থোম্থোক্‌ময়েক্‌শিং অমসুং লোন্‌ মতোন্দগী পোক্‌পনি।

মাহুদি :— অঙাংনা পোক্‌পদা 'হুঁহুঁ' কপ্পি অসিনি।

৩। মম্‌-মম্‌

চাবা অমসুং শীজবদা 'মম্‌-মম্‌' লোয়গনি।

৪। কুক্-কুক্

থকপা অমসুং পীথকপদা 'কুক্-কুক্' হায়গনি।

৫। ছী

হকৌ-ঊৈপিং চৎপা অমসুং চৎহনবদা 'ছী' হায়গনি।

৬। এঁ

থী কাইবা অমসুং ফাইহনবদা 'এ"' হায়গনি।

৭। হ-হায়ও-হয়ুমহা

ওয়নবা অমসুং ওমহনবদা হ-হায়্‌ও-হয়ুমহা হায়গনি।

৮। হুঁ-হুঁ

নাযুঙ্‌ কোক্লবদা অমসুং কোকহন্‌বদা হুঁ-হুঁ হায়গনি।

অসিনচিংবা।

ৱাহং

১। হকশেন্‌ব্রা কদাইবু কৌবগে হায়উ?

২। হকশেন্‌ব্রা মশক্‌ তরেৎতং হায়হনা তাকউ।

৩। হকশেন্‌ব্রা 'হুঁ' দগীনা তরেৎতং শীঞ্জিন্নফমগা লোয়ননা হায়রগা মশক্‌ তাকউ।

---

৪০শুবা চাহক

১। ৱাঙাং

ৱা ঙাংববু ৱাঙাং কৌই।

২। ৱাঙাং-মখল

ৱাঙাংগী মখল অহম্‌ থোক্লাখাইরি।

মরমহৌদি:—অপাম্নবৱাঙাং, অচম্বৱাঙাং, চঙেৎনবৱাঙাং অমনি।

### ৩। অপান্নবরাঙাং

অপান্না রা ঙাংববু অপান্নবরাঙাং কৌই।

### ৪। অপান্নবরাঙাংমখল

অপান্নবরাঙাংগী মখল্ অহুম্ থোক্লা খাইরি।

মাহৌদি:— থৌবুঅপান্নবরাঙাং, থৌশক্অপান্নবরাঙাং, থৌবান্-অপান্নবরাঙাং অসিনি।

### ৫। থৌবুঅপান্নবরাঙাং

থৌবু অপান্না রা ঙাংববু থৌবুঅপান্নবরাঙাং কৌই।

অপান্নবা থৌবুদা 'অহানবরাথৈচৈত্তপ্' হায়ী। করি করিগুম্বদা অহানবরাথৈচৈত্তপ্ অমসুং অনিশুবরাথৈচৈত্তপ্ থুম্বী। থুগুনা রাথৈচৈত্তপ্ উত্রবস্ম রাথৈচৈত্তপ্ অহু অহুমক্ লৈ খঙনি, থৌবু-অপান্নবরাঙাংদা থৌবু রাহৈনা 'রা' গী মকোক্ থংবা কৈ।

মাহৌদি:— খম্ব চাক্ চারে, অসিদা 'চারে' থৌবান্না থৌবু 'খম্ব' গী মরম্দা অপান্নবা ওইনা খঙ্‌হ্ল্লি, মরম অসিনা রাঙাং অসি থৌবুঅপান্নবরাঙাংনি, করি করিগুম্বদস্ম থৌবুঅপান্নবরাঙাংদা থৌশক্ পন্দবস্ম লৈ।

মাহৌদি:— খম্ব চারে, ঐ শক্লে, মহাক্ থক্লে, রাঙ'ংশিং অসিদা চাক্ ঈশৈ, ঈশিং-নচিংবা থৌশক্‌শিংসি মহুংদা খঙ্‌নগনি অসিনচিংবা।

### ৬। থৌশক্অপান্নবরাঙাং

থৌশক্ অপান্না রা ঙাংববু থৌশক্অপান্নবরাঙাং কৌই।

অপান্নবা থৌশক্তা অহানবরাথৈচৈত্তপ্, অমসুং অপান্নবা থৌবুদা

অহম্ শুবরাথৈচৈত্তপ্ হাপ্পী ; থৌশক্ অপাম্নবরাঙাংদা থৌশক্লবগী মকোক্ থংবা কৈ।

মাত্তদি :— চাক্ ঐনা চারে, য়াঙাং অসিদা চাকী মরম্দা অপাম্নবা থঙ্ হল্লি ; মরম্ অদুনা য়াঙাং অসি থৌশক্ অপাম্নবয়াঙাংনি অসিনচিংবা।

য়েংশিন্‌গদবা :— থৌশক্ থৌবুগুম্বয়াঙাং মথল্ অমত্ত লৈরি মৈত্তেয়োন্দা থৌশক্ থৌবুগুম্বয়াঙাংসি য়াম্না তোয়না শীজিন্নে।

## ৭। থৌশক্‌থৌবগুম্ববাঙাং

থৌশক্তা থৌবুগুম্না অপাম্নবা য়াঙাংববু থৌশক্‌থৌবুগুম্বয়াঙাং কৌই। থৌশক্‌থৌবুগুম্বয়াঙাংদা থৌশক্তা অহানবয়াথৈচৈত্তপ্ হাপ্পী অমস্তুং অতৈদনা হান্নগুম্না য়াথৈচৈত্তপ্ হাপ্পী। থৌশক্‌থৌবুগুম্বয়াঙাংদা থৌবুগুম্বা থৌশক্লা য়াগী মকোক্ থংবা কৈ।

মাত্তদি :— চাক্ চারে, য়াঙাং অসিদা চাক্ থৌশক্কী মরম্দা থৌবুগুম্না অপাম্নবা থঙহল্লি, মরম অসিনা য়াঙাং অসি থৌশক্‌থৌবুগুম্বয়াঙাংনি অসিনচিংবা।

## ৮। থৌবানঅপাম্নবয়াঙাং

থৌবান্ অপাম্নবা য়া ঙাংববু থৌবান্অপাম্নবয়াঙাং কৌই। থৌবান্ অপাম্নবয়াঙাংদা থৌবান্দা অহান্বা য়াথৈচৈত্তপ্ হাপ্পী, অপাম্নদবদনা মথংশিংনা অহানুব য়াথৈচৈত্তপ্ নত্তনা য়াথৈচৈত্তপ্ পুম্নমক্ হাপ্পী।

য়েংশিন্‌গদবা :— থৌবান্ অপাম্নবয়াঙাংদদি থৌশক্লদবথৌবান্ মথৌদা শীজিন্নগনি।

মাহুদি :— থঙ্‌হৌদনা নোকখি 'রা অসিদা নোক্‌খি' হায়বা থৌবান্ অসিবু অপান্নবা থঙহল্লি, মরম্ অদুনা রাঙাং অসি থৌবান্ অপান্নবরাঙাংনি অসিনচিংবা।

## ৯। রাঙাং-ওনবা

রাঙাং অমনা রাঙাং অমদা হোংববু রাঙাংওন্‌বা কৌই। হায়বদি থৌবু অপান্নবরাঙাংনা থৌশক্ অপান্নবরাঙাং অমস্তুং থৌশক্-অপান্নবরাঙাংনা থৌবু অপান্নবরাঙাং ওম্থোক্-ওনসিন্ তৌনববু হায়বনি।

## ১০। রাঙাংওনব-মথল্

রাঙাং ওনবগী মথল্ মরি থোক্না খাইরি।

মাহুদি :— ওইরিবমতমগী রাঙাংওনবা, ওইরকদবমতমগী রাঙাংওনবা, ওইগ্রবমতমগী রাঙাংওনবা, য়াথংক্নোংবগী রাঙাংওনবা অসিনি।

খুদম্ :— (ক) ওইরিবমতমগী রাঙাং ওনবা

১। থৌবুঅপান্নবরাঙাং =ঐ চাক্ চায়।
১'। থৌশক্অপান্নবরাঙাং=চাক্ ঐনা চায়।

২। থৌশক্অপান্নবরাঙাং=চাক্ ঐনা চায়।
২'। থৌবুঅপান্নবরাঙাং =ঐ চাক্ চায়।

অসিনচিংবা।

(খ) ওইরকাবমতমৃগী রাঙাং ওন্‌বা

১। থৌবু অপাম্নবরাঙাং=ঐ চাক্‌ চাগনি।

১। থৌশক্‌ অপাম্নবরাঙাং=চাক্‌ ঐনা চাগনি।

২। থৌশক্‌ অপানবরাঙাং=চাক্‌ ঐনা চাগনি।

২। থৌবু অপাম্নবরাঙাং=ঐ চাক্‌ চাগনি। অসিনচিংবা।

(গ) ওইশ্রবমতমৃগী রাঙাং ওন্‌বা

১। থৌবু অপাম্নবরাঙাং=ঐ চাক্‌ চারম্মা।

১। থৌশক্‌ অপাম্নবরাঙাং=চাক্‌ ঐনা চারম্মী।

২। থৌশক্‌ অপাম্নবরাঙাং=চাক্‌ ঐনা চারম্মী।

২। থৌবু অপাম্নবরাঙাং=ঐ চাক্‌ চারম্মী। অসিনচিংবা।

(ঘ) য়াথংকোংবগী রাঙাং ওনূবা

১। থৌবু-অপাম্নবরাঙাং=ঐ চাক্‌ চাগে।

১। থৌশক্‌ অপাম্নবরাঙাং=চাক্‌ ঐনা চাগে।

২। থৌশক্‌ অপাম্নবরাঙাং=চাক্‌ ঐনা চাগে।

২। থৌবু-অপাম্নবরাঙাং=ঐ চাক্‌ চাগে। অসিনচিংবা।

## বাহং

১। রাঙাং কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। রাঙাংগী মখল কয়ানো? মমিং শুনা হায়উ।

৩। অপাম্নবরাঙাং কদাইবু কৌবগে হায়উ

৪। অপাম্নবরাঙাংগী মখল কয়ানো? মমিং শুনা হায়দুনা তাকউ।

৫। থৌবু অপাম্নবরাঙাং কদাইবু কৌবগে খুদমৃগা হায়উ।

৬। থৌশক্অপাম্বরাঙাং কদাইবু কৌবগে খুদম্গা হায়উ।

৭। থৌশক্থৌবুঙ্বারাঙাং কদাইবু কৌবগে খুদম্ পীদুনা হায়উ।

৮। থৌবান্অপাম্বরাঙাং কদাইবু কৌবগে? খুদম্ অমা পীদুনা হায়উ।

৯। রাঙাংওন্‌বা কদাইবু কৌবগে? মমিং শুনা হায়উ।

১০। মথাদা ইরিবা রাঙাংশিংসিগী রাঙাং তাকউ:—

ঐ চাক্ চায়। চাক্ ঐনা চায়। কম্না নোক্‌খি।

চাক্ চারে। ঐ চাক্ চাগে। কম্না নোকে।

---

## ৪১শুবা তান্‌খক

### ১। অচম্বরাঙাং

খঙ্গদবা অমসুং খঙ্ননবা অমমমতা নৈবা রাঙাংবু অচম্বরাঙাং কৌই।

### ২। খঙ্গদবা

রাঙাং অমদা হায়রিবা মিথৈবু খঙ্গদবা কৌই।

### ৩। খঙ্ননবা

রাঙাং অমদা মিথৈ খঙ্হনবা রারোনবু খঙ্ননবা কৌই।

মাহুদি:—'অঙাং চাক চায়, হায়বা রাঙাং অসিদা অঙাং'না খঙ্গদবনি, 'চাক্ চায়'না খঙ্ননবনি।

শ্রেংশিনগদবা:—'অচম্বরাঙাং\মথল মথল ওইনা শাংদোক্‌হনবা য়াই।

## ৪। অচম্বরাঙাংশাংদোক্হনবা

অচম্বরাঙাংদা রাহৈ হাপচিন্দুনা রাঙাং শাংদোক্হনববু অচম্ব-রাঙাংশাংদোকহনবা কৌই।

## ৫। অচম্বরাঙাংশাংদোকহনব-মখল

অচম্বরাঙাংশাংদোক্হনবগী মখল অহুম্ থোক্না খাইরি।

মাহুদি :—খঙ্গদবশাংদোক্হনবা, খঙ্ননবশাংদোক্হনবা, হুকাংশাংদোক্হনবা অসিনি।

## ৬। খঙ্গদবশাংদোক্হনবা

খঙ্গদবদা রাহৈ হাপ্‌চিন্দুনা য়াম্‌থোক্হনববু খঙ্গদব শাং-দোক্হনবা কৌই।

মাহুদি :— 'অঙাং চাক্ চায়' অচম্বরাঙাং অসিদা খঙ্গদবা 'অঙাং'নি অমস্যুং খঙ্ননব 'চাক্‌চায়'নি, অমুক্ 'অঙাং অপিক্পা অহু চাক্ চায়' মাসিদা 'অপিক্পা' অমস্যুং 'অহু' হায়বা রাহৈ অনিসিনা খঙ্গদববু শাংদোক্হল্লি অসিনচিংবা।

## ৭। খঙ্ননবশাংদোক্হনবা

খঙননবদা রাহৈ হাপ্‌চিন্দুনা য়াম্‌থোক্হনববু খঙ্ননবশাং-দোক্হনবা কৌই।

মাহুদি :—'অঙাং চাক্ চায়' অচম্বরাঙাংসিদা খঙ্গদবা 'অঙাং'নি, খঙ্ননবা 'চাক্-চায়'নি ; অমুক্ 'অঙাং য়াম্না হাওবা চাক্ চায়' রাঙাং অসিদা 'য়াম্না' অমস্যুং 'হাওবা' হায়বা রাহৈ অনিসিনা খঙ্ন-নববু শাংদোক্হনবনি অসিনচিংবা।

## ৮৫। তুমাশাংদোকৃহনবা

খণ্ডগদবা অমসুং খণ্ডননবা অনিমক্তা রাহৈ হপচিন্দুনা য়াম্-থোকৃহনববু 'তুমাশাংদোকৃহনবা' কৌই।

মাহুদিঃ— 'অণ্ডাং চাক্-চায়' অচম্বরাণ্ডাং অসিদা খণ্ডগদবা 'অণ্ডাং'নি' 'চাক্-চায়'না খণ্ডননবনি, অমুক্ 'অণ্ডাং অপিকৃপা অহু য়ায়া হাওবা চাক্-চায়' মাসিদা 'অপিকৃপা' অমসুং 'অহু' অনি অসিনা খণ্ডগদবা য়াম্থোহনবনি, 'য়ায়া' অমসুং 'হাওবা' অনি অসিনা খণ্ডননবা য়ামথোকৃহনবনি, অহুনা য়াণ্ডাং অসি তুমাশাংদোকৃহনবনি অসিনচিংবা।

### ৱাহং

১। অচম্বরাণ্ডাং কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। খণ্ডগদবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৩। খণ্ডননবা কদাইবু কৌবগে হায়উ।

৪। অচম্বরাণ্ডাং-শাংদোকৃহনবা কদাইবু কৌবগে অমসুং মথক্ কয়া থোক্লা খাইদগী মমিংগী লোয়ননা খুদম অমমম্ পীদুনা হায়উ।

৫। তুমাশাংদোকৃহনবা কদাইবু কৌবগে খুদম্ অমনি-পীদুনা হায়ন-রগা মথক্ খণ্ডহন্নু।

৪২শুবা তাক্তক

১। চয়েৎনববাঙাং

খোইদোকপরাঙাং অমগা হঙ্গবরাঙাং অমগা নত্রগা রাঙাংশিং তিমহুনা রাঙাং অমত্তা ওইবা রাঙাংবু চয়েৎনবরাঙাং কৌই।

২। চয়েৎনববাঙাংবায়েন্‌বা

রাঙাং অনি অমস্তুং রাঙাংশিং অমত্তা ওইনা পুল্লিনগা মাংখাবা রাঙাংবু হঙ্গবরাঙাং কৌই; তুংথংবা রাঙাংবুনা খোইদোকপরাঙাং কৌই। চয়েৎনবরাঙাংদা খোইদোকপরাঙাং অমত্তনি, খোইদোক্‌-পরাঙাংদি অতোপ্পা খৌবান্‌ অমগী মখা পোন্দে, অদুগা হঙ্গবরাঙাংদি অতোপ্পা খৌবান্‌ অমগী মখা পোল্লি, অমদগী হেন্না নৈবা রাই; মাসি খোইদোকপরাঙাংগী মখা পোল্লি, মাসিদা খৌবু অমস্তুং খৌদোল্লোপ্প খৌবান্‌ নৈ, অনিসি নৈত্রবদি হঙ্গবরাঙাং অমা ওইব রাদে, মাহু রা মতেক্‌ কৌই।

রেং শিনপহবা :— রাতাই-শক্লেপ্‌ হাপ্নগা রাঙাং অমগ-অমগা পুল্লিনগনি, পুল্লিনবা রাঙাংদা হঙ্গবা রাঙাংবু খোইদোকপ-রাঙাং-খৌবানগী খৌশক্‌ ওইনা শীজিন্নগনি।

মাতুদি :—'অঙাং চাক্‌ চার হায়ববু ঐ খঙতী' রাঙাং অসিদা 'ঐ খঙতী' হায়বা শরুক্‌ অসিনা খোইদোকপরাঙাংনি, অদুগা 'অঙাং চাক্‌ চায়' হায়বা শরুক্‌ অসিনা হঙ্গবরাঙাংনি, হঙ্গবরাঙাংসিবু 'হায়-ববু' রাতাই শক্লেপ্‌ অসিনা খোইদোকপরাঙাংগা তাইশিন্দুনা খোইদোকপরাঙাংগী খৌবান্‌ 'খঙতী'গী খৌশক্‌ ওইনা শীজিন্নরি।

মমা চাক্‌ চায় অমস্তুং অঙাং চাক্‌ চায় হায়ববু ঐ খঙতী। রাঙাং অসিদা 'ঐ খঙতী'না খোইদোকপ রাঙাংনি, অদুগা 'মমা

চাকৃচায়' অমসুং 'অঙাং চাক্ চায়'না হন্থব ৱাঙাংনি, মসিবু 'অমসুং, ৱাতাই শব্রেপ্না ৱাঙাং অমত্তা ওইজগা, 'হায়ববু' ৱাতাই শব্রেপ্না অমুক্ থোইদোকৃপ ৱাঙাংগা তাইশিন্দুনা থোইদোকৃপ ৱাঙাংগী থোৱান্ 'খঙতী'গী থৌশক্ ওইনা শীজিন্নরি অসিনচিংবা

**ৱাহং**

১। চয়েৎনব ৱাঙাং কদাইবু কৌবগে হায়উ।

২। চয়েৎনবৱাঙাং ৱায়েন কদাইবু কৌবগে ? মওং হায়দুনা তাকউ।

৩। চয়েৎনবৱাঙাংদা হন্থবৱাঙাংবু করি ওইনা শীজিন্নবগে হায়উ।

৪। চয়েৎনবৱাঙাংদা করম্ করম্বা ৱাঙাং পূনবগে খুদম্ অনিদং পীদুনা মশক খঙ্‌হন্নু।

---

**৪৩শুবা তাঙ্কক**

**১। ৱারোঈন্নবা**

ৱাঙাং অমদা লৈবা ৱারোন্‌শিংগী মসুংদা অমগা-অমগা লৈনবা মরী উৎপবু ৱারোঈন্নবা কৌই।

**ৱেংশিনপদবা :**— ৱাঙাং অমগী ৱারোন্ নৈনবদা করি করি হায়গদবগে হায়বদো মথাদা উৎলি। মাদুদি :—

(ক) মিথৈ — করম্বা মিথৈনো, করম্বশক্তমো, করম্বা শীংথাবনো, করম্ব-থৈবচৈতপো, করম্বা থৌদমনো অমসুং করম্বা থৌবানুগা মরী লৈনবগে ?

(খ) মিংথোন্ — করম্ব-মিংথোম্নো, করম্ব---ক্তম্নো অমসুং কনাগী মিংথোম্নো

(গ) মহুৎ — করম্ব-ম্বাইগী মহুত্তা শীজিন্নম্নিবনো, করম্ব-শীংথাবনো, তাকদবনি ; মিথেগুম্না শীজিন্নবা মহুৎ ওইরবদি মিথেগী হায়গদবা পুম্নমক্ হায়গদবনি, মিংথোন্গুম্না শীজিন্নবা মহুৎ ওইরগা মিংথোন্গী হায়গদবা পুম্নমক্ হায়গদবনি ?

(ঘ) থৌবান্ — করম্বা ম্বাঙাংগী থৌবাম্নো, থৌরোম্বম্না, থৌরোম্দবম্না, থৌশরুব্রা, থৌশরুদব্রা, মতম অমসুং থৌবু তাকদবনি, থৌরোম্নবা ওইরগা মরুনবথৌশক্ অমসুং পাম্থোংনবথৌশক্ উৎকদবনি, থৌরোম্দবা থৌবান্গীদি মতম্ অমসুং শীংথাবা হায়রোম্নদবনি।

(ঙ) শরুেপ্ — করম্ব-মথলগী শরুেপ্নো, করম্ব-ম্বারোন্গা মরী থোরুবা তাকদবনি ।

(ক) মাহুদি :— মপানা মচাদা অকবা পাওতাক্ পীখি। ম্বাঙাংসিদা 'মপানা' অসি কাংলুপ্ মিথে, পাশক্তম্, থৌবু-থৌদম্, অহানবা ম্বাথৈচৈতপ্, অমশীংথাবা ; 'পীখি' থৌবান্গী থৌবুনি।

মচাদা — কাংলুপ্ম্ মিথে, শরুোং-শক্তম্, থোথোং থৌদম্ ৭গুবা ম্বাথৈচৈতপ্, অমশীংথাবা, 'পীখি' থৌবান্গী থৌবানঃ মিংথোন্নি।

অকবা — মতৌনমিংথোন্, 'পাওতাক্' মিথেগীমিংথোন্নি।

পাওতাক্ — কাংলুপ্নমিথে, শরুোং-শক্তম্, থৌশক্-

থৌদম্, ২শুবা ন্নাথৈচৈত্তপ্, ময়াম্-শীংথাবা, 'পীথি' থোবান্গী থৌশঙ্গি।

পীথি — থৌন্নোম্বথৌবান্, লেপ্তুন-ওইপ্রবমতম্, থৌবু অপাম্নব-ন্নাঙাং, থৌবু 'মপানা' থৌশক্, পাওতাক্, থৌশক্লবথৌবাগি।

(খ) চাক্ অসি ইমামা পীজবনি। 'চাক্' পোৎনমিথৈ, শক্লোৎ-শক্তম্, থৌশক্-থৌদম্, ১বা ন্নাথৈচৈত্তপ্ অম-শীংথাবা, থৌ-শক্অপাম্নবন্নাঙাং, 'পীজবনি' থৌবান্গী থৌশঙ্গি।

অসি — মিংছৎনমিথৈ, 'চাক্' মিথৈগী কিডম্ থঙ্হল্লি।

ইয়ানা — 'পীশক্তম্' থৌবুথৌদম্, ৩শুবন্নাথৈচৈত্তপ্, অম-শীংথাবা 'পীজবনি,' থৌবান্গী থৌবুনি।

পীজবনি — থৌশক্লবথৌবান, লেপ্তুনওইন্নিবমতম্, থৌশক্-অপাম্নবন্নাঙাংগী থৌবাগি।

(গ) "ইমানা হয়া হয়া নোক্খি" ইমানা — পীশক্তম্, থৌবুথৌদম্, ৩শুব-ন্নাথৈচৈত্তপ, অমশীংথাবা, 'নোক্ই' থৌবান্গী থৌবুনি।

হয়া-হয়া — শক্লোৎ-শক্তম্, ১বা ন্নাথৈচৈত্তপ্, অম-শীংথাবা, 'নোক্ই' থৌবান্গী থৌবান্-মিংথোগি।

নোক্ই — থৌশক্লবথৌবান্, লেপ্তুনওইন্নিবমতম্, ১বা-ন্নাথৈ-চৈত্তপ্, অম-শীংথাবা, থৌবান্ অপানবন্নাঙাংগী থৌবাগি।

(ঘ) "অমম্বপা অঙানবগা মকম্-অমত্তুদা লৈশিন্নবা ন্নাদে"

অমব-অঙানবা — মত্তৌনমিথৈ, শক্লোৎ-শক্তম্, অমশীংথাবা থৌবু-থৌদম্, ১বা-ন্নাথৈচৈত্তপ্, 'লৈশিন্নবন্নাদে' থৌবান্গী থৌবুনি।

<u>থাপনা</u> — অনিশুক্‌ ৱাতাই শক্লেপ্‌, অমম্ব অমস্তুং অঙানবা মিথৈ অনিবু তাইনরি।

<u>মকমদা</u> — ( অমত্তদা 'গী' দা ) কাংলুপ্পমিথৈ, শব্লোংশক্তম্‌, অমশীংথাবা থৌকম্‌ থৌদম্‌, ৭শুবা-ৱাথৈচৈতপ্‌, 'লৈভিম্নবয়াদে' থৌবান গী থৌকম্নি।

<u>অমত্ত</u> —মশীংনমিংথোন্‌, 'মকম্‌' মিথৈগী মিংথোম্নি।

<u>লৈমিম্নবয়াদে</u> — থৌবু অপান্নবল্লাঙাং, থৌরোম্ব-থৌবান্‌, থৌ-শক্লবথৌবান্‌, লেপ্তুনওইরিবা মতম্‌, 'অমম্ব অমস্তুং অঙানবা' থৌবুগী থৌবাম্নি।

(৬) মরম্‌ ওকপা অমস্তুং লমচৎ ফজবা অঙাংবু মী পুম্নমক্লা চাম্লি।
<u>মরমওকপা</u> <u>লমচৎফজবা</u> — ৱারোন্‌ অনিসি 'অঙাংবু' মিথৈগী মিংথোম্নি।
<u>অমস্তুং</u> — ৱাতাই শক্লেপ্‌, মরম্‌ওকপা অমস্তুং লমচৎফজবা মিংথোন্‌ অনিবু তাইনহল্লি।
<u>অঙাংবু</u> — কাংলুপ্পমিথৈ, শকপূন্‌শক্তম্‌, অম শীংথাবা, থৌবু থৌদম্‌, ২শুবল্লাথৈচৈতপ্‌, 'চাম্লি' থৌবান্‌গী থৌশক্লি।
<u>মী</u> — কাংলুপ্পমিথৈ, শকপূন-শক্তম্‌, অমশীংথাবা, থৌবু থৌদম্‌ ১বা-ৱাথৈচৈতপ্‌, 'চাম্লি' থৌবানগী থৌবুনি। পুম্নমক্লা মিংহুৎনমিংথোন্‌, 'মী' মিথৈগী মিংথোম্নি।
চাম্লি — থৌশক্‌ 'অঙাংবু', থৌবু, 'মী', লেপ্তুনওইরিবমতম্‌, থৌবু-অপাম্নবল্লাঙাং, থৌশক্লবথৌবান, থৌরোম্বথৌবাম্নি।

(ক) "মমানা মচাদা অয়েপ্পা মিংলেন্নুমিথৈ ভম্বী" <u>মমানা</u> :— কাংলুপ্পমিথৈ, পীশক্তম্, থোবুথোদম্, অহানব-য়াথৈচেত্তপ, অম্-পীংথাবা, 'ভম্বী' থোবানগী থোবুনি।

<u>মচাদা</u> — কাংলুপ্পমিথৈ, শক্লোং-শক্তম্, থোখোংথোদম্ ৭ভবা য়াথৈচৈত্তপ, অমপীংথাবা, 'ভম্বী' থোবানুগী থোবান্-মিং-থোন্নি।

<u>অয়েপ্পা</u> — মত্তোনমিংথোন্, 'মিংলেনুম্নিথৈ'গী মিংথোন্নি।

<u>মিংলেন্-মিথৈ</u> — কাংলুপ্পমিথৈ, শক্লোংশক্তম্, থোশক্-থোদম্, ২ভবয়াথৈচেত্তপ,ময়াম্-পীংথাবা, ভম্বী থোবানুগী থোশক্নি।

<u>ভম্বী</u> — থোয়োম্ব থোবান, লেপ্তনওইন্নিবমতম্, থোবুঅপান-মখয়াঙাং, থোবু 'মমানা' থোশক্ 'মিংলেনুম্নিথৈ', থোশক্লবথোবান্নি অসিনচিংবা।

## বাহং

১। য়ায়োন্নৈনবা কদাইবু কৌবগে হায়উ?
২ মিথৈগী য়ায়োম্নৈনবা কন্নি কন্নি তাকদবগে হায়উ?
৩ মিংথোনগী য়ায়োম্নৈনবা কন্নি কন্নি তাকদবগে হায়উ?
৪ মিংহৎকী য়ায়োম্নৈনবা কন্নি কন্নি তাকদবগে হায়উ?
৫ থোবানুগী য়ায়োম্নৈনবা কন্নি কন্নি তাকদবগে হায়উ?
৬ শক্লেপকী য়ায়োম্নৈনবা কন্নি কন্নি তাকদবগে হায়উ?
৭ মপামা মচাদা অকবা পাউতাক্ পীখি। বাসিদা য়ায়োন্ কয়ালো অমম্নুং নৈনছনা য়ায়োন্ তাকউ?

৮। ময়ম্ ওকপা অমস্তুং লমচৎ কজবা অঙাংবু মী পুৱমক্লা চাল্লি। ৱাঙাং অসিদা কয়ম-মখলগী শক্লেপ ৱাউবগে পুথোক্লা মশক্ তাকৃউ ?

৯। মথাদা ইরিবা ৱাঙাংশিংসিদা শীজিন্নরিবা ৱায়োনশিং অসিগী ৱায়োন্-নৈনছুনা পুথোকৃউ:— মথোয় অনিসি মুখিং চুপ্পা থংনছুনতা মরে। চাওবা মনাও পুছুনা লংকৈ চংখি। মসি উগী য়ুমনি। চাওবা অমস্তুং তোম্বা লাইরিক্ ওয়াইরি।

---

## ৪৪শুবা তাকৃক

### ১। ৱাহৈথাইদোকপা

ৱাঙাং অমগী খঙ্‌গদবা অমস্তুং খঙ্‌নবা ৱাহৈ তোঙান্ তোঙান্ থাইদোক্লুনা হায়ববু 'ৱাহৈথাইদোকপা' কৌই।

### ২। ৱাহৈথাইদোকপমখল

ৱাহৈথাইদোকপগী মখল অনি থোক্লা থাইরি।

মাহুসি:— অচম্বৱাহৈথাইদোকপা, চয়েংনবৱাহৈথাইদোকপা, অসিনি।

### ৩। অচম্বৱাহৈথাইদোকপা

অচম্বৱাঙাংদগী ৱাহৈ থাইদোকপবু অচম্বৱাহৈথাইদোকপা কৌই।

মাহুসি:— 'অঙাং চাক্-চায়' ৱাঙাং অসিদা 'অঙাং'না খঙ-গদবনি, 'চাক্-চায়'না খঙ্‌নবনি।

'অঙাং অপিকৃপা অচু য়াম্না হাওবা চাক্ চায়' য়াঙাং অসিদা 'অঙাং অপিকৃপা, অচু' য়াহৈ অনি অসিনা থগদবনি ; 'য়াম্না-হাওবা চাক-চায়' য়াহৈ অনি অসিনা থঙনবনি অসিনচিংবা।

## ৪। চয়েৎনবয়াঙাং খাইদোকৃপা

চয়েৎনবয়াঙাংদগী য়াহৈ খাইদোকৃপবু চয়েৎনবয়াঙাং খাইদোকৃপা কৌই।

মাতুদি :— অঙাং চাক্-চায় হায়ববু ঐ থঙ্ঙী মাসিদা অঙাং চাক্-চায়' 'য়াঙাং অসিনা হন্থবয়াঙাংনি', 'ঐ থঙ্ঙী' হায়বা য়াঙাং অসিনা থোইদোকৃপয়াঙাংনি, 'হায়ববু' য়াহৈসিনা য়াতাইশক্লেপ্নি।

'মমা চাক্ চায় অমসুং অঙাং চাক্ চায় হায়ববু ঐ থঙ্ঙী'। য়াঙাংসিদা 'মমা চাক্ চায়' য়াঙাংগা 'অঙাং চাক্ চায়' য়াঙাংগা অনিবু য়াতাইশক্লেপ 'অমসুং'না তাইশনবুনা য়াঙাং অমত্তা ওইরবা 'মমা চাক্ চায় অমসুং অঙাং চাক চায়' হায়বা য়াঙাং অসিনা হন্থবয়াঙাংনি ; 'হায়ববু'না হন্থবয়াঙাংগা থোইদোকৃপয়াঙাংগা তাইশিনবা য়াতাইশক্লেপ্নি ; 'ঐ থঙ্ঙী' 'য়াঙাং' অসিনা থোইদোকৃপয়াঙাংনি অসিনচিংবা।

### হাহৎ

১। য়াহৈ-খাইদোকৃপা কদাইবু কৌবগে ?

২। য়াহৈখাইদোকৃপগী মখল কয়া লৈবগে ? মমিং মমিংগা হায়দুনা তাকৃউ।

৩। অচম্বরাহৈ খাইদোকপা কদাইবু কৌবগে ? খুদম্ অমা পীহুনা হায়উ।

৪। চয়েৎনবরাঙাং খাইদোকপা কদাইবু কৌবগে ? খুদম্ অনি-থক্তং পীহুনা হায়উ।

---

৪০শুবা তাকথক

১। রাঙাংবা

খোম্বা, চাংদম, রারোন্ খুদম্ পীহুনা রাঙাং খোম্বোক্তা তাংববু 'রাঙাংবা' কৌই।

২। খোম্বা

খোম্বোক্কম্ চানা খোন থাববু খোম্বা কৌই।

৩। খোম্বা-মথল্

খোম্বাগী মথল্ মরী শীংথারি।

মাহুদি :— অচম্ব-খোম্বা, কপ্প-খোম্বা, অশাউবা-খোম্বা, অকনবা-খোম্বা, অকিবা-খোম্বা, হরাওবা-খোম্বা থংপ্রেক্ থংবনচিংবা-খোম্বাশিং।

৪। অচম্বখোম্বা

ইচম্-চম্না হেক্তা হায়দোকপবু 'অচম্বখোম্বা' কৌই।

৫। নুংশিবখোম্বা

অহিক্পা নুংশানা নাত্তোনুগা লোয়ননা হিল্লগা নুংশা অহু লেংহন্দনা থবাক্তগীনা নাত্তোক কাউবা কারগা নাত্তোম্না নুংশা থজিক্তং চিংলিন্নগা কারিবা নুংশাহু লেংহন্দনা হায়রববু কপ্পখোম্বা কৌই।

### ৬। অশাউবখোহ্মা

নিঙ্‌না য়াদা হুংশা য়ায়া পূরগা থগুনা হায়বদু অশাউবখোহ্মা কৌই।

### ৭। অনোকপখোহ্মা

হুংশা থোহোক্‌ পনহন্দনা য়ায়া কোমখোঙ্গা থগুনা হায়বদু অনোকপখোহ্মা কৌই।

### ৮। অকন্‌বখোহ্মা

কয়া হায়বদু অকনবখোহ্মা কৌই।

### ৯। অকিবখোহ্মা

অনিকপা হুংশানা থগুনা কিনা হায়বদু অকিবখোহ্মা কৌই।

### ১০। হয়াউবখোহ্মা

ময়াংকাইনা য়ায়া ইয়াং-য়াংনা হায়বদু হয়াউবখোহ্মা কৌই।

### ১১। খংবেক্‌ খংবর্মচিংবখোহ্মাশিং

খংবেক-খংবনচিংবা খোহ্মাশিংগী মহায়দি মা-মাগী মশক্তা হায়গনি অসিনচিংবা।

### ১২। চাংদম্‌

অতেন্‌-অশাং অমত্তুং অচিংবনচিংবগী চাং তম্বদু 'চাংদম্‌' কৌই।

### ১৩। চাংদম্‌-মথল্‌

চাংদম্‌গী মথল্‌ চাওয়াঙ্গা অহমখোঙ্গা থাইরি।

মাহৃদি :— চাংদম অমা, চাংদম অনি, চাংদম অহুম অনিরি।

## ১৪। চাংদম্ অমা

ৱাঙাং অমবু অমুক্তদা পুম্না হায়দোক্পবু চাংদম্ অমা কৌই।

## ১৫। চাংদম্-অনি

ৱাঙাং অমগী মরক্তা লেপ্প-খুদম্ (,) অমা পীহুনা অমুক্ লেপ্পগা অনিরক্ থোক্লা হায়ববু 'চাংদম্ অনি' কৌই।

## ১৬। চাংদম্-অহুম্

ৱাঙাং অমগী মরক্তা লেপ্প-খুদম্ (,) অনি পীহুনা অনিরক্ লেপ্পগা অহুমক্ থোক্লা হায়ববু চাংদম্ অহুম্ কৌই।

## ১৭। লেপ্প-খুদম্

ৱাঙাং অমগী মরক্তা 'লেপ্পখুদম্' (,) পীহুনা মরক্তা লেপ্পবু খুদম্ কৌই।

## ১৮। ৱারোয়বা

ৱারোয়-খুদম্ পীহুনা ৱা-লোইববু (।) 'ৱা-রোয়বা' কৌই।

## ১৯। ৱাঙাংখোম্থোক্

ৱা ঙাংবদা থোক্পা খোম্থোক্পু ৱাঙাং-খোম্থোক্ কৌই।

## ২০। ৱাঙাংখোম্থোকীমথক্

ৱাঙাং-খোম্থোকী মথক্ তয়ানিপান্ থোক্লা খাইরি।

মাহুদি :—খোন্থা, খোন্নাই, খোঙ্কক· অহুম অসিদা অমুক্ অতেম্বা, অশাংবা, অচিংবা, অহুম্-অহুম্ থোক্লগা খোম্থোক্ মাপন্না, মাপন্ অসিদা অমুক্ নাতোম্নাচীনবা অমস্তুং নাচীনদবা অনি অনি অমুক্ থোক্লগা খোম্থোক্ তয়ানিপান তয়ে অসিনি।

### ২১। খোন্‌খা

অনি মাইয়োক্লরগা তাননবা তম্না হায়বহ্ন খোনখানি।

### ২২। খোন্‌য়াই

মাংথাবগা তুংথংবগা তানিনবা য়াইমরক্না হায়বহ্ন খোন্‌য়াইনি

### ২৩। খোম্বক্

তুরেল রাংম-য়াংমদা অমশুং অয়াপ্পদা লৈনরগা তাননবা য়ায় য়াংনা হায়বহ্ন 'খোম্বক' নি।

### ২৪। অতেন্‌বখোঙ্হোক্

য়া ওাংবদা চাংদম্ অমা পুববু 'অতেনবখোঙ্হোক্' কৌই।

### ২৫। অশাংবখোঙ্হোক্

য়া ওাংবদা চাংদম্ অনি পুববু 'অশাংবাখোঙ্হোক্' কৌই।

### ২৬। অচিংবখোঙ্হোক্

য়া ওাংবদা চাংদম্ অহুম পুববু অচিংবখোঙ্হোক্ কৌই।

### ২৭। নাতোম্নাচীনবখোঙ্হোক্

য়া ওাংবদা নাতোন্দা ওংলপ্ তৌববু নাতোম্নাচীনবখোঙ্হোক্ কৌই।

### ২৮। নাচীনদবখোঙ্হোক্

চীঙ্কনা ইচম্-চম্না ওংদনা হায়ববু নাচীনদবখোঙ্হোক্ কৌই।

### ২৯। য়াওাংখোঙ্হোক্ ১৮ গী শুদম্

য়াওাংখোঙ্হোক্ তয়ানিপাগী মহাক শুদম্ মথাদা ইরি।

মাহুদি ঃ— খোহোক্ খুদম্ অমমুং চাংদম্

১। অতেনবনাচীনদবা

খোনুখা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ১ — ১

২। অশাংবনাচীনদবা

খোনুখা—তাইবংমপু, নখোংথম্বানদা খুরুম্জৈ। ২ — ২

৩। অচিংবনাচীনদবা

খোনুখা—তাইবংমপু, নখোংথম্বানদা, খুরুম্জৈ। ৩ — ৩

৪। অতেনবনাচীনদবা

খোনুম্নাই—তাইবংমপু নখোং থম্বান্দা খুরুম্জৈ। ১ — ১

৫। অশাংবনাচীনদবা

খোনুম্নাই—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ২ — ২

৬। অচিংবনাচীনদবা

খোনুম্নাই—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, খুরুম্জৈ। ৩ — ৩

৭। অতেনবনাচীনদবা

খোম্বক—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ১ — ১

৮। অশাংবনাচীনদবা

খোম্বক্—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ২ — ২

৯। অচিংবনাচীনদবা

খোম্বক্—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, খুরুম্জৈ। ৩ — ৩

খোঙ্হোক্ খুদম্ অমসুং চাংদম্

১০। অতেনব-নাতোম্নাচীনবা

খোনুথা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ১ — ১

১১। অশাংবনাতোম্নাচীনবা

খোনুথা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ২ — ২

১২। অচিংবনাতোম্নাচীনবা

খোনুথা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, খুরুম্জৈ। ৩ — ৩

১৩। অতেনবনাতোম্নাচীনবা

খোনয়াই—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ১ — ১

১৪। অশাংবনাতোম্নাচীনবা

খোনয়াই—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ২ — ২

১৫। অচিংবনাতোম্নাচীনবা

খোনয়াই—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, খুরুম্জৈ। ৩ — ৩

১৬। অতেন্বনাতোম্নাচীনবা

খোঙ্হক্—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ১ — ১

১৭। অশাংবনাতোম্নাচীনবা

খোঙ্হক্—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা খুরুম্জৈ। ২ — ২

১৮। অচিংবনাতোম্নাচীনবা

খোঙ্হক্—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, খুরুম্জৈ। ৩ — ৩

রেংশিন্‌পদবা ঃ— অশুন্না রাঙাং অন্দা খোম্বোক্ তয়ানিপাল্ তয়ানিপাল্ খোক্লা ভাংবা রাই ; অছুগা খোম্বা পুন্নমক্‌সু রাঙাং অমগী খোম্বোক্ ১৮ মক্তা থাবা রাই অসিনচিংবা।

বাহং

১। রাঙাংবা কদাইদু কৌবগে হায়উ।
২। খোম্বা কদাইবু কৌবগে হায়উ।
৩। অচম্ব খোম্বা কয়ন্না থাবগে হায়উ।
৪। কপ্প-খোম্বা কয়ন্না হায়গদবগে হায়উ।
৫। অশাউবখোম্বা কয়ন্না হায়গদবগে তাক্উ।
৬। অনোকপখোম্বা কয়ন্না থাবগে হায়উ।
৭। থংপ্রেক্‌থংবনচিংবা খোম্বোক্ পুন্নমকী মহায় কয়ন্না হায়গদবগে।
৮ চাংদম কদাইবু কৌবগে তাকউ
৯ চাংদমগী মথল কয়ানো হায়উ।
১০ চাংদম অমা, অনি, অহুম্ অসিগী মরোং হায়উ।
১১ লেপ্পথুদম কদাইবু কৌবগে তাকউ।
১২ রায়োইবা কদাইবু কৌবগে তাকউ।
১৩ রাঙাং খোম্বোক্ কদাইবু কৌবগে হায়উ।
১৪। রাঙাংখোম্বোকী মথল ১৮ কয়ন্না শুবগে হায়উ।
১৫। খোনুথা, খোনয়াই অমসুং খোম্বক্—খোম্বোক্ অহুমমকী মশক্ তোঙান-তোঙান্ হায়দুনা তাকউ।
১৬। অতেনবখোম্বোক্ অশাংবখোম্বোক্ অমসুং অচিংবখোম্বোক্ অহুমমকী মশক্ তোঙান তোঙান হায়উ।

১৭। নাতোম্নাচীনবখোঙ্হোক্ অমসুং নাচীনদবখোঙ্হোক্ অনিগী মশক্ হায়রউ।

১৮। রাগাং-খোঙ্বা ১৮গী মশক্ লোইনা হায়রহনা তাকউ।

---

৪৬শুব তাকপ

রাগাংব-মখল্

রা-গাংবগী মখল্ (৪) মরি খোঙ্বা থাইরি।

মাহুদি :— (ক) শৈহৌ-শৈহায়, (খ) শৈশক্-শৈহায়, (গ) শৈরোই-শৈহায়, (ঘ) মিকোন্-থাগোনবশৈহায় অসিনি।

(ক) শৈহৌশৈহায়

তাইবংমপুদগী লৌজহনা রা গাংবা হৌববু শৈহৌশৈহায় কৌই।

শৈহৌ-শৈহায় মখল্

শৈহৌ-শৈহায়গী মখল্ তরানিথোই খোঙ্বা থাইরি।

মচ খুদম্‌গা লোয়ননা মথাদা পীংথারি।

শৈহৌ শৈহায় তরানিথোইগী মহায়

মাহুদি :— খোঙ্হোক্ খুদম্ অমসুং চাংদম্।

নাতোম্নাচীনবা

১। খোন্থা

অচিংবা—তাইবংমপু, মখোংথবান্দা, থুকম্‌কৈ। ৩ — ৩

২। খোন্নাই

অশাংবা—তাইবংমপু, মখোংথবান্দা, থুকম্‌কৈ। ২ — ২

| খোঙোক্ | খুদম্ অমস্থং চাংদম্ |
|---|---|

৩। খোন্‌থা

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ০ — ০

৪। খোন্‌ৱাই

অশাংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা থরুম্‌জৈ। ২ — ২

৫। খোন্‌থা

অচিংবা—আইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ০ — ০

৬। খোন্‌ৱাই

অশাংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ২ — ২

নাতোম্নাচিনদবা

৭। খোন্‌থা

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ০ — ০

৮। খোনয়াই

অশাংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ২ — ২

৯। খোন্‌থা

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ০ — ০

১০। খোন্‌ৱাই

অশাংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ২ — ২

১১। খোন্‌থা

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ০ — ০

১২। খোন্‌ৱাই

অশাংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ২ — ২

ৱেৎশিনগনবা :— মসি শৈহৌ শৈহায় তরানিথোইগী মহায়নি, মসিদগী শৈশক্-শৈহায় তাগনি।

## (খ) শৈশক্-শৈহায়

শৈহৌ-শৈহায় অমসুং শৈরোই-শৈহায় অনিগী মরক্তা হায়ববু শৈশক্-শৈহায় কৌই।

### শৈশক্-শৈহায় মখল

শৈশক্-শৈহায়গী মখল অহুম্ থোক্লা থাইরি।

মাহুদি :— পরেং শৈহায়, পরেংখাবশৈহায়, শৈশিন্ শৈহায় অসিনি।

### পরেং শৈহায়

রাগাং খোম্থোক্ তরানিপাল্ পরেং শানা হায়ববু 'পরেং শৈহায়' কৌই। পরেং শৈহায়গী রাগাংখোম্থোক্ তরানিপানুগী পরেংশানা হায়বগী মহায় মখাদা ইরি।

মাহুদি :— খোম্থোক্ খুদম্ ১নুং চাংদম্

নাতোয়াচিনবা

১। খোম্থোক্

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, খুরুমজে। ৩ — ৩

২। খোন্থা

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, খুরুম্জে। ৩ — ৬

৩। খোন্নাই

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, খুরুম্জে। ৩ — ৯

৪। খোম্হু

অকেনবা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা খুরুম্জে। ১ — ১

খোঙ্হোক্ খুদম্ ১নুং চাংদম্

৫। খোনুখা

অতেনবা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ১ — ১

৬। খোনুম্লাই

অতেনবা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ১ — ১

৭। খোঙ্হোক্

অশাংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ২ — ২

৮। খোনুখা

অশাংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ১ — ২

৯। খোনুম্লাই

অশাংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ২ — ২

নাচীনবা

১০। খোঙ্হক্

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ৩ — ৩

১১। খোনুখা

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ৩ — ৩

১২। খোনুম্লাই

অচিংবা—তাইবংমপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ৩ — ৩

১৩। খোঙ্হক্

অতেনবা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। ১ — ১

| খোঙ্হোক্ | খুদম্ অমস্থং চাংদম্ |
|---|---|
| **১৪। খোনুথা** | |
| অতেনবা—তাইবংমপু নখোংথবন্দা থুরুম্‌জৈ। | ১ — ১ |
| **১৫। খোনয়াই** | |
| অতেনবা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। | ১ — ১ |
| **১৬। খোঙ্হক্** | |
| অশাংবা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। | ২ — ২ |
| **১৭। খোনুখা** | |
| অশাংবা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। | ২ — ২ |
| **১৮। খোনুয়াই** | |
| অশাংবা—তাইবংমপু নখোংথম্বান্দা থুরুম্‌জৈ। | ২ — ২ |

**হেংশিনগদবা :—** অস্তুম্না পরেং হায়রকপদগী মরক্-মরক্তা অমুক্-'মুক্ পরেং থাগনি।

### পরেং থাবশৈহায়

হায়রক্লিবা খোঙ্বা পরেংশৈহায় অহুদগী থংচোং-চোংথত্তুনা থংলাউ-লাউরগা খোঙ্হত্তা মুংশা থম্লগা মুংশা অহুগী মখোংদা খোনুথানা নওনা কায়গা অচিংবখোঙ্হোক্তা মুংশাহম্বগা হায়ববু 'পরেংথাবশৈহায়' কৌই।

### খোঙ্হক

মাহুদি :— খোঙ্হোক্ খুদম্ অমস্থং চাংদম্।

অচিংবা—তাইবং মপু, নখোংথম্বান্দা, থুরুম্‌জৈ। ৩ — ৩

**হেংশিনগদবা :—** অম্লম্না পরেংথায়গা, পরেংথাবশৈহায়দগী শৈশিনশৈহায়না শিমগনি।

## শৈশিন্‌-শৈহার

তাংলম্বা মীতোন্দগী অমত্তুং পোথাক্‌খদগী অতুক্‌ হন্না খো-নন্নাইনশিন্দুনা 'পরেংশৈহার' তানা হায়বনু শৈশিন্‌-শৈহার কৌই।

মাহুদি :— খোঙোক্‌ থূদম্‌ অমত্তুং চাংদম্‌।

### ১। খোনন্নাই

অচিংবা—তাইবং মপু, নখোংখম্বন্দা, থুরম্‌মৈ। ০ — ০

### ২। খোন্‌থা

অচিংবা—তাইবং মপু, নখোংখম্বান্দা, থুরম্‌মৈ। ০ — ০

### ৩। খোঙক্‌

অত্তেন্‌বা—তাইবং মপু নখোংখম্বান্দা থুরম্‌মৈ। ১ — ১

### ৪। খোনন্নাই

অত্তেন্‌বা—তাইবং মপু নখোংখম্বান্দা থুরম্‌মৈ। ১ — ১

### ৫। খোন্‌থা

অত্তেন্‌বা—তাইবং মপু নখোংখম্বান্দা থুরম্‌মৈ। ১ — ১

### ৬। খোঙক্‌

অশাংবা—তাইবং মপু, নখোংখম্বান্দা থুরম্‌মৈ। ২ — ২

### ৭। খোন্‌ন্নাই

অশাংবা—তাইবং মপু, নখোংখম্বান্দা থুরম্‌মৈ। ২ — ২

### ৮। খোন্‌থা

অশাংবা—তাইবং মপু, নখোংখম্বান্দা থুরম্‌মৈ। ২ — ২

অনিমচিংবা।

য়েৎশিনুগদবা :—অমুয়া শৈশিনু-শৈহায়না শিন্দুনা 'পরেং-শৈহায়' হায়রগা, পরেংশৈহায়দগী শৈরোয়শৈহায়না য়া ঙাংবা লোইশনগনি।

(গ) শৈরোয়-শৈহায়।

পরেং শৈহায়দগী পরেংথাব শৈহায়না পরেং থারগা য়া ঙাংবা লোইসনুববু 'শৈরোয়শৈহায়' কৌই।

মাহুদি :— খোম্বোক্ থুদম্ ১মুং চাংদবু

১। থৌম্বুক্

অচিংবা—ভাইবং মপু, নখোংথম্বাল্লা, খুরুমৃজে। ৩+৩। অসিনি।

(ঘ) মিকোন্-থাগোনবশৈহায়

থৌরায়-মঙা লোয়ননা মিগনা মিংলেন্-মিথৈমক্তনা ভাইবং মপু থাদা কোল্লগববু মিকোন্ থাগোন্বা কৌই।

মিকোন্ থাগোন্কম্

শৈহৌ শৈহায়, শৈশক্ শৈহায়, শৈরোয় শৈহায় অহুম মক্তা মিকোন্-থাগোঙগনি।

মিংলেন মিথৈ

অরেপ্পা, অথঙ্বা, মুংঙাইবা, অহুমকী মশক্ ওইবা শিদব-মপুগী মিথৈবু মিংলেনমিথৈ কৌই।

মাহুদি :—(হুঁ) অসিনি।

য়েৎশিনুগদবা :—শৈহৌ শৈহায়, শৈশক্ শৈহায়, শৈরোয় শৈহায় অহুমক্তা (হুঁ) হায়না মিকোন-থাগোঙ্গে।

মাহুদি :— হুঁ-হুঁ-হুঁ শৈশক্চৈ। অমুয়া

## ৱাহং

১। য়া ঙাংবা মথল্ কয়া থাক্লা থাইবগে ? মমিং তুনা হায়উ।

২। শৈহৌশৈহায় কদাইবু কৌবগে ?

৩। শৈহৌ-শৈহায়গী মথল কয়ানো ? খুদম্ অমস্তুং চাংদম্‌গা লোয়ননা মমীং তুনা হায়উ।

৪। শৈশক্-শৈহায় কদাইবু কৌবগে ?

৫। শৈশক্-শৈহায়গী মথল্ কয়ানো ? মমিং তুনা হায়উ।

৬। পরেংশৈহায় কদাইবু কৌবগে ?

৭। পরেংশৈহায়গী খোঙ্হোক্ ১৮গী খুদম্ অমস্তুং চাংদম্ লোয়ননা হায়উ।

৮। পরেংথাবশৈহায় কদাইবু কৌবগে ? খুদম পীদুনা হায়উ ?

৯। শৈশিন্-শৈহায় কদাইবু কৌবগে খোঙ্হোক্ ৮ গী খুদম্ অমস্তুং চাংদম্‌গা লোয়না হায়উ।

১০। শৈরোই-শৈহায় কদাইবু কৌবগে ? খুদম্‌গা লোয়ননা হায়উ।

১১। মিকোন-থাগোনবশৈহায় কদাইবু কৌবগে ?

১২। মিকোন্ থাগোনক‌ম্ কদাইদনো ?

১৩। মিংলেন্ মিথৈ কদাইবু কৌবগে অমস্তুং কদাইনো—খুদম্ পীদুনা হায়উ।

---

লোইরবা